ꯀꯪꯂꯕ ꯁꯅꯥꯔꯩ ꯃꯌꯣꯝ

# কংলবা সনারৈ ময়োম



প্রমোদিনী

# কংলবা সনারৈ ময়োম

প্রমোদিনী

ফোঙজবী ঃ— বেবী গৌরিশ্রী
ক্বাকৈথেল খোকচোম লৈকাই
ইম্ফাল



ফোঙবা চহী ঃ— ১৯৯৫

নম্ফম ঃ— আর বি প্রিন্টিং হাউস
নাগামপাল
ইম্ফাল

মমল ঃ— লুপা ৪০৲

ফংফম ঃ— ও কে স্টোর
পাউনা বাজার
ইম্ফাল

কে পী ষ্টুডিও
কাকৈথেল খোকচোম লৈকাই
ইম্ফাল

কদায়রদা চৎলিনো নঙবো ?
সে সে সিমতা পুখোও !

## মাহৌদোক

মখল খুদিংদা খুৎ থাহ্নুনা য়েংবা হায়বসে ঐগী পামজবনি। ইঙ্গ্রিবা ফোঙখ্রিবা লাইরিকসিং অসি মীনা পাম্নবৈ থাক য়ৌদবনরা খঙদে শৈরেংগী মরমদা নৈনববু ওইরবস্তু, মারী মচাগীদবু ওইরবস্তু, ড্রামাগীদবু ওইরবস্তু নেনবৈ খন্নবৈ চেফোঙ অমতদা ঐগী মিং পনবা থেংনজদে। ঐগী মিং পনদে, য়াওদে, থেংনদে হায়হুনা নীংহন্নগদবা মীতাদি নত্তে ঐ। নাংহন্নদে। ইথিনি ঐ লেপ্পা লৈতা, খুৎ অনা চঙ, পোৎথা পোৎথা। মুংশিজকবা পামজরুবা শিনফম করম্না থাদোক্কনি।

নভেল অমতা ইদ্রি ঐ। অমুক্কং খুৎ থাহ্নুনা য়েংনীংঙি হায়রম অসিদা। হৈত্রা হায়হ্নুনা নভেল মচা অমা ইহ্নুনা য়েংলে। ইবা লোইরে। মিংথোল্লি 'কংলবা সনারৈ মরোম" হায়না। মীয়ামগী মফমদা লানথোকচরিবা অসিনী।

১৯৯৫ প্রমোদিনী

# কংলবা সনারৈ ময়োম

## (২৩।২।৯৪—৩০।৬।৯৪)

### ৩১-৮-৯৪

### (১)

"হো অবোক ! হো অবোক ! অবোক নঙবু তাব্রিবরাও ?" ঙহাক লৈরগা অমুক কৌরকই "অবোক ! অবোক ! হো অবোক" হন্নুবী অমা চৈশু কোক কোক শুতুনা য়ুমজাও ইমুংদৈ মপান খোরকই। মাঙ্গোল দারী মচিনদৈ হংঙি লেপতুনা।

হন্নুবী— ঐবু কৌবা য়াঙবরাও ?

তম্ফা— কৌএ। ঐনা কৌবনে। অবোক কদায় চৎলুই ? ঐনা অহুক হৌনা কন্না কৌবা খুমক্ত্রিদি করিগীনো হা অবোক ?

হন্নুবী— তাদি তাদনা।

তম্ফা— করিগী তাত্রিবা ? অবোকপু না পঙলবরাও ?

হন্নুবী— পঙদে। আ ইমুং কাচিম কোয়াদো উফুল রাইফুল য়াম থাংলে মিরাং থুবনস্থু লোইরে হাই রাই শিংতোকউবনিদ্দা।

তম্ফা— নখোঙকাও নীংথি মুংঙাইনা থাং ঙমদবা মঙনা রাই শিংলবদি শেংঙম্মনি। মামহন তাবদি চৈজনি।

হন্নুবী— চৈনি হায়হুনবু নঙ মামহন চৎথোকখ্রিদৈদা শিংলিনি। শেংবা শেংদবা খরৈ মথৈদি শিংতেকলেদনা। ঐনা

ৱাই য়াম চাইরে শিংতোকউ হায়বা কুইরবনি। কনামতা থওইনা তাদবা মনাদা সুকহাপ হেক হাপতবা লৈতেংগী পানবা না ওইরমাল্লেনে। অদো নঙনা ঐ কৌববু করিগীনো ?

তম্ফা – য়েংঙো অবোক সিদা খর চঙশিল্লকও। য়েংঙো তো ঐনা সিদা থারিসে সনারৈ অথোনবনে। নাপু মচু। হঙ্গাম মপাল মচুগা চপ মান্নবনে। লৈচু ফজথ্রবা ইনৌ হেক নৌরদনা। মসে ন্নমিৎ খুদিংগী ঈশিং চাইবিয়ুকো কো অবোক।

হন্নুবী – কৈদৌননি। সনারৈগী সনারৈ ঙাক্তা সুক য়াম হৌরিসিদি।

তম্ফা— ময়াম হৌরিসিদি মচু ফজদেয়ে। য়াকমল্লে। অথোনবস্ত অমতা য়াওদে। সনারৈ মচাগা হাও সনারৈগনা নম্মৈবা। মচুস্তু নৌবা, অথোনবস্তু ওইবা, ফস্তু ফজবা অত্তুদা ঐনা ঐগী মরূপ অমগী ময়ুমদৈ ফুকলকপনে। ঐখোয় অা লৱাইত্তু তান্না পুরদি কংলনি অবোকহোয়দা থাজিল্লম্মগে হায় তৌবনে।

হন্নুবী— কদায়নোনে নঙনা থারিবা নৈ পাম্বীত্তুনো ?

তম্ফা – সে, সিদগীসিনে।

হন্নুবী – ফজৈহে। হোই হোই, চাইগে চাইগে।

তম্ফা — অবোক ! কাউন্নুকো।

হন্নুবী — কাউরোইদা।

তম্ফা – অবোক অত্তুদি ঐ ৱা অমা হায়গেনা।

হন্নুবী — হায়নুনে কৈনো ?

তম্ফা — অবোক ঐনা হায়দৌরি রাসে মী কনা অমতদা হায়দোক-
লোই হায় রাশকউ।

হন্নুবী — করিনোনে রাশক্রুবস্নু নঙনবু হায়দোকস্নুনু হায়রবদি
কনাদস্নু হায়দোকলোইনে।

তম্ফা — য়েংঙো নাকোং শেংদোকওসে। লোন্না অবোকী নাকোংদা
হায়গে।

হন্নুবী — শেংদোকলেসে। হায়রো হায়রো।

তম্ফা — অহুবুরাও সনারৈ পাম্বীসে মখোঙদে মতোলফাও য়োমহুনা
শাৎকনি। চারা য়াম ফবনে হায়বা। হয়েং শাৎলক্লগা
ফজদৌরি জাৎনি। সনারৈ অসিনা মপুং মরৈ ফারগা
ফজনা শাৎলবা মতমহুদা ঐ শোয়দনা লুহোংগনি।
বরহুদা ঐনা লৈ চাইবদনে সনারৈ অথোনবসে
শেগাইহুনা য়েন্দাই থন্না হাপ্লগা চাইদৌরিনি। অবোক্না
ঐগী লুহোংবদা লাকপা ঙমদ্রস্নু সনারৈদো হেক্কুনা
থাবিরকউকো। কো অবোক।

হন্নুবী — থীদা অঙাওবিসিদে। মঙাও থীনা ঙাওখ্রেদকো। কম
থোক্লগবা ?

তম্ফা — হৌজিকী রাদো কনামতদা হায়দোকন্নুকো কো অবোক।

হন্নুবী — হায়দোকলোইদা। কনাদবু হায়রুগবনো ?

মঙ মবেন ঙহাক অম্নুন রারী রাভাই থরা শানরবা মতুংদা
তম্ফা থাংজো মচা অমা পায়রহুনা ইমুং চঙখি। মবোক্না শোলহৌই

"মনেহনগা মমাগছুবু কদাই চৎখ্রিবনো৷নে। মতমসে কনা থেঙ-জিল্লকলে। নোংমাইজীংনি হায়হুনস্নু। তম্ফা। তম্ফা! নঙবু কদায় লৈগে ?"

তম্ফা— করি হায়গে অবোক ? লাকএ লাকএ। লৈ থাক্লবগী খুৎসে লৈখোম লৈনাং ইতৈ তমরে হায়তুনা খুৎ শা হামদোকউরিনে।

হমুবী— নমাগা নঙগী ননেহনগা কদায় চৎকনি হায়রম্মী ?

তম্ফা— হায়রমদে। কৈমতা হায়রমদে। ঐনা খঙজবা অমদি লৈ।

হমুবী— অখঙবতু হায়য়ুদনা তাসি।

তম্ফা— অতুবুরাও পাঞ্জি য়েংবা।

হমুবী— কদায়দা ?

তম্ফা— খঙদে। মহোয়না পাঞ্জি য়েংবা চৎকনি, চৎলুগে হায়তুনা ঐঙোন্দা হায়রম্বা তাক্লম্বা নত্তেয়ে। ঐনা খঙহৌবগী রানে।

হমুবী— হায়রমদনা করম খঙভিবা নঙদি ?

তম্ফা— মহোয় অনীগী কাইদাছুদৈ খঙবা।

হমুবী— করিনোনে নঙনা হায়রিসিবো ?

তম্ফা— হেরা সিনিমা ইনেহম্নে কৈথেল কাবি মুপীশিংদা পাউ চেল্লকপা কুইরবনি। থা ৩/৪ বু শুরম্বা য়ারে। পাঞ্জি চুমথ্রবা অফাওবা অমা লৈরে। মীনা চুম্মী চুম্মী য়াম হায়নৈ। ইমাবু কুঠি পুতুনা অমুক্তা লাকউ অতুগা মখোয় অনী চৎলগা য়েংমিন্নরুসি হায়রকখিবা।

হমুবী— অতুগা নঙনা কম হায়না পাঞ্জি য়েংবা চৎখি ওইরিনী হায়রিবা ?

তম্ফা— মখোয় অনী জুজা জুজা খর তৌনরগা ময়োম মচা অমম্তু পায়খিবা উবা। মখোয়না পুখিবা ময়োমদো শোয়দনা কুঠি ওইরম্লনি।

হন্‌বী— নঙবু উহৌব্রনে ?

তম্ফা— উহৌই। ঙসি অবোকহোইদা লাকইসে কুঠি য়েংদৈ লাকইনে।

হন্‌বী— কুঠি য়েংলগবু কৈকানদগে ? (শোনব) খঙদ্রেদা তৌরিসে। মীনা অমা নীং লাইনা অমা তম।

তম্ফা— কানদ্রস্তু য়েংবা চৎথ্রেদনা।

হন্‌বী— নখোয়বু ঙসি হনগদৌরিব্রাও ?

তম্ফা— হন্দদি। ইমাগা ঐগা নৈত্রদি হোত্তেলদি কনানা ফম্বীনি। ঙসিস্তু থোঙ লোল্লমবনে। অতুগনে অবোক ইমানা হায়রিবা—নবোক্তি অহল ওইশিল্লক্লে ঙসি হয়েংখঙদ্রবনি। লাকইঙেসিদা কৈ:থলদৈ শরেং অচৌবা অমা লৈরগা মখুৎনা খোংলগা পীজরমনিগু হায়বনি।

( ২ )

বমথারদা লৈবা ওজা তোম্বুগী য়ুমনি। উগী য়ুমজাও লাইখন তাবনি। তুমনৌনা থানা ফজনা কুপ্পা য়ুমনি। ওজা তোম্বু মচিঙাক চাজবা মীনি। ইনাক কা হেন্না খুনবঙ্ৰি নঙে। লৌ পরি অমা অনী লৈজে। ইংথোল ওখাক চাউই। মনীংদা লৌরাকমুক খর হেন্নদা চু থাই। চহী খুদিংগী চুহী ভুম্মী। অরাং থংবা

শঙ্গোই চুহী ওময়মনি। মমাগু শঙ্গোয় লৈ। য়ুমগী মনীং থংবদা কোং খিল্লি। কোং অদু মথক মথা লৈবা কোংনি। মথাদা শীং য়েন থম্মী। মথক্তা ফৌ খিল্লি। শঙ্গোলদমু শল ৪/৫ লৈ।

থাইদেমগী ওজা তোম্বু বমত্থারদা মমিং লৈবা খ্বাইনা ইকায় খুম্নবা মীওইনি। হম্নুবী হায়রিবা অহলসি ওজা তোম্বুগী মমানি। অহলগী মিংনা লৈপাকলৈ কৌই।

থা কয়া হৌখ্রে লৈপাকলৈগী মচানুপী কুন্দালৈগা মগুনুপী তম্ফাগা লাক্লমবদো। মাঙ্গোল উথোকতেন্দা ঙাদুনা ফমলি খল্লি রাখল।

নীংশিংলি মথং মথং ওইনা - মবেনগী মনাকোংদা হায়খিবা তারি হৌজিক্তা হায়বদোনা। মচানুপীনা পীজরম্বা শরেং থোংবা চমফুৎ, ইরোনবা, হৈ মেৎপা। অসুম্না নীংশিং নীংশিং ফম্লিঙৈদা নুপা মচা অমা চঙলকই। চঙলকপা উবদা লৈপাকলৈনা -- "কনানোনে নুপা মচা নঙবো"?

নুপামচা অদুনা মাঙ্গোল কাখৎলগা উথোকতেন্দা ঙাদুনা ফম্লিবী লৈপাকলৈদা ইবেমগোক হায়দুনা খুরুম্মী।

ওরুগা "ইবুংঙো নুপামচা নঙবু কনানোনে? মিৎ নাগা ফত্তবসিদা লাকশিনবা ঙমদ্রেনে ইবেনবো।"

"ইবোক ঐবু খঙদ্রবরাও? ঐ কুন্দালৈগী মচানুপা রাইমনে।" লৈপাকলৈ — হাইমা ঐদি খঙলুদ্রেদনা। নঙবু চাক ঈশিংকা চারক্লব্রাও?

রাইমা— ইমানা চাক চাথোক্লগা চৎখো। নোংদম নাইদে তান চাদ্রবদি রাক্লগনি হায়দুনা ঙক্তানা চাক চারগা লাকপনে।

লৈপাকলৈ – নঙনা লাকপবু চুম্না লাকপরা ? নত্রগা অথুবা রা পাউ অমা লৈতুনা লাকপরা ? ইবেনস্থু মথোয়গীদা অমুক্তং লাকনীংবনি। অতুবু ওমগদবা মানদ্রে। নোংমা নোংমগী অসুম শোনজিল্লকপসিনা।

য়াইমা – অতে থোইদোকপা লৈতে। ঐখোয় ইচে তম্বাদো থাজদ্রে। ইপনখোঁহোয়না থাজবনে।

লৈপাকলৈ – কদায়দা ?

য়াইমা – লাপতে। চাইরেলদনে।

লৈপাকলৈ – লুহোংগদবদি কয়াম রাংলিবা ?

য়াইমা – চংলিবা থাসিগী ২৩ নি পানবদনি। য়ুমশকৈশ সুমিংতা থোকই। অতুগা ২১ নি পানবা নিংথৌকাবা সুমিংতা হৈজবোং পুনি হায়।

লৈপাকলৈ – নচে মশানদি য়াত্রা ?

য়াইমা – য়ামাল্লে। ইপনখোঁনা হায়বা ইনগনি হায়না খুম্মী হায়। ইমানা তম্বনি ঐদি তাহৌদে। মামহন, ইনেহন, ইবোক অহুমদি লাক্ত য়াদে হায়রকই। ইচেনা মাই লুহোংবদা লাক্লবদি কৌনরোইস্রু হায়রকই।

লৈপাকলৈ – চংতদিকো। ইশু তম্বা লুহোংববো চংকনি।

য়াইমা – ইহে কাউরমগদৌইদা।

লৈপাকলৈ – করিনোনে ?

য়াইমা – অতুবুরাও ইচেনা য়াম লুনা শিন্নরকপ্রবা রানিদা। নোংমা ইচেনা সিদা লাকপদা ইবোক্তা রা অমা হায়রম্মী হায়।

পোৎ অদো শোয়দনা পুবিরকউ। কাউবা য়াদে হায়রকই।
পোৎশক্তি করিমো হায়বা তাকলক্কে।

লৈপাকলৈ— পোৎশক্তি হায়দোকপা য়াদে। মচেনা হায়দোকনু হায়রম্মী। নচেদা শোয়দনা পুরকনি অবোক্না হায়রকই হায়না তম্মুকো।

য়াইমা— অছুদি ইবোক ঐ অমুক চৎনবা তৌরগে।

লৈপাকলৈ—লম্বী লমখাংদা পন্দুনা লৈথোকনুকো। মী খৎনা চৈনা তৌরুনু। চুমদ্রিং মুম য়েৌনবা চৎলু। সে লুপা ১০ সে নঙগী ভারা ওইনৌ।

য়াইমা মবেমপোক খুরুম্নগা থোকখি। লৈপাকলৈ মশুবু চিংনা চিংনা য়েংছুনা লৈহৌই।

(৩)

নীংশিংলকই। নোংমা মতম খরগী মমাঙদা মশুনুপী তম্বা মমাগা সোয়ননা লাক্লম্বা। মুমিৎতুদা তম্ফানা থাজরম্বা সনারৈ অথোনবা পাম্বী। লৈ পাম্বীদো হৌজিক্তি শারেপ ফারদুনা ফজনা লৈশাৎ তমলে। নাপু মচু মানবা অশাৎপা সনারৈনা পাম্বীছু পুময়োম য়োম্না শাৎলি। লৈপাকলৈনা মনাক চৎশিন্দুনা শংত্রিক মমিৎ কুপতনা লৈশিংছুদা য়েংলি। মশুনা মাই মনাকোংদা লোম্না হায়রম্বছু হৌজিক্ত হায়বদৌনা তারি। য়েংমখৈ য়েংলম্নগা চঙছুনা ফমখি মাঙ্গোল উথোকতেন্দা ঙাছুনা। নীংশিংলকলি হৌঞ্রবা পুন্সিগী তাংকক কয়া মথং মথং। মরক মরক্তসু মপি তৈথোকপা উই।

নোংমা নোংমা হৌখিবনা ঙসি তম্ফাগী লুহোংবা মুমিং থোকলে। মচা মুপা অহন তোম্বগা মমৌ অহনগা অনীদি চৎকদগী থৌরাং ঙস্তানা লোইশ্রবনি। লৈপাকলৈদি মখোঙ নারবনিনা চৎনীংহুনস্থু চৎলোইদৌরি। মশাস্থু খর শোম্বরে। অহুবু ঙসিদি অযুক ঙন্না হৌগৎহুনা য়েন্দাই অমা পায় থোকখি। মশুনা থাজবম্মা সনারৈ অখোনবা লৈপাল অহুই মখোঙদা চঙত্রে। অশাৎপা ফজ ফজবা থন্দুনা হেকলি। ফনা য়াম্না হেকলে। য়েন্দাই অদো থনকোক ভৌরে। লৈহু লাম্ভোন ফজবা অমদা নীংথিনা য়োমলে। অহুগা খাও অমদা হাপচিল্লে। খাও অহু মনাক্তা থম্লগা মখোঙ য়াম্হুনা দাডী মপান্দা ফমলি। মচাম্মুপাগা মমৌগা থোরকপা ঙাইরিবনি, খাও অহু মখোয় অনীদা পীখিগে হায়হুনা।

মচাগা মমৌগা লুহোংবা চৎকদগী থোবক্লে।

তোম্বু— ইমা দাডীদা নখোঙ য়াম্হুনা ফমলিদি কনিগীনো? পোম্বা হেনগৎলনি। খোঙ থাঙ্গৎলগা ফম্মো।

মমৌ— অবোক, অবোক য়াঙনা চৎলদি ফদবা। তম্ফানস্থু হবাঙজনি। অহুস্ খোঙ য়াদ্রবনিনা উপায় লৈত্রেনে। নহারাইগী নত্রেনে শোনবস্থু হেনজিনল্লরেদো। তম্ফা শাভদনবা হায়বা হায়হ্নি।

লৈপাকলৈ— নখোয় অনীবু ঐগী খাও মচাশিমতদি খর পায়বিখোনে।

মমৌ— কৈনো অবোক খাওহুদে?

লৈপাকলৈ— লৈনে লৈ। সনারৈ অথোনবা।

তোন্নু— কৈদৌনবনো ইমা অতুদে ?

লৈপাকলৈ— ইশু তম্ফানা য়াম্না লুনা ঐঙোন্দা শিন্নরম্বনিনে।

তোন্নু— ইমা বসতা খাওতু পুন্না চৎপা কয়া মুংঙাইরোই মী য়াম্না চিনবনিনা। আদা মীগী মমাঙদস্তু ইকাইদা। পুররোই ইমা অঙাংনিনা মচিন্দা পংঙাং ঙাংজবা ওইরিনি। মাদি কাউবু কাউরম্মনি।

লৈপাকলৈনা খনজবগুম মচাগা মমৌগদি থওইনা খনখিদে। সনারৈগী রারী খঙদবনস্তু ওইরম্বা য়াই। মথোয় অনীদি অঙনবৈ বস গাড়ী নংহৌররোই হায়তুনা থুনা য়াঙনা থোকখ্রে।

লৈপাকলৈ মচাগা মমৌগনা সনারৈ ময়োমতু পুখিদ্রে। মথরাই কয়া মুংঙাইতনা লৈহৌই। মাঙ্গোল উখেকতেন্দা ঙাতুনা চৈশুতু মনাক্তা থম্লগা ফম্লি সনারৈ ময়োমতু পায়রতুনা। মমিংতা মপি অর অর শিন্থরি। ঙহাক তুমিন্না অস্তুম ফম্লমবদৈ হৌগৎখ্রে। মখুৎ নামনা চৈশুতু শুরে মখুৎ নামনা লৈগী খাউতু পায়তুনা থোঙ্গাললোমদা থোকখ্রে।

থোঙ্গালদা লেপ অচৎ অওক তানচাবা ঙাইরি লৈতু পীখিগে হায়না নীং। লৈপাকলৈ মানা নীংজবা খুদোংচাবতু ফংখিদে। অয়ুক পুং ৯ গী অতুরাইদগী মুংখিল পুং ২ রোম তাবফাও থোঙ্গাল-তুদা অমুক লেপ অমুক ফম ভৌতুনা লৈরম্মী। মতম্না থেঙজিল্লক্লবা অতুদা আশা উদ্রতুনা লৈপাকলৈ কোম্থোংদৈ হনজিল্লকলে। মাগী লুখুমদা লৈরিবা মায়োম অচৌবতুগী মন্নুং থংবা নাকন্দা সনারৈ

য়াওবা খাওহ্নু য়ানশিন্দুনা থম্নে। অদুগা লৈপাকলৈ মাগী ফম্মুংদা চণ্ডহ্ননা হিপখ্রে। মুমিৎতুমা মা ইক মায়থজদ্রে চাক চাদ্রে অদুম তুমখ্রে লৈপাকলৈদো।

মুমিৎ অহুদে হৌরহুনা লৈপাকলৈ অনা লোয়খ্রে। নোংমা নোংমগী অপুম শোনজিল্লক্তুনা হৌগৎ কাংখৎপা ঙমশিল্লক্তরে। কন্না নাবে ফমশেন্নবে। মচান্নুপী কুন্দালৈ লাকই মমাগী সেবা তৌরে।

নোংমদি লৈপাকলৈনা মচান্নুপী কুন্দালৈবু মনাক্তা কৌশিল্লি। অদুগা হায়—"নঙ নোংমতং চৎতুনা তম্ফাহু খর লৌবিরু। মঙোন্দা ঐনা শিন্নরমগদবা পোৎ অমা লৈবি। ঐ মাবু উনদবা য়াদে।"

কুন্দালৈ— কৌকুগে। হয়েংলা করিনো চৎলগা। তম্ফাদা শিন্নরম- দৌবিবু করিনো সনারা লুপারা? হা ইমা?

লৈপাকলৈ— তু ঐগী লুখুমগী মায়োমদা য়াল্লিবা খাউসে অসিনি।

কুন্দালৈ— খাউসিদা করি য়াওরিবা?

লৈপাকলৈ— সনারৈ অকংবা।

কুন্দালৈ— কৈদৌনবা? সনারৈ অকংবদি? চারাগী মরু লৌনবরাও?

লৈপাকলৈ— নত্তে। চারাগী মরু লৌনবা নত্তে। ইশুনদি কনাগুম্বী অমগী মফমদা হায়দোক্কনুকো হায়রম্মী। অদুবু শিরমদাইগী কাল অসিদদি হায়দোক্লম্বনা চুমলে।

কুন্দালৈ— ইমা! করিনো?

লৈপাকলৈ— ইশুনা মখুৎমক্লা থাজরম্বা সনারৈ অথোনবা পাম্বী। পাম্বীহুদা শাৎপা লৈদো ইশুগী লুহোংবা মুমিৎতা বরদা চাইনবনি হায়রম্বা। মবেন্না মপাঙ্গল শোনজিল্লকপনা

মবম ওইহুনা ইশুগী লুহোংবা মমিংতা মাগী মখুৎ য়োৎহনবা ঙমখিদবা। ইশুদো মবেন নীংবনিদা। মুংশিন্রেদা। ওন্থোকনা নীংঙমখিদ্রেদকো।

( হায়রগা লৈপাকলৈ হীক হীক কপ্পা কুন্দলৈস্থু য়াওনা কপমিন্নবা )

(৪)

তম্ফা লুহোংলক্রে। চাইবেন খুন্দনি। মপুরোইবগী ইমুংদো ইনাক খুনবদি নত্তে। অতুবু চাবদি রাত্তবা ইমুংনি। মনাও নীপা অমগা মচন অমগা লৈ। মাগী মাগী মথৌ অমমম পান্দুনা লৈবা ঙাকনি। মনেম মকু অনীমকস্থু চহী অমগী চাবা রাৎতনবা হোৎনজবা লাঙশিনজবনা মখোয়গী মথৌ ওইহুনা লৈ। মপুরোইবতু নোম্বা কল্লি। পোৎথাহুনা লৈথোকপা মাগী হৈনবী নত্তে। রা লান কয়া ঙাঙগন্দবা মীতা ওইনা তৌই।

মনেম মকুনা লুনা তৌবনিনা তম্ফা মনীং তৌনা লৈজে। মচাদ মচাদোনা মনেম মকুনা খল্লি। মানস্থু অপোকপা মমা মপাগুম খনজে। অস্থুম্না পুকচেল খোয়জেল তিন্নবা লৈজবকপা থা ৬ হায়জিল্লকলে।

ইঙা থানি। নোংজু পাম্বা। হৌখিবা চহীদা ইকং থোকখি। কুমশি চহীসিদি কবম থোক্লগবা ঙাওনৈ মীয়াম্বা প্রজানা। পাঙ্গি গোনোকনা, মাইবা মাইবীনা কুমসি অসিদি ঈচাও লৈ হায়না ফাওবনি। দেবীনস্থু মপাম কুম্লকপদা হিদা কুম্লকই হি থনমহুনা কাখি হায়নৈ। লেপ্পা লৈতনা নোং চুশিল্লকপনা তুরেল ঈমাই

মান্নরে, পারে, পাগোক্লে। লৈরায় নীংখায়রে। খুনজা হৌদুনা অরৈ অরৈবা পুথোক্লদুনা পল থিংনবা হোৎনরি।

তুরেলনা মপুক শিংলিঙৈ, ঈশিং য়াম লৈত্রিঙৈ, থিংখিবা পল যুংখিবা উচুক নোং তাশিনখিবনা হানদুনা শৎতোকহৌবা লৌথোকহৌবা অমতা নংহৌদ্রে। মদুনা মরম ওইদুনা ঈশিং মৌখৎপা হেনবনি। তুরেলগী ঈয়ায়দা য়ুংখিবা পলগী উচুকশিংদো কন্না চেৎনা য়ুংশিনখিবনা অকনবা ঈরৈনস্থু ফুকপা ওমদ্রে ফেৎ ফেৎ হাইদুনা লৈরে। উচুকশিংসি ফুকতংত্রবদি ঈশিং চাউবা তারে। খুল ঈশিং থ্‌ম্নগনি হায়দুনা খুনজা মীয়াম্না লাউনরকই।

লাউতমক মথাউনৈ। কনা অমতনা থৌনা ফনা চোংথোরক্তুনা উচুক অদো ফুকলগেদি হায়দে। তম্ফাগী মপুরোইবা কাংলেনজাওনা চহাক রাখল তৌদুনা তোর্বান্দা তুমিল লেপলম্নগা, ঈমায় মান্নরবা, ঈথীল ঈরৈ কল্লবা তুরেল খোঙম্নুং অদুদা চোংথখ্রে। ঈয়ায় তান্না ঈরোইদুনা চৎখ্রে। অদুদগী মহাক ঈরুপখ্রে উচুকু ফুকখ্রে। হেক ফুকপগা পল অদু নমখায়দুনা ঈথীল ঈরৈ কন্না চেল্লক্লে। শাফু কল্লবা ঈরৈ অদুনা কাংলেনজাও য়াওনা চেন্থখ্রে। মহাক অমুক হন্না লৈরাই তম্না ইরোইরকখিদ্রে। মহাক ঈরৈদুনা চেনখ্রে। মশক উখিদ্রে। মশাদু কদায় য়ৌগ্রবগে হায়বা খঙখিদ্রে।

ময়াম্না লাউনরকখি "কাংলেনজাও ঈরৈনা চেন্থখ্রে, মশক উখিদ্রে, কাংলেনজাও ঈরৈনা চেন্থখ্রে কাংলেনজাও ঈরাক্লখ্রে।"

ময়াম লাউনবৈ খোনজেলনা তোর্বান অদো পূনীল নিলখি।

লাউনবদু ভাবদৈ তম্ফাস্থু চেন্থোরক্তুনা লেপলৈ তোর্বান্দা

ময়ামগী মরক অতুদা। মমিৎ ঈরা চেল্লি। মপুরোইবগী মশক উবা ফংখিদে। মপূক্রীংদা চিংনবা পোকখি। খনখি ঙরাং অহীংগী মাগী মঙ অদু ঙসি তাইবংসিদা থোক্লরেদনা হায়না। তম্ফা চহী ১৮ চঙলকপদা চাইরেল খুলসিদা লুহোংলকপনি। থা ৬ লোমদা মঙাইরি চহী ১৯ মপূং ফাদ্রি। মরাইবক থীরবী তম্ফানি।

মপুরোইবা কাংলেনজাওগী অশিবা মশা অদো মুমিৎ হুমনিগী মতুংদা ফংখি। শোবাৎনংিবা লোইখরে।

তম্ফা মপুরোইবা কাংলেনজাও লৈত্রবা ইমুংতুদা কনাগীদমক অমদি কনা য়েংতুনা লৈগনি? খুলগী মচেম মনেম্নসু লাক লাক্নুনা হায়রবনি—"ইনম্মা নঙগী নমৌ মুপীসে খর থুনা মপামদা চংহনখো লৈকাইগী মীনোক চঙক্রিঙেসিদা। মুপীসে মপোক ময়িদি খরা কনবা তায়। ব্রহ্মনী লাইকোসি কা হায়দু থোকঅমগদ্রা খল্লিনে ইনম্মা। মশা মউ ফগ্রবা ইয়া কাংজেনজাওদো মা লু'হাংলুবদৈ শিথ্রিবনিনে শিখিবা।"

মসিগুম্বা লৈকায়গী মীনোকশিংসে তম্ফা তাদবা নত্তে মনানা তারিবনি। মীপুম খুদিংমক্লা খুদোংথীবা ফত্তবা পুন্নমক মাগী মরালতমক ওইহল্লি মনেম মকুদা ফজনা হায়নরগা মপামদা থুনা হল্লগে হায়না নীংলে।

( ৫ )

তম্ফা মশাগী চহী ১৮ থা ৭ চঙলকপদা লুপ্রা ওইতুনা চাইরেলদগী মপাম লমদম সাইতোন্দা হল্লকখি। নিপালগুবা

ক্লাসফাও তম্লগা লৈত লাঈরবনা মরম ওইদুনা তম্ফা লাইরিক তম্বা তোকখি। মমাগী মতেং পাংনা পাংনা মরম্নাই হোৎনজদুনা মশাগী চহী ২১ শুরকপদা মেট্রিক পরীক্ষা শুমখি। হোৎনবা কনথ্রবা নুপীনি। মরীল লৈবীনি।

মেট্রিক পাস তৌরবী তম্ফাগী লাইনীংদি করিনো ? সরকারগী তলব চাবা থবক মচা অমতং ফংজরবদি মসিনি। মাগী মথুন্দসু খঙহনজনীংঙি—তম্ফানা মরম্নাই হোৎনজদুনা মেট্রিক পাস তৌরে, থবক মচা অমসু ফংজরে হায়বদু লাইবক থীরবী তম্ফানা অহীং নুংথিল নাইদনা খল্লি মানা নীংজরিবদু নোংদমবা মানা করি তম্বী-রমগদবগে হায়না।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা তম্ফাগী মামহন তোম্বু লাকই। হংঙি—

তোম্বু— নমাদি ? লৈতবরা ?

তম্ফা— লৈ। ইমুংদা।

হায়না খুম্লগা মাগী মাম্মগী ফিদা থায় খুরম্মী। হংজে—

তম্ফা— মামহন করি থবক্কীনো ?

তোম্বু— নঙগী ননেহনগী ফিরোই নকসিল্লকলে। নঙবু নোংমা নীনিদং ঐখোয়গীদা লৈরগা থবক ইনথাং নোম্বা পাংহনগে হায়না মামনা খল্লিনে। মদুগী মরমদা নমাগা চাঙনগে হায়দুনা থওইনা মাম্মা লাক্লিবনি।

তম্ফা— ইম্মানসু য়াগনিদা। ঐসু মামহনহোয়দা অমুক্তং চৎকে খল্লমলিবনি। কুন্দালৈ ইমুংদৈ মপাল থোরকই। মাঙ্গোলদা ফমলিবা ওজা তোম্বুদা খুরুম্মী অদুগা হংলকই—

কুন্দালৈ— তাচৌ সিদা সুম চুম্ন' লাকপরা ? নত্রগা ?

তোম্নু— ঐ নঙগীদা অতম্না লাকপনি।

কুন্দালৈ— কবিগী ওইরবনো ? অরুবা থবক্কীরা ?

তোম্ন— অরুবা থবক্কী নত্তেদা। ননম্মগী ফিরোইদো ঙসি ১০নিমুক্তা ঙাইশিল্লকলে। মুপীমচা অমতা লৈতবসিদা ইবুং খরা রারে। অহুনা তম্ফাসি ফিবোই শোনবা ফাওবদং ঐগীদা লৈহনবদা করি কায় ?

কুন্দালৈ— কৈস্ন কায়দে। মাদি মামহনহোয়দা লৈত্রগেবু হায়বনি।

তোম্নু— করেনে অত্নুদি। মশানস্ন লৈনীংঙি হায়রদি রাম ফ রানিনা।

কুন্দালৈ— তাচৌদা রা অমতংদি হায়নীংবনি।

তোম্নু— করি রানো ?

কুন্দালৈ— তম্ফাসে সরকারগী তলব চাবা থবক মচা অমতং তৌহন্নীংবনি। অহুদা ঐখোয়নদি পৈশা নুংশা শেল থুম পীজনবদি লৈতবনিনা উপায় লৈতে। অত্নুনা শাচৌনা কনাগুম্বা খণ্ডনচান্নবা অফিসার অচৌবা কম হাপ্পা ঙম্বা অমগী ময়ুমদা মতম খরা ইমুংত্নুগী তেংবাংহলত্নুনা লৈরগা।

তোম্নু - ইবুং য়েংগে। তম্ফাবু কদৌঙৈ লাকহনগে হায়বা ?

কুন্দালৈ— তাচৌবু থবক অতৈ অতৈ চৎলুগদবা লৈরিবরা ?

তোম্নু — কৈস্ন লৈতে। সিদগী সুম য়ুম হনথ্রনি।

কুন্দালৈ— অহুদি ঙসিমক তম্ফাসে তাচৌগা অহুম লোয়নবিগ্রোদনা।

তোম্নু— ফেনে। থবক অনীরক থোক্তনবা।

কুন্দালৈ — হায় নুপীমচা ! তম্ফা তারিবরা ?

তম্ফা— ইমা ।

কুন্দালৈ— য়েংঙো ঙসিসে নুমিৎসু য়াম ফৈ, থাবানসু ফৈ, তৎনবা নুমিৎসু থোক্তে নঙ মামহনগী তুং ইনগো। চৎলো লোইশিল্লুরো। ঐদি ফিরোই নুমিৎতা লাকঅগে।

তম্ফা— হোয় ইমা। কেগদবা নত্তবনিনা ঐগীদি ইনফি অমা ইনশিল্লগা লোইরেদা। থুনা থোরক্কে।

অসুন্না তম্ফা মাগী মামহন তোন্নুগা লোয়ননা চৎখি। মাগী মামহনসি এল, পি, স্কুলগী হেড পণ্ডিদ ওইরম্মী। বমম্ভার খুলদা মাবু খ্বাইনা খাইদেম ওজা তোন্নু হায়রগা খঙনৈ। ময়াম্না ইকায় খুম্নবা মীশকনি। হৌজিক্তি পেন্সন ফংহুনা লৈরবনি। মহাক্না ওজা ওইরিঙৈদা জাতিগী ওইনা মনা ফংখিবা ওজানি। হৌজিক সরকারগী ফম অচৌবা পায়রিবা অফিসার অয়াম্বা মাগী ছাত্র ফাকনি।

ওজা তোন্নু ধর্ম্ম লৈবা মীশকনি। লৈকায়গী দেব কর্ম্মা অমা থোক্লকপদা চিৎথদনা বার্ত্তোন ফংঙি। চীংলেম্মী মগুন লৈ।

( ৬ )

ওজা তোন্নুগী নুপীগী ফিরোই শোনবা নুমিৎ। ইমুং অতু পূমলাঙ লাঙঙি। অরাঙফমসু, পূজারি ময়াম, তুহোন ময়াম পূম্নমক ইবেম্মা তম্ফাতা মহায়নৈ। অরাকপসু তম্ফাবু খিবৈ। মাগী মামা তোন্নুনসু থি। পোরকপা পোপাং হৈ·য়া, লফোই-লতং তম্ফাদা

শিন্নে। পুম্নমক তম্ফাদা ঙাক পীশিল্লি। থবক চিনবনা তম্ফা মমৈ মকোক খঙদে। পুম্নমক অদো মায়োক্লবা ঙম্নবা হোৎনজৈ। মমা কুন্দালৈ চিংনা চিংনা মচানা তৌরিছু য়েংজৈ, পেনজৈ, হরাওজৈ।

মচাগী মতৌ য়েংবদা মুংঙাইবগী ঈথক হৌরকই। ঈথক্তুদা অতৎপা লৈতনা নীংঙমদবৈ ইপোম অমা হেক হেক ফেনজিল্লকলি। মত্নদি মাগী মবম ওকপী মচা নুপী তম্ফানা মন্নুং মতম চাদনা য়াম্না নৌনা মশাগী চহী ১৮ তমক ঙাইবিবৈদা লুপ্পা ওইহৌবা অত্নুনি। খল্লুবদা কুন্দালৈ মমিৎতগী মপি তাখিবা খঙহৌদে।

স্নাখ্বা লেঙলক্লে হায়তুনা নিম্নরকই। স্নাখ্বা চীংলেন সনা মতম অত্নুগী শিক্ষা বিভাগী কমিসনরনি। ওজা তোম্নুগী সেবকনি। ওজা তোম্নুগী লমজীং মখাদা হৌরকখিবা ছাত্রনি। ছাত্র অতৈদি ওজা তোম্নবু কাউথ্রে। স্নাখ্বা চীংলেন সনাতনি ঙসি ফাওবা মকোক লৈবাক তানা ওজাবু খুরুমলিবা। স্নাখ্বা অফিস ছুটি লৌতুনা ওজা তোম্নুগী মুপীগী ফিরোই য়াওবা লাক্লিবনি। ইহান হাম্না তম্বীরকপা ওজানি হায়তুনা চীংলেন সনানা ওজা তোম্নু ইকায় খুম্মনা লোয়নৈ। স্নাখ্বাগী ওজা গুরু মশক খঙববু উবদা ওজা তোম্নু পেনজৈ মুংঙাইজৈ।

ঙসিগী ফিবোইস্থু স্নাখ্বা চীংলেন সনাবু বার্তন তৌকই ওজা তোম্নুনা। চীংলেন সনাস্থু ওজাগীনি হায়তুনা ছুটি লৌতুনা য়াম্না হরাওনা লাকপনি। ওজা তোম্নুনা লমজীংতুনা চঙখি চীংলেন সনা মমাঙ শঙ্গোয়দা। থারিবা টেবল চেয়ার অতুদা মাগী ফমফমনি হায়তুনা চঙশিন্দুনা ফমখি। ওজা তোম্নুনা স্নাখ্বা চীংলেন সনাবু

ফমহল্লম্মে হায়রগা শবক ইনখাং খব শিন্দোক শিনজিন তৌজরুখিগে হায়তুনা থোক্লকই।

চীংলেন সনা মাগী ফমফমদা ফমতুনা তম্ফানা কোয়চেল চেন কোয়লাও লাও ভৌরিবতু মুংঙাইবা অমা য়াওনা মুন্না মুন্না মিং কুপতনা য়েংতুনা লৈরি। তম্ফাগী মরম ওকপা শিল্লম খঙবতু উবদা কল্লকই। মচা মশু ওইজনীংঙি। মপুন্নীংদা করিশুম্বা অমা খনবগুমস্ত্ উই।

ফিবোইগী পালা লেপতুনা ঈশৈ পকপা হৌখবে। ঈশৈ শকপা হৌখ্রবা মতুং ঙহাক লৈরগা চীংলেন সনা ফমফমদগী চৌগৎতুনা থোকখ্রে। পালা মবক্তা চঙখি শেল থাবা। মতুদা পালানা ভাবোক্লা হবাওনখি। চীংলেন সনাই চাউথোকচদবা অচম্বা মওংতু উবদা। ওজা তোম্ন ঙমখৈ লৈতনা পেনজখি হন্নাওজখি।

তোম্ন— ইবুংঙোনা ছুটি লৌহুনা লেঙবিরকপসিদি ওজাদি এস্থোক্ল পেনজখ্রেদা। পোকপগী মহয় য়াল্লবোই নীংঙি। ইবুংঙোগী লমনদি শিংবা ঙমদনা শুম তোন্দুনা শিখিবা তারেদনা।

চীংলেন— এ ওজা করি রানোদা হায়হৈদে। ঐনতুম ওজাই লমন তোল্লিবনি। ওজানা শেম্বী শাবিরকপদগী, তাকপী তিক-পিরকপদৈ শন্না হায়রবদা ওজাই মপান্দগী ঙসি ঐগী ফিভম অসি য়ৌরিবনি।

তোম্ন— কদায়দগীনোদা ইবুংঙোনা পংতাক হেক তাকপীবে। ঈশৈ লোইখরে। চাক চানবা থৌরাং তৌখ্রে। তোম্ননা ভাবোক ময়ামদা থুরুমতুনা চাক তাকখরে। মাখ্রা চীংলেন

সনাস্থ লুক হাবা লেঙশিনখরে। তোম্বনা অরাৎ অপা য়েংবা কোয়চেন চেনহুনা লাঙলি।

প্রসাদি খুনবা লোইনরহুনা ময়াম পোৎথানরি পাম্না চাহুনা। স্নাখ্বা চীংলেন সনাগী পাম্না দক্ষিনা কৎপা লোইখরে। চীংলেন সনানা হায়রকই—

চীংলেন— ওজা অশংবা তানজা অমা য়েংলগা ঙসি ১০ নিমুক লৈরগা হায়বদি চাইরিবা ময়ামসি লোইশিন খমজিনবা লোইরবা মতুংদা ঐগীদা অমুক্তা লেংথোকপীরকউদো। করি হায়বগে?

তোম্ব— ফগনি। ইবুংঙো ঐ শোয়দনা লাকচগে।

চীংলেন— অহুদি ঐস্থ য়োনবা তৌরগেনে।

তোম্ব— ঐ অস্থরাই ফাওবা থিনদোকচগে।

( ৭ )

নোংমা ওজা তোম্ব কমিসনর স্নাখ্বা চীংলেন সনাগীদা লাকলম্মী। মানা লাকপগী মরমদি মাগী মুপীগী ফিরোই ন্নমিৎতা চীংলেন সনানা হায়রম্বগী মতুং ইম্ননি। ওজাদি পেন্সন ফংলবা মতুংদা কনা অমতগী ময়ুমদা চৎতে। মরমদি পেন্সন ফংলবা মীদি মরেক মহাও অমদি পরাব য়াওদ্রবা মীওইনিনা মীনা উশিৎতে, রা ঙাঙলুবা খুদিংদা মীনা থওইনা তাবিদে। অহুনা ওজাদি কনাগীদা চৎতে, অতোপ্পদা করিগুম্বা অমতা হায়নীংদে হায়রুদে।

ওজানা চঙলক্তুনা চীংলেন সনাগী গুমাঙদা লেপ্লগা—"ইবুংঙো সাহেবপু লৈবরা? লৈরবদি অমুক্তা উনজগে?" হায়হুনা য়াম্না

তপনা মোং হাদনা হায়। তানজা অতুদা চীংলেন সনাস্থ থবক অমা চৎকদবগী থোরকপগা থেংনরে। মুমিৎ অদো নোংমাইজীংনি।

চীংলেন — ওজাবু ননাই ঐহাক ভক্তি কৎচরি।
হায়তুনা মকোক লৈবাক তানা খুরুম্মী। মতু উবদগী লৈরম্বা ময়াম অদো তুমিন তুমিন লৈনখি।

তোম্বু — এ য়ারে য়ারে। ইবুংঙোনা নহান নোংমা ঐবু অমুক্তা চৎথোরকউ হায়বতুদা।

চীংলেন — ওজা রানা লেঙবিরকলেদা। করিদা লেঙঙকপগে?

তোম্বু — এ করিনোদা ইবুংঙো! লরাই ঐখোয়গীদি লুপা লাক্ষ ২/৩ পীবা গাড়ীদা লাকপা হায়সি মঙাইরেদনা। কার, জিবতগীদি মমল হেনবা গাডী — নত্রবদি ইবুংঙো ওজা-হোয়দি কয়া তোংনীংদেনে। (অনী নোকমিনৈ) বস গাড়ীনা মফরে হায়বা ইবুংঙো।

চীংলেন — চুম্মী ওজানা তাকপীরিতু।

তোম্বু — ইবুংঙোবু লেঙথোকদবা লৈবিব্রা?

চীংলেন — লৈ ওজা। চৎচগে তৌরমলিবনি।

তোম্বু — অতুদি ঐনা লাকলিসি তানজা চাত্রবরা?

চীংলেন — চায় ওজা। চামনগ্রবা জাৎনি। ঐনা চৎকে তৌরম্বা থবক্তি পংলু লুবা নত্তেদা। চৎত্রস্থ য়া জাৎনি। ওজানা লেঙবিরকইসিনা হেন্না মমল য়াম্নগ্রে। ওজাগা পুং ১ রোম হেন্নবু রারী রাতাই শাখিবা য়ারি। মন্নুংদা লেঙ-শিলসি। চা মুংকা থক্লগা চীকনা ঈংনা ওজাগা রারী শাগদবনি।

তোম্ব— ফৈনে অদুদি ইবুংঙোদবু অকাইবা লৈত্রদি। ইবুংঙোনা ঐবু লাকউ হায়না ভাকপিব্বু করি অরুবা থবক্কীনো ?

চীংলেন— য়াম লুবা থবক্কী নত্তেদা। লায়গ্রবা রানি।

তোম্ব— করি ভাকপিগদবা ?

চীংলেন— সে সিনিমা ওজা। নহান ইন্দোন ইবেম্মগী ফিবোই শোনবা মুমিৎ অদুদা মুপী মচা তম্ফা হায়বী অমা থবক নোম লিকপা য়াউইদনা।

তোম্ব— য়াউই য়াউই।

চীংলেন— মাগী মরমদা ঐনা খরা খঙনীংবা। অদুগীনিদা।

তোম্ব— ইবুংঙো তম্ফা হায়রিবী মুপীমচাসি ঐগী ইচন মুপী অমা সাইতোনদা ওংই। মাগী মচানি। মরাইবক থীগ্রবী মুপীমচানি। মহাক হৌজিক চহী ২১ রোম শুরম্মনি। কুমশিদু মেট্রিক পাস তৌজরে হায়। মশা মথন্তু হোৎনজদুনা প্রাইভেত থাবনি। মমাগী মতেংস্থু অদুম মপাংই। মুপীমচা অদুবু পোক্লম্বা ইশেন অদুস্থু লৈখিদ্রে। মপুরা অমতং লৈজবস্থু মমুং মতম চাদনা নোঙ্গাথ্রে। মুপীমচাদুনা চহী ১৮ হায়রকপদা চাইরেনদা লৈবা নীপা অমদা অহল লমন্না থাজদুনা লুহোংঙি। লুহোংলবা মতুং থা ৬ রোম লৈরগা ঈশিং ঈচাউ অমা থোকখি। মদুদা মপুরোইবদু থিংঙেল থিংবদা মরাইবক থীবদৈ ঈরৈনা চেন্থখিদুনা কনবা ঙমহৌদ্রে। চহী নৌরিবী মুপীমচাদুনা লুথ্রা ওইদুনা মুপা ময়ুম অদুদা করম্না লৈগনি। ঐখোয়

ময়াম চৎতুনা মাবু চাইরেনদগী লৌরুবমি। ইবুংঙো ওম্হোক্লা নীংঙমখিদ্রেদা। থরাই মুংঙাইতে।

চীংলেন— হৌজিক মহাক কনাগা লৈবি ?

তোম্বু— মমাগা লৈমিন্নরি।

চীংলেন — ওজাগা লৈমিন্নবদি নত্তেনে।

তোম্বু— লৈমিন্নদে। ফিবোইগীদমক নোম লিকপা য়াওননবা ঐনা কৌব্বনি। ইবুংঙোনা খঙবিরিতুনি ওজাইদি মুপীমচা অমতা লৈত্তেদো।

চীংলেন— নমৌ মুপীসে অসিনা হায়বা কুইরে। মাগী মতেং পাংনবা মুপীমচা অমতা খিবিযু হাযবা। নহান ফিরোই হুমিৎতা মানা তৌবা থবক্তো উবদ ঐ পূমপেন পেনগ্রবনি। মিৎলম নাবম খঙগ্রবা। মুপীমচাদো য়ারবদি ওজাদা হংলগা ঐগীদা থমনীংতুনা তৌবনিনে।

তোম্বু— লাইবক ফবনি ইবুংঙো। লাইবক ফবা। ইবুংঙোগীদবু থম্বীগে হায়ববদি লাইবক ফগ্রবা স্বর্গ খুৎনা লাম্বা ফংব-শুম্বনি। মমানসু য়ারকনি। মশানসু য়ানি। ঐনসু য়াই। অতুদা ব্রা অমা লৈরিনে।

চীংলেন — ব্রা অমা লৈবি হায়বু কবি ব্রানোনে ওজা ? ওজানা য়াবিরগা লোইরেদা।

তোম্বু — ব্রা অমখক্তংদি লৈরিনে ইবুংঙো। সিদা মপুন্সী চুপ্পদি লৈবা য়ারোইনে। মশাসু নহা ওইরিদো।

চীংলেন—মতুগী ব্রাতুদি মাবু মী অমা ওইনবা শেম্বীবগা লোইরেদনা।

তোম্বু— শেম্বীবত্তুদা ইবুংঙো, ইবুংঙোনা হৌজিক হৌজিকমক শিক্ষা
বিভাগকী মকোক হায়ত্নু ওইখ্রিদো। অহাঙবা কম লাকপদা
তানজা য়েংলগা অয়ুক্কী স্কুলদবু ওইরবস্ু ওজা মচা অমতং
থৌজানবিরবদি ওম্মোকনগী মুংঙাইজগনি।

চীংলেন— মতুগীবুদি ঐনা শোয়দনা শিনগনিদা। ৱাবিরুস্ু।

তোম্বু— মতুবু ওইরগদি ঐ হয়েংমক চৎতুনা মশা কৌজরুরগে।

ওজা তোম্বু চীংলেন সনাগী ৱাত্নু তাবদা মুংঙাইমনখিত্তুনা হৌগৎলগা চৎকে ত্তৌই। চীংলেন সনানা ফম্বীখো হায়ত্তুনা খাম্মী অমুক ফমহল্লি। চীংলেন সনা মাগী মুপী মন্দাকিনীসিজ কৌথোক-লুই। অনীত্নু নে না তানা ৱারী ৱাতাই শানহল্লি। শানবা লোইরগা ওজা তোম্বু চৎননবা থৌরাং ত্তৌই। চীংলেন সনানা মাগী কারদা থিনগে হায়। ওজা তোম্বুনা য়াদে। য়ামনত্রবা অত্তুদা কৈশাম-পাৎকী বস পার্কিং ফাওবদং থিনবিরকলে।

( ৮ )

ওজা তোম্বুনা কৈশামপাৎকি গাড়ী থাফমদা ঙাইহাক বস ঙাইবা ওইনা লেপলি। লেপলিঙৈ অত্তুদা ইখঙ খঙহৌদনা মখোল মরা ইতা তাহৌদনা বস গাড়ী অমা লাক্তুনা খামলে। গাড়ী অত্নু চুরাচান্দপুর, ব্রেকেত মমুংদা লমকা হায়না থাই। মী ময়াম কাখৎনৈ। মত্তুদা ওজা তোম্বুস্ু কাখৎলি।

ওজা তোম্বুগী খুলদি বমন্তারদনি। উৎলৌ লমখাই মপাদা গাড়ী খাম্মী। ওজা তোম্বুপু মত্তুদা কুমগদবনি। মী কুমথনবা

য়াওই। ওজাদি কুমথদবে গাড়ী মনুংদা অতুমক ফমতুনা লৈবে, মচনন্নুপীগী খুল য়ৌবগে নুংঙাইবা পাউদু তমলুগে খন। বস চুবাচান্দ পাংনা থোগ্রে। ওজা তোম্বু বস মনুংদা ফম রাখলগী দলান শারি।

সাইতোন লমখাই য়ৌবদা বস গাড়ী খাম্মী। ওজা কুরথে গাড়ীদগী। সাইতোনগী নোংপোক থংবা খুনদোন য়ৌনা চৎকদৌবিনি। মরমদি মফম অতুদা মচন নুপীগী যুম লৈ। খোঙনা মাইল ৪/৫ দি চৎপা তারি। উচিন নাচিননা মচন নুপীগী ময়ুমদু য়ৌরে। রাবনা তপ তাই অহন মতমগা ওইবক্লবনিনা। ওজানা থুংলুবা মতমদা মচন নুপীদি যুমদা লৈরমদে। তম্ফা তমক লৈবম্মী। তম্ফানা ফক অমা পুথোক্লুনা মাই মাম্মগী ফম্নবা থাই। ওজা ফমতুনা হুমাং হন্দোকই।

তম্ফা— মাম্মা ঙসিদি ঐখোয়দা চাক চাগ্রসি। নুমিৎসু থেঙলে। অমসু অমসু ফবক তারনি।

তোম্বু— নমাবু লৈব্রাও?

তম্ফা – লৈত্তে।

তোম্বু— কদায় চৎখি?

তম্ফা— আ লমকাদা। অয়ুক চীংদগী লাকপা মীনা পুবকপা পোৎ তীকলুনি হায় চৎখিবনে। লাকঅনি। চাক চাখিদ্রিবনে।

তোম্বু— নমা উনখিদবদি য়াদে। পংনসু লাকপা ঙম্বা নত্তে। লাকইঙৈসিদা ঙাইহুনা উনখিবা তারেদনা।

তম্ফা— ঐখোয়গী চাকশু থোংদ্রিয়ে। ঐ চাক থোংলুবগে। মিৎনা

কুপ্পদা লোইনিসে। মামহন চাক চাখিদবা য়'দেকো।

তোম্নু— হোয় হোয়। চাবা তারেদনা নম! উনখিবা তারদি।

তম্ফা হরাওনা খোংদা ঈরুবা চৎখি। মাই মামহন ওহাক পোৎথারগা হুমাং হন্দোক্লতুনা তম্ফাহোয়গী ইংখোল শম্বল কোয়না চৎতুনা য়েংলি। মুপা নহা লৈত্রবসু তম্ফা মমা মচাই চ্যোকশিন্না পানবা য়ুম্বাল অমসুং ইংখোল শম্বলতু উবদা ওজা তোম্নু হরাওজে মপূক্লীংদা। চীংলেন সনাই মুপী সীজ অতুনা ঙাঙহৌবা রাঙাঙ রাতা অমদি চীংলেন সনানা হায়রকপা পুম্নমক মচন মুপী কুন্দালৈদা তমনীংঙি। মতু তাবদা মচন মুপী শোয়দনা হরাওজনি, মুংঙাইজগনি খল্লি। তম্ফাসু ঈরুজবা কারক্তুনা চাকথুম চঙব্রে।

মচন মুপী কুন্দালৈ পোৎ কোকখোং অমা পুতুনা হল্লকলে হুমাং জিজি শৌরতুনা। মবুংবু হেক উবমক্তদা।

কুন্দালৈ— হাইমা তাচৌ! তাচৌ লাকপা কয়া কুইরে?

তোম্নু— পংকুই কুইদ্রিদা।

কুন্দালৈ— হাই তম্ফা থোরকও পোৎসি অমুক্তা থারো লাউও।

তোম্নু— তম্ফাদি চাকথুমদা লৈরমনি। তম্ফানা ঐবু চাক চাগ্রো হায়না খাম্মে। পোৎতু ঐ থাবিরগেসে।

কুন্দালৈ— ঙসিদি তান ওম্মোকনা চাগ্রেদা। নমৌ মুপীনা ইমা ঙা চরা অমতা চাসি হায়বা কুইরবনি। তান ইচা হেক চাদবা। ঙসিদি সাইতোন লমখাইদা বস গাড়ী খামফমদা ঙা য়োল্লমমে। অদৈ ঙা মচা অমসু লৈরকএ। ঙাসি থোংননবা। হায় তম্ফা তম্ফা নঙবু অমুক্তদি থোরকখোনে। তারিব্রাও?

তম্ফা— করি হায়গে ইমা লাকএ লাকএ।

হায়না খুল্লগা তম্ফা মপান থোরকই। মমাগী মনাক্তা লেপলে। মমানা মচামুপীদা ঙাহ্নু থোংনবা হায়। মমাদে ঙাহ্নু লৌরগা তম্ফানা হায়।

তম্ফা— করেদা। ইনশাং থোংনিংঙাই লৈতহ্নুনা য়েন্দেমগা আলুগা কুংলিবনি ইরোনগে হায়হ্নুনা।

কুন্দালৈ— মুকম মুকম অমুক শোন্দ্রবম্নু ইমুংদা কোক হেক চঙখ্রে। য়েংঙোই ইরোনবা অহ্নুগা ঙা থোংবা অমগা ভৌরগা লোইরে। ঙাইখোনহৈ নঙ মামহন চমকুং য়াম পাম্বনি। ভোর্ব্বোং মচা অমা লৈদাই মহ্নুগা চমকুং হেক কুংলো।

তম্ফা— ঐ চমকুং শেম্নগে। ইমানা ঙা শেম্বীরকলো। খর থুনবা।

কুন্দালৈ— হোয় হোয়। ঐ নঙ মামহন ফি রোল হোংদোক্লবা, ঈরু মায়থনবা ভৌরুগে ভৌবনি। ঙা হাম্না শেম্নম্নগা ভৌরগে। চাক চাবা তোক্লগা তাচৌগা রারী রাতাই শাবা হায়হ্নুনি। করিনো মরম অমা শোয়দনা লৈরমনি। লাকথোক্তনা লাকলিসি।

ওজা তোম্নু ঈরু মায়থজবা লোইখরে। ফিশেঙ শেংখবে। চন্দন চন্না থিনখ্রে। তুলসিবোংদা লৈ শু কৎহ্নুনা লাই খুকম্বা লোইখরে। মচন মুপী কুন্দালৈ মবুংগী সেবা ফজনা ভৌজৈ। মচনগী সেবাদা তোম্নু পেল্লি। চাক চাবা মমৌ মুপী তম্ফাগী মনাক্তা চাকখুম চঙখ্রে।

চাক তোক্লবদা তোম্বনা মচন মুপীদা স্নাখ্বা চীংলেন সনাগা উনকবা চীংলেন সনানা হায়রকপা পূম্নমক চিৎথদনা তম্মী। "তম্ফাসি মাগীদা মতম খবা লৈহনসি হায়ববু কবি হায়বগে ?" হায়হুনা মবুংনা হংঙি। মবুংনা হায়বা অহু মচন নুপীস্থ হরাওনা "য়াইনা" হায় খুম্মী।

তোম্ব— ঐনা থবক অহাঙবা লাকপা মতমদা তানজা চারবদি ইবুংঙোনা ননাই তম্ফাবু তলব চাবা থবক মচা অমতং হাপ্পীরম্মু হায়জবদা মানস্থ হবাও হরাও য়াবিবকই। নমা নচাগী রাদি তাদনা ঐনা লৈহনগে হায়না হেক্তা হায়দোকলম্মী।

কুন্দালৈ— করিমত্তা কায়দে তাচৌ। ঐখোয়গী ফনবা তাচৌনা শীনবীবদা হায়নীংঙাই কৈস্থ লৈতে। য়াথোকপীরম্বদো য়াম ফগ্রে।

মরক থৎনা তম্ফানা রাহু তাবদা হরাওমনগ্রহুনা

তম্ফা — মামহন কৈদৌঙৈ চৎকনি ?

কুন্দালৈ— ঙাইখোনে মুপীমচা নঙবো তুমিন্না ঙহাক লৈখোনে। নে না তানা জোন চঙনা নঙ মামহন্না তম্বা তাখিসিনে।

তোম্ব— নমা নচানবু য়ারবদি ফরে। নহোয়না করি হায়রমগদগে হায়হুনা নীংজিং মাঙজিংননা লাকপনি।

কুন্দালৈ— তাচৌ, ইমা ইচাগী রা করিস্থ লৈতে। তাচৌনা স্থম ফৈ স্থম তৌসি হায়বদো ঐখোয় লোইনা য়াজে। মুপীমচা তম্ফানা তলব চাবা সরকারগী থবক মচা অমতংদি হায়হুনা শোন শোনহুনা লৈবা কুইরবনি। তা হৈ ঙমসিল্লক্লবা।

তম্ফা— মামহন থবক্তু শোয়দনা হাপ্পিগনি হায়কো ?

তোম্বু— অতুগী অবেপ্পা খণ্ডদ্রি। হায়রকপগী রাতনি। খবা লৈবগা মথং মথং ঙাঙনবা হায়তুনি। ইবেম্মা কুন্দালৈ নচাগী চংথোক চংশিন য়াত্রা হায়দো অমুক্তা পাম্পি অমদা য়েংথোকলু। থাসি মায়কৈকা থোকপ্রা হায়তু মুন্না য়েংঙকউ। নোংমা নীনিতা লৈগদবদি নত্তবনিনা হায়বা। অতুগা ঐঙোন্দা পাউ অমা পীরকউ।

কুন্দালৈ— য়েংলুবগে। অতুগা ঐ হেক্তা লাক্লগে তাচৌ উনবা।

তোম্বু— ঐন্দা তম্ফা পুবগা ইবুংঙো চীংলেন সনা অমম্মুং ইবেম্মা সিজা অতুদা শিন্নবমদৌরিনি।

মচন মুপী কুন্দালৈনা য়োন্নবা তীকচরকপা খৌশাবুংগী কিহোম অতুদে ফজরবা কিহোম অনীখক খল্লগা মবুংদা হাপ্পী পুখিনবা হায়।

তোম্বু— পুরোইদা। নহোয় য়োন্নবা থমজো।

তম্ফা— মামহন পুদবা মুপয়া য়ারোই। পুখো। মামহন রা অমতা হংগেনা ?

তোম্বু— হংঙুনে কৈনো ? ইমৌনা হংববো।

তম্ফা— মহোয় চীংলেন সনা হায়তু য়াম ফবা মীতারা ? মানা ঐবু থবক শোয়দনা হাপ্পিনিকো।

তোম্বু— থবক হাপ্পিনি হাপ্পিবোই হায়তুদি ঐনা হায় ঙমদে। অতুবু চীংলেন সনা হায়রিবা মীতাসিমক্তি হায়দোকখিবা জবানদি ঙাক্লা চংপমি। হৌজিকমক নত্রগম্লু থর লৈরগদি

তৌরকত্র! খল্লি। চহী অহুম অমা মরি অমা খরা খাঙবা ঙাইবা তারেদনা। নঙনা মরম ওক্লা খর লৈয়ু। শায়বা কল্লগা ওইনম্মী খাঙবা কল্লগা ফমেন ফংঙি হায়বা ইপা ইপুগী রা লৈবনি। খল্লা ঙাইবা তারেদনা ঐখোয়নদি শেল পীজনীংঙাই লৈত্তবনিনা।

তম্ফা— মামহননা স্থুম তৌ হায়বদো তৌজগনি। মামহনগী য়াথং লৈবাক তাহনজরোই। মীগী ময়ুমদা লৈরবদি ইমুংতুগী মীনা য়ানবা চৎচগনি। মামহনগী মায় চোপহল্লোই।

তোমু— অতুনিদনা ইমৌসিদি। মরম ওকদবনি। হায়বা ইনগদবনি।

( ৯ )

তম্ফা মশাগী চহী ২১ শুবদা চীংলেন সনাগী যুমদা লাকপনি। হৌজিক মহাক চহী ২৭ হায়রে। মহাক অহানবা লাকপা মতমদা মশা মউ ফরম্মী তীক তীক লাউনা। হৌজিক্তি ময়াংতু ইকং কংলে। নহা ওইবগী মরেক মহাও কাদ্রে। মথরাইসু কয়া মুংঙাইত্তে। চীংলেন সনানা নোংমতা মাগী থবক হাপ্লীবগী মরমদা হায়বা, পনবা তাদে। মানা ইমুং অতুদা লৈরকপদি পীক্লবসু তলব চাবা থবক মচা অমতং ফংজগনি হায়বগী আশাদা লাকপনি। মতুগী রাফম অতু চেক মোক লাউখিদবসিনা মাগী মুংঙাইতবগী মরমনি। রাফমতু মানা কনাগী মফমদা হৌদোকলুনি। হৌদোক্লবগী পাঙ্গলসু মাগী লৈজদে কপ্পা নত্তুনা।

অসুক কুইবসি মা য়াম রানা খাঙলকপনি। সরকারগী তলব চাবা থবক মচা অমত্তং শোয়দনা হাপ্লীরকনি হায়বা আশাতুগী মরম

অহুদা থুপচহুন'। চীংলেন সনাগী মুপী সীজা কয়া কবা মপুরোইবগুম্বা মীতা নত্তে। কল্লক খম্বন চাউবা, লৈত লাঙ্গৈরববু থোওইনা খন্দবা, অশোনববু তুহৎপীবা, অচাওরম কানীংবা, ইচা মীচা নাইনা পাংশোই নাইনা চৎপা মীতা ওইনা খ্বাইনা সীজবু উই। উবদা নত্তে মাগী মুংগী রাথল মরমচৎনা, রাঙাওনা শাঙাওনা মহাক করম্বা মীনো হায়বদো তশেংনা তাকলি।

মহাক্কী মচা মুপা ২ মুপী ২ নি। মচাশিং অদো মপা কিনা চৎচরম্মু মমানা নাও চাউহল্লি। মচা ৪ অহুনা চাবা লুখাক ময়ামহু তক্ষাবু শেংহল্লি। কোল লীক ময়ামহুম্মু ফেংহল্লি। নোং হেক ঙানবদৈ মুমিং অমা তাবকাও মপি মতম মতম তানা কোনফেংকমদা লৈবনি। চীংলেন সনাগী মুপীগী মিং মন্দাকিনী কৌই। খ্বাইনদি সীজ সীজ হায়বগা খঙনৈ। মন্দাকিনী সীজ তক্ষানা থবক ময়াম নোমলিবহু খঙদবা নত্তে। খঙলবম্মু খঙশিন্নদবনি উরবম্মু উশিন্নদবা ঙম্বা মুপীনি।

তক্ষা চাবা থকপদম্মু মনীং কয়া থুংদে। শেৎপদম্মু অহুমঙাই। চীংলেন সনানদি য়াওশং, কাংনচিংবদা, কৃষ্ণ জন্ম, থৌরানী জন্ম থোরকপদা মচা মুপী ২হুগা চপ মান্নন তক্ষাগীম্মু মফি মরোল হেক হেক লৈবিরকপনি। মন্দাকিনীনা মুপী হায়হু থোকপনিনা মঙোন্দা হেক হেক শিন্নৈ অঙাংশিংগী মফি মরোলনি সে হায়হুনা। মচা মুপা অনীহুগীদি মপানা মশা মশা কৌশিনহুনা পী। তক্ষা মসি পুন্নমক লোইনা উবনি লোইনা খঙবনি। খঙলিবা রাফমসে মহাক কনাই মফমদা হায়দোকপা লৈতে। হায়দোক্তে।

মন্দাকিনী সীজ কনানো করম্বা মীতানো হায়বদো মথক্তস্থ খরা পনক্কগ্রে। চীংলেন সনানা তক্ষাগীদমক্তা লৈবিরকপা পো চৈ ফিরোল অমতা তক্ষাগী মথুং য়োদে। শম্না হায়ববদা অমতা পীতুনা শেংহন চাহন্দে। অহনবা পীবগী মহুৎতা মচানুপী অনীগী ক্ষিমন হেক হেক পী। মাগী শেংনম্রবা ফনেক অমনবা পীতুনা শেংহল্লি। ফি মতুপ অমনবা পীতুনা ইল্লহল্লি। মাগীদমক মপাবুং চীংলেন সনানা লৈবিরকপা মহাক উই। অতুবু মমাসি মন্দাকিনী ইবেম্মানা মঙোন্দা শিন্নবিরক্তবনিনা করম্না পীয়ু হায়রুনি। তক্ষা উপায় লৈতে। মমাসী মন্দাকিনীনা মঙোন্দা অমতা পীরক্তে হায়নস্থ মপাবুং চীংলেন সনাদা করম হঙংলুনি। তুম্নিন্না খাঙহনা লৈবা হায়বসিনা তক্ষাগী পুন্সীগী লোয়নরক্লবা লমচংকুম উরি।

মী লৈতবা মতম অরুক্তা থবক ইনখাং লোইশিল্লগা মাগী কাখু অতুদা চঙহনা মাগী কম্মুংদা হিপতুনা পোংথাই। হৌগ্রবা মতমগী রা। চাইরেলগী মতম খরতগী ওইবা পুন্সী নীংশিংলকই। মপি মতুম মতুম শিন্থনা কপ্পী। কনাস্থ চঙলক্লরোইদবা মাগী কাদা মপি তৈথোকই মী উথিনি খন। মাগী মামহন অমস্থং মমা লাকহন্দে মরমদি মানা অরৈবা মীনাইগুম লৈবিবা অদো মখোয়বু উহন্নীংদে। উববদি মহোয় নীংবা কায়খিনি। নুংঙাইখিরোই লৈথায় অমা তাদ্রিফাও অরাবা মুংঙাইতবা পুন্নমক খা চিক্লুনা খাঙখিগে হায়না থনজে- মরাইবক ধীরবী তক্ষা। চহী ৭/৮ লৈরকপসিদা চীংলেন সনা ক্ষক্তবা মী নক্তে পুকচেল চাউবা ওফি- সারনি খ্বাইনা ভাঙনবা মা তায়। মাগীদমক করিগুম্বা খর

তৌবিরকপা য়াই হায়না খল্লি। মসি মাগী থাজজবনি। কম্নিগুম্নদম্নু চিংনবা ম্লাখল লাকই। অদুবু থাজবনা চিংনবদু মাঙহল্লি। তৌবিরকনি, তৌবিয়কপা য়াই হায়বা মাগী থাজবা অসিগী মখা পোল্লহনা তম্ফা ম্লানা ঙসিফাও খাঙডুনা লৈরকলি।

নোংমা মানা লাকপা কুইন্ড্রিউঙে লাঙোম্না মঙোন্দা হায়খিবা ম্লাহৈশিংদু হেক হেক নীংশিংলকই—"পাবুংদি য়াম ফবনি। পূকচেল চাউবনি। নিংথেম মচাগী হৌনবা হায়দোকঞবা ম্লা ঙাক্লা চৎপনি। লৈরু মরম ওক্লা। পাবুংগী পেম্নবা সেবা তৌগদবনি। ইম্নাসি ইবেম্মসিদি মহা হিংচাবীনি। মানদি খর নৈ ওৎকনিকো। খরা খাঙবা তাঁরেদনা" হম্না হম্না নীংশিংলকই লাঙোনগী ম্লাকম্নদু। হায়দোকঞবা ম্লা ঙাক্লা চৎপনি। নোংমা নত্রবগু নোংম্নদি ম্লানা নীংবা শোয়দনা থুংগনি। মসিগী আশাদা থাঙলি তম্ফা মন্দাকিনীগী মীওৎ মীচৈ। তম্ফা হৌজিক চহী ২৯ চঙলকলে। শাংলবা চহী ৯ অসি ম্লানা খাঙলকলি তম্ফা।

## ( ১০ )

লাঙোন কনানো? কদাইদগীনো? মহাক খাঙঙবোক ময়াই লৈকাইদগীনি। মানা মশাগী চহী ১৮ শুরকপদা পিয়ন ওইনা থবক চঙলকপনি। চীংলেন সনানা থৌবালগী এস, ডি, ও ওইবা মতমদা মাগী ওর্দলি পিয়ন ওইবনি। লাঙোন লাইব্রিক হৈতে ইবা পাবতনি মানা ঙম্না। মাগী মপূকচেল শেংবা, থবক ফবা অদু উবদা চীংলেন সনানা ট্রানকর খুদিংগী পু পুত্নুনা চৎপনি। হৌজিক চীংলেন সনা

ইতুকেশন কমিসনর ওইনা সেক্রেটারিয়েত্তা লৈরে। লাঙোনস্থ কমিস্নর সাহেবনা পুবিরক্লুনা সেক্রেটারিয়েত্তা পিয়ন ওইরে।

লাঙোন মতম অয়াম্বদা কমিসনর সাহেবকী য়ুমদনা নম্না লৈ। স্নাখ্বা চীংলেন সনাগী য়ুমগী থবক অয়াম্বা মানা শীনদোক শীনজিন তৌই। অঙাং স্কুল, কলেজ কাবগী খিনদোক থিনজিন, গাড়ী ময়াম পাম্নবা, কৈথেল কাবগী থবক মানা লোইনা তৌই। শম্না হায়রবদা ইমুং অতুদা খ্বাইদগী চিনবা মীদি লাঙোননি।

মরক্তা ভানজা য়েংতুনা তম্ফাগী থবকস্থ হেক হেক পাংবি। কোন ফেংফমদা কোননা তম্ফাগী মরেপ থুম্না পৈবা উরবদি কোল অচৌ-অচৌবা খনদোক্লুনা মানা হেক্তা ফেংদোকপী। ফি শুকমদা ফিনা য়াঙ্গোন অমা পৈতুনা লৈরবা তম্ফানা মরু লুকথতুনা মপি তৈথোকপত্থ উশিন্নদবা শারতুনা—

লাঙোন— কদায় নঙগী নখুৎ মচা অতুনা বেড কোভর অচৌবসিস্থ মোমপাক ফিদক অপাকপাসিস্থ শুবা ওম্বগী রা লৈতে। হাইদনা শুবদি লায়বু লায়রদনা থাঙ্গৎপবু ওম্মোইনে। অনিগুম্বা অচৌবশিং অসিদি দোবীদা থা য়াজাৎনি। মতীক মপা চায় চাদে খন্দনা হীংচাবীশিং অসিদি। মমাদা নত্তেনে মচাম্নপী অনী অসিস্থনি। মীম্নুংশিনি হায়বা মচেৎ অমতা পক্তবা। হন্দক মপোক্তদি মহোয় মুংঙাইবা য়াই। হয়েং মপোক্তদি অমাংশঙদা লৈবা তীল ওইনা পোকদবা জাৎনি। কদায় ফি অচৌবশিং অতু ঐঙোন্দা পীরকউ। কাখৎলগা চবিৎ চবিৎ নেৎতুনা শুদবদি য়ারোই। ইবুং পাংবিগে।

তম্ফা— তা লাঙোন ! ইমাসিনা য়াদেনে। খোঙনা কাখৎলগা নেৎতুনা শুবা হৌনদে য়াদে হায়রনে।

লাঙোন— করিগী য়াদ্রিবা ?

তম্ফা— খঙদে। নিংথেম মচা মশুগী ফি রোল খোঙনা নেৎহৈদে লংঙজৈ অসিনা শু হায়রতুনা পীরিসিনি।

লাঙোন— করিনো হিংচাবিসিনা হায়রিসিবো। অসুক য়াম্বা ফি অসি নঙ নতোমতনা করম শুদোরিনো ? মহা মীওৎপীসে। ইবুংনা পাংনি। কদায় সাপোন সুধা লাকলবা ফিশিংতু ঐঙোন্দা পীরকউ।

তম্ফা— তালাঙোন অতৈ থবক লৈহৌদ্রাও ?

লাঙোন— লৈহৌই। লৈজসন্তু। ঙসিদি নোংমাইজীংনি। খোম্বসু লাক্কনি। সাহেবকিদা থবক শুবা লাঙোনগী মতেং পাংলু-দোরিনি কা মীঙোন্দা হায়রম্নগা।

তম্ফা— তাদ খোম্বতু ইমাসিগা য়াম্না য়াননা উইদা।

লাঙোন— য়াননি। মখোয় মীফম্ত ঙাকনি অতুলা য়ানরিবনি। কদায় লম্বাগী হিংচাবী সীজনা খোঙনা কাখৎতুনা নেৎকম্ন হায়দো। ঐ কাখৎলগা নেৎতুনা শুগে হায়বা উবগা মা করি হায়রকপগে য়েংগে।

তম্ফা— তা লাঙোনদদি মা করিমতা হায়রকলোইদা। ইমাসিদি তালাঙোনবু য়াম কিবনি। তালাঙোন !

লাঙোন— হাওনে। করিনো ?

তম্ফা— মহোয়গী মচাশিংসে অসুক তল্লিসি কৈননো ?

লাঙোন — অহুবুরাও মমানা, মমানা, মমানা অবহনজিরো নারাং-
হন্দুনা তৌরিবা। খঙওব্রাও ?

তম্বা — করিনো খঙদে। মচা লৈশাবী অনীসে মথীবোংনা লাওরিবা
চাহুনা শায়হনত্রা লৈ। মচীনসে সুকলেপ হেক লেপতে
হায়বা। অহুগা ফুরিং মচা মগু মহোয়না লিংলিবা
শীজিন্নরিবা রুমাল মচাশিং অসিতদি সাবোন লাকশিল্লগা
থম্বীরম্বা য়াই হায়মি। অমতা হেক তৌদবা। মবুংসু
মপুরাসু, মচেসু, মচনসু চপ হেক মান্নবা। ষষ্টিগী দান
থাদবদৌনা ফি অমমম অনীনি পুবত্তুনা গু হায়হুনা
থাদরম্মিবা। ঐবু য়োংত্তৌনা।

লাঙোন — ইবেম্মা, নঙ ঐনা মীগী ময়ুমদা লৈনিদো হায়না লৈরব-
নিনা খবা খাঙবা তাবেদনা। ইয়ুমদা লৈরদবু সুম
তৌগদবাও ?

তম্বা — খঙদে মহোয় মচাশিংসে। ঐঙোন্দা ধোবীসু নত্তনা ফি
গু হায়না অবৈবা ফি মথৈ লংশিল্লমলে। অহুগা নোংমাই-
জীংনি ছুটিনি হায়হুনা মখোয় ৪ মক ভ্রোইং রুমদা চঙগ্রে।
টি, ভি য়েংবা য়াও তাস শান্নবা য়াও নোক খেল্লুনা লৈনেসে।
মখোয়সি মীনুংশিদি ওহোকনা খঙখিদ্রেবো।

লাঙোন — কদাই খঙনি হায়গে ? ওজা সুক ফরিকো। ঐদি
ঐখোয়গী পাবুংসে থাদোকপা ওমদত্তুনা লৈরিবনি। ইমাসি
হিংচাবীসিগা, মচানুপা ড্রগ চাবশিং অসিগা, মচানুপী কতন
মুবারী শান্নরক ঙামবক অনীশিগা য়েংন্নুরদি নহাক্লা

চংশ্রদৌনি। কঙ্কনা কাক্কনকা কৈ হায়রুনা [illegible] লৈবগী [illegible]নিদা। ঐস্ু চংঙ্ড়ি মচংলনি। পংকুই কুইনাকা মানত্রে।

তম্ফা— তা লাঙোন নঙ চংশ্রবদি ঐদি কমদৌগ্নৌবা?

লাঙোন— ঐখোয় পাবুংনবু হায়গ্রবদি ভৌবনি। নঙগীদমক্তি কৈনোমা শোয়দনা শিল্লমনিদা। নঙ হৌজিক নশাই চহী কয়া শুরে?

তম্ফা— চহী ২৯ চঙলকলে। ৩০ দগী হেল্লদি সরকারগী থবক তৌবা য়াদে হায়বত্নদা ঐ মুংশা থীরিবনে তা লাঙোন।

লাঙোন— থীরুস্ু লাইনা তম্বা অমা লৈরমনি। পাবুংদস্ু ঐ হঙ্গৎকে চহী হেনবা তারে হায়না। মা কাউদি কাউরম্মোই। কাউগন্দবনি। মগুন ঙাক্লা চৎপা মীতানি।

তম্ফা— মত্নদা ঐস্ু থাজত্নুনা লৈরিমিনী। ইমাসিগী মীওৎ মীচৈ, রাঙাং শাঙাং খল্লুবদি নহান্না চংখিবা য়ারবনি। অমনা থবক মচা অমা ফংদনা ঐনা ঐগী খুলদা হম্নীংদেনে। (হায়রগা হীক হীক কপ্পী।) তা লাঙোন শকুনিসি লাক্লে। থুনা চংথোকহনখোকো। চবেং চবেং ঙাঙনি। ঐ হৈনদে।

লাঙোন— খোম্বা নঙ লাক্লব্রা?

খোম্বা— লাকএ। ঙসিদি থবক খর চিল্লুনা।

লাঙোন— চিনগনি। পুং কয়া তারে?

খোম্বা— ১০ গা মিনিট ১৫ চংলে।

লাঙোন— অয়ুকনিনে হা। কৈথেলসি নঙ খর কাব্রিক্লোনেকো।

ইমাসিনা পৃং ১০২ৗগী অহুরাইদা কাসি হায়বনি। ঐদি তম্ফাগী ফি শুবসি থরা পাংখিত্রবদি মতোমতা লোইবা ওন্মরোই। ইমাসিগা নঙগস্মু চান্নবনিনা হান্নবা।

খোম্বা— চান্নে অমুক হান্নত্রবস্মু কাব্বরো হায়রগা লোইরে। নঙগী কোচি থাংবা রা অমমম হেক য়াওব্বকপসিনা।

লাঙোন— নঙ শাউত্রাও ?

খোম্বা— শাউবুদি শাউদেদা।

লাঙোন— হোয়নে। অচুম্বা হায়বদা শাউগদবা মী লৈতেদা।

(১১)

খোম্বা— ইমাসি! ইমাসি ইবেম্মা লৈত্রাও? ইমাসি, ইমাসি।

সীজ— কনানো লৈয়ে লৈয়ে। লোইশিল্লক্লগে। থোরকঅগে থোরকঅগে। হাইমা, নঙ ওইব্বে। ঐদি লাঙোন ওই-রবোই নীংঙ্রে।

খোম্বা— ইমাসিবু কৈথেল লেঙগদৌরি নত্রাও ?

সীজ— চংকদৌরিনে। নঙোন্দা কনানা ঐ কৈথেল কাগনি হায় ? লাঙোন উনরমত্রাও ?

খোম্বা— ইমাসিনা মাবু কৈথেল কাসি হায়। মাদি তম্ফাগী ফি শুবিহু মানা পাংখিত্রবদি ওসিন্নী লোইরব্বোই হান্নহুনা লৈহোরে। ঐবু মাই মহুৎ শীন ইমাসিগা কৈথেল থরা কাবিরম্মু হায়হুনা ঐ লাকলিসিনি।

সীজ— মাই হৌনবী তৌররিনিনে। তম্ফানা হায়ররগা মাইদি লোইরবনে, লোইজরবা। কনহুন করে নঙগা চৎপনা।

খোম্বা— গাড়ীদি কররম্বদা লেঙগনি ?

সীজ— কাররুদা চৎসিদনা। মহুনা তোংবা মুংঙাই হায়বা।

খোম্বা— অহুদি ড্রাইভরদা কারহু থৌদোররুবা হায়রুরগে।

সীজ— হায়রুরো হায়রুরো। অহুগনে খোম্বা খাওদো ২/৩ পুশিল্লু।

অম্মুম্মা থৌরাং লোইরহুনা খোম্বগা মন্দাকিনী সীজাগা অনী কৈথেল কাপ্রে। খোম্বনা মাঙদা ড্রাইভরগা ফম্মীম্লে। মনীংগী ফমফমদা মায়খোঙ মকা লামনা ঐ মঙাইরে হায় মতাগুম ফম্মী সীজ। সনাগী লীক, নায়ানবী অচৌবী, কোক্তা ফাগৎপী, খুজী, পাম্বোম ফাবী অমতা চিংথবা লৈতে মাই মশাদা। গাড়ী খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল তম্মা থৌপ্রে। কৈথেল য়ৌরবদা গাড়ী থাপ্রে। ড্রাইভরনা গাড়ী শঙহুনা লৈহৌই। খোম্বগা সীজগা পোৎলক্তা চঙখি। সীজনা মাঙ থাই খোম্বনা থাত্তশিংহু পায় তুং ইন চৎলি। ঙা য়োনফম, মনা মশীং মরোই মপাং, ইনশাং নাপী য়োনফমশিংদা চঙ চঙহুনা য়েংঙি, লৈগদগী মমল তিক্লরি। খোম্বা মমল হুম্নবা পোৎলৈবা য়াম হৈ। মাগী হৈ শিংবহুবু সীজনা থাগৎলি। মহুদা খোম্বনা হুরাওজে। চৎনা চৎনা খোম্বনা হায়—

খোম্বা— ইমাসিহোয় য়ুমদা মিৎ নাবা থবক য়াম থোকলেনা। উবদা ঐখোয় চঙঙকদবা তনবু তল্লেনে।

সীজ—তনগনি। ঐদি মুমিৎ খুদিংগী উরিবনিনে। নাকোংনসু তারিবা মখোয়গী রারীদো। তাবদা নাকোংসে শীংজানা য়ৈরবা।

খোম্বা—ওসিদো ঐনা লাকপদা মখোয় অনী রারী চিকথনা শানরঙ্গনা কি ওমিন্নরগী। অদৈ ঐ হেক উবদে ফাক ফাক নোন্নহুনা লাঙোন্না ঐবু কৌরকই। মহোয় অনীগী খুনোক্তু কয়া চুমদবা। ঐবু খেঙনা লাকই হায়রিব্রা করিনো?

সীজ— তৌরমনি। মহা ওইরবনে মহা ওইরবা। অহুবু ইবুংঙো শাউরকপু মহোয়নে লম মথা খর হন্থবদে ঙাকনি। চংনলোম ব্যবহারদি খরা মন্নাংপনি।

খোম্বা— মহোয়না তৌরিসে সুম মথা চথনা ভোহুনা লৈরবদি পাবুংহোয় ইমাসিহোয় শোয়দনা চোপলকমিবো। খরদি খঙহনবা কৈ।

সীজ— চুম্ববুদি চুম্বা। অহুদা কমদি তৌনিদো। খন্না য়েংখিবা হায়হুনি। মীসে পাক হেক কংদেনে। তঙ্কাসে চহী ৭/৮ লৈমিন্নরকলবমিনা খুং চানন্নেদো। মা মতুবা অম্না মৌনা লাকলো খুৎলম চানরোইমে। মাবু হেক থাদোকখিবদা ইমাসি য়াগমি। মহুই থম্মুনা ঐ য়া কাথোক্লবনে।

খোম্বা— অহুবুদি চুম্মে! লাঙোনদি থাদোকখিবা য়াই হায়রবনিদা। মাবু মফম অমদা ট্রামসকার তৌথোকপগা মাগী মচুং ঐ লৈহুঙাইদমা ইমাসিহোয় ময়ামগী থোগল তৌহুনা।

সীজ— মহুসু য়ারোইনে নঙ পাবুং স্নাম্বানা লাঙোনবু মতম কুইনা অরা অনা বাঙমীন্নরকুবনি হায়হুনা থাদোকউ য়ারোইনে। অহুগী মথক্তা মাদি মপাঙ্গল মথৌনা লৈদো। মানা পুরিবা থবক ময়ামসে পুবা নঙ ওমলোই।

খোম্বা— হোইনে, মতুস্তু চুম্মীনে।
সীজ— খোম্বা ঐখোয়না লৈগদবা পোৎচৈ শুরেকো।
খোম্বা— শুবা শুদবা, শুরম্বস্তু য়ারেদা পোৎ ময়াম অসিদবো। শুরম্মনি খাওশিংসে লুম্বনা মহা ওইরে। য়ানবা ৱারে হায়বা। চৎলসি ইমাসি হল্লসি (সীজ তাহন্দনা) লাঙোনগী মন্থুৎকা ঐ পামজদ্রে। মসি হিংচাবীনি মীনা হায়নবা চুমগ্রেদা। ঙহাক্তা থমত্নুনা পোৎথাখিগে। (খাও ময়ামত্নু থম্বা)।

(১২)

নোংমা নুমিদাংনি। তম্ফা মাগী মবুং লাঙোনগা ফি শুফমদা ৱারী শাখিবা নুমিৎ অদো থা ৬ লোম হোৗগ্রে। হৌজিক মহাক চহী ২৯ মপুং ফারক্কদোৗরে। মাগী ফম্মুংদা ফন্নত্নুনা ৱাখল তৌৗরি। লাঙোননা মা নীংশিংগে হায়খি। মত্নু মহাক্না নিংশিংবিদ্রববা হায়নস্নু খল্লি। অমুক্কস্তু খল্লি লাঙোন মীনম্বা ঙাওবা নীপা নত্তে শোয়দনা হায়বিরমনি। পাবুং স্নাধ্বানা নোংমতস্নু ৱাফমসে পনবা তাদে। থবক অহাঙবা খুদোংচাবা লৈতত্নুনা তৌৗব্রা? মওল মওল খল্লি। পল্লেফম খঙদে। অমরোমদা চাকরী তৌৗবা য়াবগী চহীস্নু হেন্দোক-খিদোৗরে। স্নুন্দা তাউবা কওগুমথ্রে মশাত্নু ইতাউ তাউই। মাগী ৱাখল ফল ইতা তাদে।

অহীংত্নু ফনা থেঙজিল্লকলে। মীচিক মীরাওখোল তাখিদ্রে; অহীংগী হারীগী খোজেল নত্তনা। থেঙলে হায়ত্নুনা তম্ফা তুম্মগে

হিপথৈ ফম্মুংদা। অতুবু তৃম্বা য়াবা কৌবদি লৈখিদ্রে। মানা কন্না মেনখিবনা মাগী মামহন অমদি মমা মাবু উনবস্থু অমতা লাক্কে। তলব চাবা সরকারগী থবক মচা অমতা ফংদনদি তম্ফা মাগী মথুন্দস্থু হন্নীংদে। চীংলেন সনাগী য়ুমদা লাকলমদাইদা মানা মাগী মথুনগী মীদা হায়রম্মী—"ঐদি ইম্ফালদা চৎলনি। ইম্ফালদা লৈরুদৌরিনি। থবক হেক ফংবগা হল্লক্কনি। আঃ কমিসনর সাহেপকীদনি। মানা থবক হাপ্পীগনি হায়য়ে ঐখোয় মামহন্না হায়রিবা। মামহনগা চৎভৌরিনি" কা হায়তুনা মানা চাউথোকচরম্বা। অতুবু ঙসিদি মতুগী ওন্নতৈনবদা থোক্লরে। চহী ৯ হায়রব্রবদা মাগী থবক্কী রাঙ্কম ইমুং অহূদ' কনানস্থু পম্নদ্রে। কনানস্থু ঙাঙনবা তাদ্রে। তম্ফা হৌজিক করি তৌগনি?

লাঙ্গৈরবা, মমা মপা পু পাং শুদবা, খুঙ্গংদা পোকপা মহাকসে ওন্থোকনা লাইবক থীনা তমলমগ্রমাল্লে খল্লি। নোংদম্বা মঙোন্দা অমুক তাইনৈ, ব্রহ্মানা ফংওমদ্রবা মীওইবগী মপোকনি হায়রিবসিনা করি হায়বিবনো? মশা মথন্তা হংজে। পাউথুম লাক্কে। কনানা পীগনি? অমুক্তা নঙন ৪/৫ রক হন্না তা-লাঙোননা স্নাখ্বা পাবুং চীংলেন সনা ফবনি। ইমাসিগুম্বা মীতা নত্তে। অমুকপু হায়গ্রবদি শোয়দনা তৌবনি। নঙগীস্থু মরাইনা তৌজরক্কনিদা। খরাদি খাঙবা তারেদনা। খরা খাঙখো। হায়খিবতু মা কাউদে মা নীংশিংলি। মতুন তম্ফা ঙসিফাও লৈরিবনি অরাবা কয়া খাঙতুনা। অতুবু থা ৬/৭ ভি শুজিল্লকলে লাঙোননা পাবুং স্নাখ্বাদা নীংশিংগে হায়খিবা। অতুবু পাবুংনদি মসিগী মরমদা নোংমতা পনবা লৈতে।

ইমুং অতুদা তম্ফানা তলব চাবা সরকারগী থবক মচা অমা তৌবগী রাফম কনানস্থু পন্দে কনানস্থু তাঙদে।

( ১৩ )

লাঙোনগা তম্ফাগা মতম তানজা ফংবদা মখোয় মখোয়গী হৌখিবা মতমদা থোকখিবা থৌদোকশিংগী মরমদা রারী লীনৈ। অমনা অমগী রারী তানবদে মখোয় অনী কনানা কনানো হায়বদো মুন্না খণ্ডনৈ। মমাসি মন্দাকিনী সীজনদি মখোয় অনীনা থরায় তানা চীকথনা রারী রাতাই শাবা উরগা চিংনবা পোকই মপুক্রীংদা। খনবস্থু খল্লি মখোয় অনীসে মরী লৈনরমাল্লে হায়না। নোংমা ফাদোকস্থু রাফমসি মপুরোইবা চীংলেন সনাদা হঙ্গৎতবা নত্তে। অতুবু চীংলেন সনানা থাজখিদে। লাঙোননা মাগী পিয়ন ওইতুনা লাকপা চহী ১৩/১৪ হায়ববনি। মতম কুইনা লোয়নরক্লবা লাঙোনগী লমচৎ মুন্না খণ্ডবনি।

চীংলেন — মচিন মপুরাগুম তিন্নবা অতুদা চুম্না রাবী শাজবা ওইরিনী।

মপুরোইবগী রাহয়সি তাবদৈ মন্দাকিনী রা মথা তাদনা তুমিন লৈখি। তুমিং কয়ানি মকম হৌগ্রবা তুংদা নোংমা সীজনা মপুরোইবা চীংলেন সনাদা হায় —

সীজ— লাঙোনগা তম্ফাগসে মবী লৈনবা মাল্লি। লৌনা লৈনবস্থু থোইনা কায়দবরা হায়না খনজে।

চীংলেন— করম্না ?

সীজ— মখোয় অনীমক অরাপ্পা লৱাইদগী ঙাকনি। লৌন লৈনরদি মখোয় অনীমক ঐখোয়গীদা থম্বা য়ারে। অতুই ৱানিদা। মখোয় অনীনবু লেঙদনা ঐখোয়গীসিদা লৈরদি থবক্কীদি ওম্থোকনা নুংঙাইরনি খুৎলম চারদনা।

চীংলেন -- করিনোনে সীজ নঙনা হায়রিসিবো। লাঙোন ঐনা পেন্সন ফংবা নুমিৎতা অতোপ্পা ওফিসার অমগীদা চৎথ্রনি। তঙ্কাসু থবক ফংথ্রবদি চৎথ্রনি। মখোয় অনীমক থামতুনা অমতা থম্বা য়ারোইনে। নঙনা হায়রিহূদি ভাবনা দলান শাবনিনে। ওইবা য়ারোইদবা।

সীজ — করিনো হায়রিসিবো ? লৱাই মচা লুখ্রাবী তঙ্কা অসিবু থবক হাপ্পিদৌরিব্রাও ?

চীংলেন — সীজ ! নঙ ৱা ঙাঙবদা ব্রেক খরা খরা ফাওকো ? নত্রবদি।

সীজ— করিনো, লৱাই মচাবু লৱাই মচা হায়বনি। লুখ্রাবীবু লুখ্রাবী হায়বতনি। ঐনা হায়রিসিদি অচুম্বা ঙাক্তনিনা। অরানববু অমতা য়াওব্রা হায়মি। মাদি কোল লীক ফেংতুনা ফিশু ফিচামতুনা মরাইনা লৈজনি ঐখোয়গীদা। ফবু ফমনথ্রে। মানা তলব চাবা থবক তৌতুনবু কৈকাম্ন-বনো। মাগী ফমকা অমতা হাপ্প্ লাকউন্নুকো।

চীংলেন — করিনোনে সীজ। ঐবু নঙগী হুকুম চৎপা মীতা ওইনা উরবরনহে। তৌমু তৌনু পংহাই হাইগৎকনু। ঐদি

নিংথেম মচানি হায়দোকখ্রবা রা ঙাক্লা চৎপা ঐখোয়গী হৌনবিনি। ঐনা ওজা তোম্বুগী মফমদা হায়দোকখ্রবনি শোয়দনা হাপকনি হায়না। অদুনা হাপ্পা তাবনি। কমি-সনরসে ঐনা ওইবনি। নঙনা ওইবা নত্তেকো। ঐগী থবক্তা নঙনা খুৎ থিংজিল্লকপা থক য়ারোইকো। খঙঙ্ ! মীচা শিসম্বু নীংলগা ইচা শিবনি। মসে নঙ থক কাউগন্বু। তস্ফাবু অদুক নুংশিদ্রিবা করিগীনো? তলব মচা অমা চাজরগা মনীং মখা তন্না ময়ুমদা লৈজবদা করি অকায়বা লৈ?

সীজ— কৈস্বু কায়দে। তস্ফাবু ঐনা নুংশিদবস্বু নত্তে। মা চৎখ্রবদি ইমুংসি ইহো হোরনি হায়দুনা হায়জবগী রাতনি

টীংলেন— নঙগী নচা মুপী অনীদো অদুবু অহোবা অদো মেলহল্লু। মখোয় অনীনা লায়না মেনবা ঙমনি। লাইরিক হৈবী ঙাক্তা নত্রাও?

সীজ— ঐগী ইচা মুপী অনীদি পীকলিঙৈদৈ হৌনা থবক ইনখাং কৈমতা শুহল্লক্তেদো। মপানা অফিসার ওইরি হায়দুনা মী থম থমদুনা থবক তৌহল্লগা লৈরকপনিনা হৈত্তবা হৈত্তবা। অদুনা মেনবা হৈরোইদবা। মতম খরা অঙাংশিং অসিনা ময়ুম মকৈ পাদ্রিফাও তস্ফাবু লৈহনখিসি হায়বনিদা।

টীংলেন— সীজ ঐগী ঐগীত য়েংবা য়াদেনে। মী অতোপ্পগীস্বু খর য়েংদবা য়াদেনে। সরকারগী থবক তৌবা য়াবগী অরেপ্পা

চহী লৈরি। তম্ফা চহীত্থু হেনদোকখিদোরে। চহীত্থু হেন্দোকপ্রবদি মহাক সরকারগী চাকরী তৌবা য়ারোই-দৌরিনি। ঐদি ওজা তোম্নুদা শোয়দনা তম্ফাবু থবক হাপকনি হায়খি। ঐ ওজাগী মফমদা মীনম্বা ঙাঙবা পামদে। ওজানস্থু ঐবু থাজবিত্থুনা মমৌ ম্নুপী তম্ফাবু ঐগী খুৎতা শিন্নবকখিবনি। ঐ কনাগীস্থু থাজবা মাঙহন্নীংদে মাঙস্থু মাঙহল্লক্ত্রি।

সীজ— হোয় হোয়, স্নুম কৈ হায়দো হেক তৌবিয়ু। রারেম অমুক শুদস্থু।

চীংলেন— করি? করি রাঙাং শাঙাংনো? নঙনা ঐগী চিন্থক্তো অত্থুম খুম্বা হৌনরাও? হাঃ ঐনা হায়রিবা ঙাঙলিবা পূম্নমকসে নঙনা রাবেমনি হায়বিবনিনে। ঐগী রাবেম তাদবদগী, থৌওইদবদগী নঙনা নঙগী নচা লোইনা মাঙলি-বসিনী। হৌজিক্তি করি থোক্লবগে হাযবা।

সীজ— অত্থুবু ঐনরাও?

চীংলেন— নঙনা নত্তবদি কনানা ওইনি।

সীজ— পূম্নমক ঐনা ঙাক ওইরবা। ফত্রিসি ঐতা ওইরে।

চীংলেন— মান্নি। ফত্রিসি নঙতনি। ঐদি নোং হেক ঙানবদৈ থবক্কী মীনা পুমকোয়। অত্থুদগী ওফিস। অঙাং লোয়নত্থুনা লৈবা অঙাং লোয়নত্থুনা রাবক রাতেম তৌনবা মতম কৈদা ফংঙি? হায়য়োবা? নঙদি যুমদা চৎথোক্তনা লৈ। অঙাং-শিংগা নক্লবস্থু নঙনি। মখোয়বু য়োক থাকপগী ভারদি

নঙনা পুহৌরিবনি। নচা মুংশিরিনি হায়ত্নুা নাৱাংহল্লে। অত্নুদৈদি যুগোৎ চাবা থবক অমত্তা তৌথোরক্করেনে। সঙ্গমু ঙমখৈ য়ৌরে হায়বা। নচাশিংনা ফত্তবা থবক তৌরগা মপা ঐঙোন্দা তাকথোক্তে লোৎশিন্দুনা ফুমজিন্দুনা থম্মী। হৌজিক্তি করি থোক্লবগে হায়বা? নঙনা মাঙহল্লি নত্রাও ?

সীজ— কান্নদেশে হৌগ্রবা ৱা পোপথোক্নুনা।

চীংলেন— করি কান্নদনি। নঙগী অশোয়বা হায়হন্নীংদ্রিবোইরে। মমা ফত্রবদি মচা শেম্বা থোক্কবনি।

সীজ— মমা ঐনা পোকপা মচানবু কদায় ফনি হায়গে।

চীংলেন— সীজ নঙগী ৱাঙাংসে ইচুম চুমদে। মলোম অমা য়াউই। কোচি থাংঙি।

সীজ—স্নাখাগুম্বা ঐদি নিংথৌমচা মগু নত্তে হাও অরানবা মচানিদো অত্নুনা ৱাঙাং চুমদ্রিবা।

চীংলেন— সীজ নঙগা ঐগা ৱা শাংথনা ঙাঙনরমুসি। নঙগা চিন্দা পাউদানবসে ঐ পামদে। তোক্লসি। শাউরমু। পুন্নমক ঐগী ইরাল ঙাক্তনি। অফিসকী থবক্তবু থবকনি খনবা ইমুং মগুংগী অঙাং মুবীফাও য়েংশিন্দবদগী থোকলিবা ঙাকনি। ঐনা লাল্লে।

( ১৪ )

লাঙোন— তম্ফা তম্ফা, মুংঙাইবা পাউ অমা তমগে লাউনে। নঙবু থবক ইনখাং লোইশিলত্রাও ?

তম্ফা— ঙসিদি ঙস্তানা লোইশিল্লে। লাকঅগে। করি মুংঙাইবা পাউনো ?

লাঙোন— ইমাসি লৈত্রাও ? কদাই লৈ ?

তম্ফা— ইমাসি লৈতেয়ে। শোরাৎ অমা চৎখিবনে। অরাপ্পদা ওইবমাল্লে। মচান্নপী লাইহোবী অনীতুম্ব লৈতেয়ে। চেরিতি সোনি হায়ব্রা কবিনো অমা লৈ। ইংলিস পিকচবনি হায়ব্রা মতু য়েংলুনি হায়তুনা য়াম্না কেনা অবৈ মখৈ শেৎ চাতুনা চৎখি।

লাঙোন— অতুদি তান য়াম চাখ্রেদা। তং তানা রাবী শাবা য়ারেদনা। ফম্মু ফম্মু চৌকিতুদা। ঐ ফম্মুংদা ফমগে।

তম্ফা— তালাঙোন কবি রানো ? অবিববা অনৌবরা ?

লাঙোন— অবিবনি হায়স্থু য়াবা অনৌবনি হায়স্থু য়াবা জাৎনিদা। মুংঙাইবা পাউনে। পুক্নীং চঙনা তাগদবা। তাবো।

তম্ফা— তারগে হায়রো।

লাঙোন— ঙরাংদো ঐখোয়গী পাবুং স্নাখ্বানা ঐবু দাইরেক্তব কৌরুচো হায়না হায়। ঐনা কৌরুই। মা লাকই কমি-সনরগী কাদা রাবী শায়। রা ঙাঙনরিঙৈতুদা মী অমতা চঙহন্দে। খোম্বনা চঙগদগী য়াম্না কন্না হোৎনৈ। অতুবু পাবুংনা য়াদে হায়তুনা চঙহনদে। চা মুং মানা লৌকই। মতু মানা পুশিন্নবগী কন্না হোৎনৈ। ঐনা পুশিলহন্দে ঐনা পুশিল্লি। মাগী খোইদৌ চাকপী হায়থু য়ৌরনিনে।

তম্ফা— মাদি মীফম্ভনিনা রা পাউ তাগদগী তৌরিনী। তারগা ইম্নাসিদা তমহুনা মহোয় অনী শেন চামিন্নদৌ তৌরিনি। মুংশিদবনা।

লাঙোন—পাবুংগা ডাইরেক্তরগা রারী শাবদো অতৈগী ওইরমদরে। ইবেম্মা নওগী রা ওইরম্মে।

তম্ফা—করি? কবি হায় শারিবা? খঙনীংবনা তানিংবনা নিংদোনসে চোংঙে হায়রানি।

লাঙোন— তাদৌ লৈরমক্কদা ঙাইওমখিদ্রে।

তম্ফা— ইবুংঙো ঐখোয়দি ঙাইঙমদেয়ে।

লাঙোন— তারো সে। দাইরেক্তরদো কৌরগা পাবুংনা ওজাই কম কদাই কদায়দা হাঙলি? করম্বা স্কুলদা করি লমদা পুম্নমক ঐ খঙনীংঙি। ঐনা পামলিবা ফমদি মেত্রিকুলেটনা ওইবা য়াবা ওজাগীনিকো। অদৈ দাইরেক্তরনা খুম্লে— জে বি স্কুলগা, এল পিগীগদি অহাঙবা লৈরমনি। কয়াম হাঙলিগে হায়রু খঙননবা দিস্ত্রিক দিস্ত্রিক্কী রিপোট কৌখিবনি। লোইনা পীখৎন্নরকলবনি। হৌজিক রাৎলিবা হায়ববু চুড়ান্দপুরগা চাণ্ডেলগদা ঙাইরম্মনি। অহাংবা অদু লোইনা খঙদোক্লগা ডিস্ত্রিক মশেল ট্রানসফর তৌবীয়ু, চীংদগী তমদা তৌবীয়ু হায়বস্মু কোকথোং অম্মনি। মতুদা মাস্মু তৌফম অমা খঙদ্রা জাৎনিদা। অতুদগী পাবুংনা সেন্ত্রেল অমস্মুং বিষেনপুরগীনা হান্না মেনশিল্লো অহাঙ অহাঙবা য়েংহুনা। মীনা রা ঙাঙলক্কদবদি তৌম্মু হায়খি।

অহুগা মাবু কৌবদি বিষেনপুর ডিস্ত্রিক মহুংদা লৈবা সাইতোন খুলদগী মুপীমচা অমা মাগীদা লৈ। মহাক মেট্রিক পাস তৌজরবনি। মাবু ওজা মচা অমতং হাপ্পীয়ু হায়হুনা মাই মাম্মা ঐগীনা ওজা ঐবু খুৎ পায়হুনা তম্বীরকপা বমথ্যারদা লৈবা ঐনা মুংশিজপ্রবা ওজা তোমুনা শিন্নরকপনি। মানা ঐগীদা লৈরকপসি চহী ৭৮ শুজিল্লকলে। ঐদি থবক ময়ামসিনা পুমকাউবু কাউথোকলুরবনি। লাঙোম্না চহী হেনখিদোরে হায়না নীংশিংলকপদগী নওবু কৌরিসিনী।

মহু হায়বদগী ডাইরেক্তর অহুনা সাইতোন হায়বসি বিষেনপুর ডিলাগী মহুং চনবপু ওইরে। মুপীমচা অহুগী মখুলসু ওইরে। খুল অহুদা ইউ জে বি স্কুল অমা লৈ। মহুগী ওজা অমা হাঙলি হায়। মহু অমুক্তা অশেংবা খঙদোকচরকখিগে। মহুবু হাঙলম্নবদি মহুদা হেক্তা মেনশিল্লসি। মহু হায়রকপদৈ তান য়াম চারে। নঙনা শোয়দনবা তৌরোকো। ঐ অমুক হায়রক্লরোই। অহুগনে নিয়ম চুম্না তৌকো ঐনা হায়রকই হায়হুনা পংভৌ তৌশিনগহু।

ডাইরেক্তর অহুনা সিমসু হায়বম্মী মুপীমচা অহুগী মখুন ওইবনিনা খুল অহুদগী অতৈ কেনদিদেত লাক্লবদি মাগী রাইট য়াম লৈদা অস্মুম্না। পাবুংনা খঙদে খঙদে নঙনা ফনবা অমসু অমসু। ঐবু অমুক য়াওহল্লমুকো হায়খি। অহুনা ঐনা নীংবদা নঙ ওজা শোয়দনা ওইরগদ্রা হায়রসিনি।

তম্ফা— অওইবারাও তালাঙোন ?

লাঙোন— লাঙোনবু মীনম্বা ঙাঙব্রনে? ঐনা ওইদবা মীনম্বা ঙাঙববু নঙবু তাপ্রবরাও?

তম্ফা— তাদে। তালাঙোনদি মীনম্বা ঙাঙখিদ্রিয়ে ঙসিফাও।

লাঙোন— অচুম্বনে। নঙ ওজা শোয়দনা ওইরনি। নঙন্দ নীংজবা থরদি থুংঙনি হায়বা।

তম্ফা— অহূদা।

লাঙোন — অহূ অদা হায়বগী মতম নত্তে। ঐ খঙডি নঙ নরাইবক য়াম থীবা মুপীমচানি। পুন্সী চুপ্পা লাইবক থীহূনা ঙাক লৈবা হৌনদে থীবা য়াবমথৈ থীরে রাবা য়াবমথৈম্মু রারে। নঙনা ইমুং অসিদা রানা খাঙহূনা লৈরকপসে ইবুংস্থু খঙদবা নত্তেনে তম্ফা। নঙ ঐ হৌরকফম অম্মানি। লম্বাইদগী ঙাকনি। ইমা নুপ্রাবীনা য়োকলকপা। ইহৈ তম্বদা শেংপা চাবদা নীংবা অমতা থুংঙক্কে। হায়য়ুনে নঙবু থুংঙকপ্রা হায়বা?

তম্ফা — (কপ্পা কপ্পা) থুংঙক্কে।

লাঙোন— ঐনা করম হায়না পিয়ন ওইরকপগে? সরকারগী থবক মচাসে করম্না তৌরকপগে হায়বহূগী মরমদা খর লীগে। নঙনা তানীংলগা লীগনি মতেক খরা। তানীংদে হায়রগনা তোক্কনি।

তম্ফা — তোক্কনো, তানীংঙে, লীয়ো।

লাঙোন — ঐগী ইমাগী মবুং মাম্মদো থৌবালগী এস, ডি, ও, গী অফিতা চৌকিদার ওইরম্মী। ইমানা নঙগী মাম্মা মতোমতা

লৈবদো মুংঙাইতে নঙ নঙগী মাম্মগা লৈমিন্নৌ হায়ত্নুা মাম্মাগা ঐগা অফিসতা লেকমিন্নে। অফিস শংমিন্নে। ঐনা খরা ময়ামদগী অঙাং ওইবনিনা ময়াম্না পাখোন য়াম্না শী। পোৎথাবা শংদে। হা কা লৈকচো, হোটেলদগী চা লৌরু, চুকট লৈরুচো অসিনচিংবা। মরক মরক্তা কেরানী বাবুশিং অত্নুা চেঙ চাক রানবা ইনশাং নাপি, ঙানচিংবা লৈবা থৌবাল কৈথেল কাবিবনি। মরক মরক্তসু রাংজীং কৈথেললোমদা হাইথরিবনি

তম্ফা— করিগী হাইথরিবা? রাংজীংনা থৌবালদগী পোৎ হোঙব্রাও?

লাঙোন— হোঙদে। মরম অমা লৈ। কোন্না হায়গে।

তম্ফা— হায়দি হায়য়ুকো।

লাঙোন— হায়নি শোয়দনা হায়নি। পাখোন চৎপদা য়াঙবদা ঐসে ময়াম্না রাইথৌ শগোল হায়না থোনবিরিবনি। ময়ামতুগী চাকসু ঐনা অয়াম্বা থোংবিরে। এস, ডি, ও য়াওনা ঐঙোন্দা পাখোন শীবা হোরক্লে। মরক মরক্তা এস, ডি, ও গী চাকফাও মাম্মনা থোংঙ্ হায়ত্নুা থোংঙে। অদৈ খর লৈরগদি ময়াম্না হায়নরকলে থবক অহাঙবা লৈরদি লাঙোনসে খর হাপচিনবিরদি ফদৌনি। ময়াম্মসু মাগী মাগী মোৎ পীনরকই। খরা অমনা হায় এস, দি, ওগা খরা নক্নবা মী অমনা হায়বিরোদনা।

তম্ফা— এস, ডি, ও দদি কনানা হায়বি?

লাঙোন— কনানস্থ হায়বিবা তাখিদে। হায়বিরম্বা য়াই মহু ঐ খঙদে। তৌবগীদি ঐনা মরম ওকপা তন্দবহু উবদা থবক্তি হাপনীংজাৎনি। লাইবক্তা ফরিস্থ তান ওম্থোক্কমা চাগ্রবা হায়নিমা।

তম্ফা— কৈদা তান চারিনো ?

লাঙোন— এস, ডি, ও, গী ওর্দরলী পিয়নহু অহল ওইরকলে। পেন্সন ফংগদবা থা ১/২ রোমতা মঙাইরে হায়রে। মাগী মহুৎ পুহৌনবা থবক তমশিল্লু হায়তুনা কেস্থয়েলদা থা ৩ গী থবক এস, ডি, ওনা কৌতুনা হাপ্পীরকপৈ য়ানিসে।

তম্ফা— তা লাঙোন নঙদি নরাইবক ওম্থোকনা ফৈদকো।

লাঙোন— কদাইদগীনোদা। থা ৩ কেস্থয়েলদা থবক তৌবে। অহলতুস্থ পেন্সন লৌগ্রে। অদৈ পারমেনেণ্ট তারে। ওম্থোক্ল য়ানা তাগ্রবনিদা।

তম্ফা— এস, ডি, ওনা য়ারিদবো ?

লাঙোন— অয়েৎপা কোকথোং অমনিনে। এস, ডি, ওনা য়ারস্থ।

তম্ফা— কনানা য়েৎলিবা ?

লাঙোন— হা পৈশা চাবে, ফুরিংথাওদগী পুথোক পুথোক্তুনা ফম হাপলে মহানি। ডি, পি, সি হল্লু। য়াজনীতি য়ালাগী মী হাপকতে হায় তৌরিজাৎনি। হল্লবস্থ এস, ডি, ওনা ঙমতুনা ঐনা অতুম ওইরেদনা।

তম্ফা— মহুনা হেক পেল্লি।

লাঙোন— ঐখোয়গী পাবুং স্নাথ্বাসে মী ফবনে। ইমাসিদি হায় কান্নদে নঙনা খঙলিহ্রুনি। হৌদোরকপদৈ ভিন্নরকপা অহ্রুগা ঐবুস্নু মী অমা ওইনবা শেম্বীরকপনিনা থাদোকপা ঙমর্দহ্রুনা ঙসিফাও লৈমিন্নরিসিনী। পাবুংনা দি, সি তমেংলোং ওইবদস্নু লোয়নহ্রুনা অহুম চংমিন্নৈ। মতুংদা ডাইরেক্তর কয়ামস্নু ওইরবনি। মহ্রুদস্নু ঐবু অহুম পুহ্রুনা চংলি। হৌজিক্লা পাবুং ইন্থকেসন কমিসনর ওইরে। পাবুংগী পিয়ন ওইহ্রুনা হৌজিক সেক্রেটারিয়েটতা লৈরিসিনী।

তম্ফ — তালাঙোন।

লাঙোন— নহান্না ইমাগী সেবা তৌহ্রুনা ইমাগী মনাক্তা লৈবা য়ান্নবনি। অহ্রুদা নঙগী ফীবম অমা তাবফাওবতদি হায়হ্রুনা থাঙ লৈবনি। নঙগী ফীবম অমা তারকদো উবসিদা ঐ য়াম মুংঙাই। ঐ লৈত্রগদি ইমাসিনা ওৎপদা নঙ খাঙ ঙম্মোই।

তম্ফা — তালাঙোন নঙসে ঐগী ইবুং পোকমিন্নবা ওইজরম্নদি কয়াদা মুংঙাইদবা।

লাঙোন— পোকমিন্নবা পোকমিন্নদবৈ রা লৈভেদা। মুংশিনরগা পূকচেল খোয়জেল ভিন্নরগা লোইরে। নঙগী ইমাস্নু ঐগী ইমানি, ঐগী ইমাস্নু নঙগী নমানি। করি খেন্নবগে অমতনি ঐখোয় ইচিন ইপুরানে।

তম্ফা— তালাঙোন। নঙনা ঙসাই কোন্না হায়গে হায়বদো হায়রো?

লাঙোন — নঙ য়াম তানীংব্রনে ?

তম্ফা— তনীংঙি। কৈ তানীংদনেগে।

লাঙোন — ইকায়য়ে লীখোকপা। ঐ লনাই ঝানে।

তম্ফা— অহু ওইরস্নু।

লাঙোন— অদুদি ঐ লীরগে নঙনা তানীংঙি হায়রবনিনা। স্নুম তৌ জাৎমি ঐনা ঐ ইশাগী চহী ১৮ হেক শুরকপদা ময়াম্না মুংশিবিহুনা থবক হাপ্লিখি। ঐখোয়গী খাঙবোক্তা ঐ থবক তৌরে তলব চারে হায়বা তাবদা করিনো মতৌ অমনি।

তম্ফা— কৈদৌরিবা ?

লাঙোন— কৈদৌবা হায়বু ইমা, ইন্দোন, ইনে, ময়ামহুনা অমুক-তোইবা, অহুগী মচা মশক ফজে, চুং-ফিরাল চাই, শাগে জাৎ কৈ, মমা মপা চা রাংতে মাগী লৌশিনবিরসি লুহোংবিরসি হায়ররিবা মহানি। ইমাদা ময়াম্না লাক লাক্তুনা য়াম তক্লরে। ঐস্নু মহুদা মৎ অমা কাখিহুনা অফিস ছুতি হেক থাবগা এস, ডি, ও সাহেবকী থবক ইখাং লোইথোক্লম্লগা ঙহাক ঙহাক কোয়থোকই। মুপী কোয়বা খুল ৪ ৫ থুংঙি। চৎলিসে মুমিদাংদনিকো। অমুক মুংথিলদি অফিসকী থবক চিনবনা চৎথোক লাকথোক য়াপোৎ নত্তে। রাংজীংদা চেরাপুর হায়বা খুল অমা লৈদনা নঙ খঙ লাকপ্রাও মমিং তারবরাও ?

তম্ফা—খঙবা খঙদবা তাবা তাদবা অমুক থিজ্রস্নু রারীহুম লীথরকও।

লাঙোন— চেরাপুর হায়রিব: খুল অতুদা লৈবা লৈশাবী অমা নবুংনা খোয়দারুরে। মাবু লুহোংতুনা লৌগে হায়বসে নবুং চপ য়ুংনা খনগ্রজাৎনি। মুংতিগী থেঙঙস্থু থেঙনা চৎলি। নোংমগী অমুক্তি শোয়দনা য়ৌবনি। নোংমতা কাংবা লৈতে। মুমিৎ খুদিং ঊনবদে ঐখোয় অনী নকশিন্নবা হেনজিল্লকই। মাগা ঐগা মুংশিনরে। মুংশিনরকপা হেক হৌরকপদা ঐখোয়গী পাবুং স্নাখ্বা ট্রানসফার তৌরকলে। অদে ঐস্থু য়াওনা ইম্ফালদা চৎসি হায়রে। চৎতবা য়াদবনিনা চৎলে। কোকথক্তা ব্রজ তাবগা চপ মান্নবনি কৈনো। অতুদগী অমুক পাবুং স্নাখ্বাসে ডি, সি, টমেংলোং ওইনা চৎলে। চৎলিমখৈ য়াওতুনা লৈরে।

তম্ফা— মুপী লৈশাবীতুদি ?

লাঙোন—মাই রা তারক্কদৌরিনিনে। ঐনা মঙোন্দা ঐ চৎতবা য়াদ্রে। নঙনা ঐবু ঙাই লৈরম্মগা নঙ ঐ থুংনরে। ঙাইরমদ্রগা থুংনদ্রে। রা শন্না হায়গ্রপোৎনি। ঐদি রা কোইথোকপা কয়া হৈনদবা। অতুদা মানা ঙাইরমখিগে হায়না খুম্মকএ। মাস্থু ঐদৌনা রা শম্বা জাৎনি। ঙসিফাও মহাক ঐবু ঙাইরি। ঐ চহী ৩৪ শুরেদনা। মঙোন্দগী ঐনা চহী ৫ পুরা হনবনি। মহাক চহী ২৯ লোম শুরম্মনি। নখোয়গী লেঙ্গা ওইরম্বা য়াই।

তম্ফা — লেঙ্গানি। হম্নরস্থু থাদাকা হম্নরমগনি।

লাঙোন— শয়া হায়রবদা ঐনা পাখং শরী; মানা লৈশাবী লাইগুরু। ঐখোয় অনী লৌনসি লৈনসি হায়দুনা তাইনরিনি। পূন্সী লৈপুল শেমদৌরিনি।

তম্ফা— লৈশাবীহু মশক ফজবরা? মমিং করি কৌই।

লাঙোন— মশক্তি রাংজীং চেরাপুরদা মঙোন্দগী হেন্না ফজবা লৈশাবী লৈতে হায়নৈ। চাউ শাংভি মীওই মীতৌ ফজে শাবান ফজে। রাংবস্থ ঐগা মান্নদৌই। খিৎতনি ঐনা হেনবা। পুন্নে কুচুনি। মমিংনা শিঙ্গারৈ কৌই।

তম্ফা— তালাঙোন ঐ মশক য়াম য়েংনীংঙেবো।

লাঙোন— য়েংগনি। মশক শোয়দনা য়েংগনি। খয়া রাৎলি য়েংগদবা।

তম্ফা— কয়াম রাৎলিবা?

লাঙোন—নঙনা থবক মচা অমা ফংদুনা নয়ুমদা লৈরবা মতম; অদুগা ঐনা ট্রানসফর তৌদুনা থৌবালগী এস, ডি, ওগী অফিসতা লৈরবা মতম অদুদা মা ঐ লুহোংগনি। অদুদগী নঙগী য়ুমদা ঐখোয় অনী লাক্লগা নঙবু উনরনি। ঙসিগীদি শিঙ্গারৈগী রারী লোইশিল্লসিনে। করি হায়গে?

তম্ফা— হোয় হোয় লোইশিল্লবা হায়দুনি। অদো পুংদি কয়া তারে।

লাঙোন— পুং ৩ গা মিনিট মঙা চৎলে।

তম্ফা— অদুদি ঐখোয়না রারী শারিসি পুং ৩½ ফারেনে। ঙসাই ঐনা তালাঙোনগী কাদা চঙঙকপদো অদুদা পুং ১১½

তাহৌরবনে। ৱারী মুংঙাইরদি মতম হৌখিবা খঙহৌদে হায়মি।

লাঙোন— সি ঙাক্তনি। পুংদো ঙসিদি গ্রং গ্রং চেল্লিনিনে।

তম্ফা— ৱারী মুংঙাইদুনা তৌরিনে। ঙসিগী ৱারীসিমুক মুংঙাইবা ৱারী পুন্সিসিদা তাখিদ্রিদো তালাঙোন।

লাঙোন— অওইত্রানে?

তম্ফা— অওইবনে। ঙসিগী মুংঙাইবা সুৱাইদা লোইরে। যোতিলা কুতিলা হোয়, মমা কৈকোয়ী লাক্লনি। ঐ চৎলগে থবক ইনথাং খব লোইশিল্লুখিগে। মজাইবেম্মা অনীদুনা কেবিনে হায়দুনা কা পুম্নমক্তো ইচাই চাইদুনা লৈরম্মনি। মদু হান্না অমুক্তা শিংতোকউখিগে।

লাঙোন— চৎলো চৎলো।

( ১৫ )

চীংলেন সনা মাগী কাদা চৌকিদা ফমদুনা টেবলদা থবক শুরি। করিনো অমা কন্না পারি। মন্দাকিনী সীজা মাগী কাদুদা চঙঙকই।

সীজ— তম্ফাবু থবক হাপ্পীগ্রবরাও?

চীংলেন— নঙ তাদ্রিবরা?

সীজ— তাদ্রি।

চীংলেন— তাদ্রিবোরে।

সীজ— ঐ তাদেয়ে। কৈমতা খঙদে। নহান নোংমা ইন্টরভিয়ু য়াওবনে হায়ন চৎলুবা মুমিৎ অদুদৈ নীনি কোনবা মুমিৎ

অহুদা ময়ুমদা অমুক্তা চৎলুগে হায়না চৎখিবত্নদগী ওসিফাও হল্লক্লিসিনী। কৈদৌবনো খঙদে। অনা অয়েক য়াওরবরা করিনো। লাঙোনহুবু চৎতুনা অমুক্তা হংবিক্ক হায়রনি। মাস্থু থওইনা তাদে। মচিন্নদি ইমাসি চৎলুগেতা মহায় চৎতি শুকচৎ চৎত্তে। মীশিংসে মনা য়াম কনশিল্লক্রে। মতমনবা কবিনো।

চীংলেন— লাঙোন মনা কনবা স্থম হেনজিল্লকনি। তক্ষাস্থু ষুমসিদা অমুক হুন্না লাক্কনি হাযবা থাজদে। লাকস্থু লাল্লবোই।

সীজ— মবমদি ?

চীংলেন— মরমদি নঙনা হেন্না গুন্না খঙফম থোকইনা।

সীজ— কবি রানো হায়রিসিবো ?

চীংলেন— কবি হায়ববু লাঙোনবু অবৈবা মীনাইশুম নঙনা শীজিন্নবা। মিনিট অমতা পোথাহন্দবা। তক্ষাবুনা অমুক্কা হেন্না শীজিন্নবা। অহানবা লাকপা মতমদা তক্ষাবু অমুক ময়াং কংলম্ববাও ? নোয় পেলমদ্রাও ? মশা তীক তীক লাউবমদ্রাও ? ঐখোয়গীদা লৈবদে ময়াং স্থম স্থম কংশিল্লকলে কুচুস্থ থোকচিল্লক্রে। মসি প্নম্নমক নঙ খঙডি নত্রাও ? ইমুংদি নঙনা কোইবনিনা খঙফম থোকই হাযবা। মুপীমচা তক্ষা হল্লকলবোই। লাঙোন পৌবালদা ট্রান্সফরগী হুকুম থোকপ্রে তাং ৩১ দা বিলিজ তৌবগনি।

তক্ষানা লাকপা কুইড্রিডৈ থবক মচা অমা হাপ্লিবগা থাদোক-থসি হায়দনা। মহুদা নঙনা থুমখি—চহী ১/২ দং ইগাসিহোয়গী

পাবুংহোইগী সেন্বা তৌহনা লৈজখিগে হায়না তম্ফানা হায় হায়না। নঙবু হায়দ্রাও? তম্ফানা হায়রমগদ্রা হায়রমলোইদ্রা ঐ চিংনরক্লে। হৌজিক্তা য়ামনা থীম্না খঙলকপা চিংনরকপগী রানি। তম্ফাবু হায়বু হায়খিব্রনে? নত্রগা নঙনা শাগৎতুনা হায়জিনবরাও? নঙ নশা অমদি নচা মুপী ২ মুংঙাইনা লৈনবা খুৎতা হামত্তুনা চানবা তৌবা নত্রাও?

মন্দাকিনী সীজ অচুম্বতা হায়রক্লবা অত্তুদদি কবি খুমনীংঙাই লৈতে। চীংলেন সনানা হায়রি অত্তুগী ওন্ন তৈনবদা খুম্বা নত্তুনা। সীজ— নত্তে ঐনা হায়দি তম্ফাবু লাঙোন্দা চেনথ্রজাৎলনে।

চীংলেন— নঙনা রা ফৈদোকপা কান্নরোই। তম্ফা সাইতোনদা মাগী মখুন্দা ওজা ওইখ্রে। নঙ কল্লকপ্রা?

সীজ— মাদি ঐঙোন্দা বরিমতা হায়রমদবা।

চীংলেন— কৈদৌনা হায়রুনি। লক্কাগী হীংচাবী মানবী নঙোন্দবো। মচাতবু মীনি হায়না খনবা, মীগী মচাবুনা তিল কাঙগুম তাথী তাওইনা তৌবা মীমুংশি খঙদবী নঙোন্দবো।

সীজ— করিনোনে? মীনা থবক ফংগ্রগা, ট্রান্সফর চৎগ্রগা স্নাখ্বানা ঐঙোন্দা মুক শাউবিরিসিবো। স্নাখ্বাগী অচানবা নচা ননাই ঙাক্তনিনা। শাউফম থোক্কে।

চীংলেন— শাউদদি। করিগী শাউরোই পুন্নমক নঙনা থোকহল্লি ঙাক নত্রাও? কুম্মৈ ফিয়োং থোরকপা খুদিংগী ঐগী ইচানুপী অনীগা তম্ফাগীগা মখোয় অহুমগী মফি মরোল হেক হেক

লৈবিরকপতু তক্ষাগী শরুক মশাদা পীতুনা শেংহুন চাহন-
বরা নত্রগা লমখাংদা নঙনা হৈনখোকপ্রাও ?

সীজ— কদাইদগীনো স্নাখ্বানা মৱী লৈনদবা ঙাক তাকপীৱিসিবো।
মাই ফিরোলবু ঐনা শেংচা য়াত্রা নহাগীতুবো।

চীংলেন— মঙোন্দা পীরদি করি মরমগী মানা শেং-চাত্রিবা। নহান
ইণ্টরভিয়ু মুমিংতা ময়ুমদগী শেংলকপা ফিরোল অমনবা
করিগী শেংতুনা চংলিবা ?

সীজ— অতুদি মী ফত্তবগী হৌনবা ঐখোয় ইমুংবু য়োল্লিবা
ওইরিনী।

চীংলেন— সীজ নঙ ওইদবা রা ঐঙোন্দা পংঙাঙ ঙাঙগনু। ঐনা
ফংমনদবতু উবদা খবা ফবা শেং চাবা য়াত্রা হায়বদা মানা
সিনা স্নুম য়ারনিদা হায়তুনা মথরাই মুংঙাইতনা মরু
লুকথতুনা মপি তৈথোক তৈথোক চংখি। ঐ কয়া মুংঙাই-
হৌদে। নহাল মথৈদি ঐ কয়া চিংনরমদে। খনফাও
খল্লমদে। হৌজিক্তি থাজরক্তে চিংনরকলে। মাগী মপোং
মচৈ মানা লৈরম্বা কা অতুদা লৈরি নত্রাও ?

সীজ – লৈরমনি। কনানবু লৌনেগে। অফ অফবা মথৈ মানা
পুরমগদমঙাই। অতু নত্রদি লৈরমনি। মাগী মপোং-মচৈ
লৌবা অমুক্তি লাকখিনিদনা সিদ।

চীংলেন— লাক্লরোইনে সীজ। মা মমায় ওল্লক্লরোই। অদো মাই
কাদা চঙলগা অমুক্তা য়েংঙ সিদনা করি করি লৈরি হায়-
বদো। চহী ৮/৯ লৈরম্বনিনা মপোং মচৈ খরদি লৈরমনি
হায়বা। মদো মী থারগা খিলহল্লুসি।

মন্দাকিনী সিজ তম্ফানা লৈরম্বা কাদা চঙনীংদে। মরমদি মানা নহাল মখৈ থোক তৌরকপা ময়ামদো মপুরোইবা চীংলেন সনানা খঙখিবা তারে হায়না। "মা মশা লাক্লগা মাগা লোয়নননা য়েংসিদা" হায়না ফোংনা খুম্মী। মশা লাকপা লাক্কবা য়াওৰা য়াওদবা অবৈবা মখৈ চঙতুনা য়েংলগা লোইরে। স্নাখ্বা চীংলেন সনানা মাঙ থাত্নুনা চঙখি। লাঙোনগা সিজগনা তুং ইন্দুনা চংলি। সীজদি মানা তৌবা থোক ময়াম, চিন থিখিবা ওইদবা ঙাংখিবা ময়ামদু লোইনা খঙখিবা তারে হায়ত্নুনা মিহুন চেংগুম চেনগানরে, নিংদোল চোংলে, হুমাং অনম্নী কাংলে। সোমদা লাঙোনদি করম তৌরি। মহাক হরাওবগী শুমখৈ লৈখিদ্রে। হুরানবগী তরানি মপুগী নোংমা হায়বদুনি মায়থোঙ মকা লামলি। মখোয় অহুম্না তম্ফাগী কা য়োবা মতমদা কাদু শো লোন্দুনা লৈরমলে। তম্ফানা লোল্লম্বা ওইরিনি হায়দুনা সীজনা খুমলকই। লাঙোননা তম্ফানদি লোল্লমলোই মা চৎপ্র মতুং নোংমা নীনিদি লোলহৌদে। অতোপ্পনা লোমবা ওইরমনি হায়। লাঙোনদি মপুক্লীংদা হরাওই চীংলেন সনানা তৌরিবদুদা হরাওই শোয়দনা হুরানৰা ফাবা তারে খন।

থোঙগী শো লাঙোনবু ফক্কাইহল্লি ফক্কায়দুনা মন্নুং চংঙি। উপুস্থ শো লোল্লম্মী। উপুস্থ শো ফক্কাইহল্লে উপুদা য়াওবম্বা ফি মখৈ মন্দাকিনী সীজবু লোথোকহল্লি। ফিশিংদো মচাশিংনা শেৎ চারম্বা ফিমন ঙাক্কনি। চীংলেন সনানা তম্ফাইদমক লৈখিবা ফিরোলশিংদো অমতা য়াওরমদে। ফম্মুং য়েংঙুই অদুই অদু মঙাই কাংথল শেগায়বা অফোৎপা, মোম্পাকফিদক অমনবা মচু থোক্কবা

মতু য়াওত্রবা ঙাক্তা। ঊবদা চীংলেন সনা শাউবনা মৈ হৌখ্রে। হংলকই ।

চীংলেন -- তম্ফাদা ঐনা থোনখিবা মাইদমক লৈবিবা ময়ামতুদি কদায়ঙম চৎখ্রে।

সীজ— তম্ফানা ময়ুমদা পুরম্বা য়াইনা।

চীংলেন— নচাম্বুপীশিংগী ফিমন ময়াম তম্ফাগী উপুদা য়াওরমলিসিনা করম্না ?

সীজ— মানা ফিমন ময়াম খোমজিল্লগা ময়ুমদা পীখিগে খন, মীনা উথিনি হায় উপু মনুংদা থমজিল্লম্বা ওইরম্বা য়াই। মতুগুম্বতু স্নাখ্বা পংউ উশিনবিরুম্নুদা।

চীংলেন—করি ? উকিল ওইরম্মদি লৈবাক শেৎ কায়না ফাওরমনি। পাইরক্কী লৌশিংনা লৈরিবা ? নঙ মঙাইরেনে হাঃ মানা পোৎচৈ ফিরোল ময়াম পুখিবদো নোংমা নঙ ঐ চৎতুনা য়েংলুবা তায়। অতুগা নচাগী ফিমন ময়ামসে তান চাদতুনা পুখিত্রবনি মতুস্নু খিল্লুসিকো। নোংমস্নু ময়ুমদা চৎখিদবা তম্ফানা করম্বা কালদা ফিয়ামতু পুদৌরিবা ?

সীজ— স্নাখ্বানা তাকপীরিবতু চুমবুদি চুম্মী অতুদা স্নাখ্বাগী ইজ্জৎ মাঙবা থবক্লিদা।

চীংলেন--· মতুনা তাকপদি নঙ তম্ফাগী ময়ুমদা চৎনীংদে সীনিনে। ঐদি চৎলুবা তারি। অতুগা হংলুনি। অশেঙবা অমা খঙদোক্তবা য়াদে। লাকও লাঙোন। ( থোকখি ২তু )

চীংলেন সনা মাগী কাদা চণ্ডখি। মন্দাকিনী সীজ ইকায় খুংশি য়াম্লনা লেপতুনা লৈহৌই মপি তৈথোক তৈথোক। লাঙোনদি হুরানবা কাবা অতুম্না হরাওই। মন্দাকিনীনা তৌবা থবক পুম্নমক খণ্ডখিবা অসিদা মহাক ওম্থোকনা মুংঙাই পেল্লি। মাসু হরাওনা মাগী কাদা চণ্ডখি। খল্লি মানা ওজাতোম্নুগী মফমদা লৈদা লৈহল্লু মাগীদমক ঐনা শোয়দনা মী অমা ওইনবা তৌনি হায়খি। হায়নখিবা মতুং ইন্না ওজা তোম্নু মশানা লাক্কুনা তম্ফাবু থিল্লকখি। ইন্টরভিয়ু মমিৎতা ময়ুমদৈ শেৎচ ইনজরকপা ফিরোল শেৎ চাহুনা থোকখি। ঐনা ফিরোলছু য়ারদরা হুংবদা মানা লুকথহুনা য়াবনি পাবুং হায়না খুমলগা মপি তৈথোক তৈথোক মী উখিনি হায়না লাঙোনগা তুংথ মাঙথ থোকখিবছু মমিৎতা শং শং উরি। শেৎনীংঙাই ইন্নীংঙাই লৈতহুনা তৌরিবনি খল্লুবদা মা ওম্থোক্লা মুংঙাইতে। মসি পুম্নমক মাগী মুপীবু থাজরুবদৈ থোকখ্রিবনি খল্লুবদা নীংঙমদবা অমপ্ল পোক্লকই। অহল মতম ওইরক্লুবা মরা চৎপা মীনা ব্যবহার তৌনবা চীংলেন সনানি। মচা মশু পোক্লহুনা লৈমিন্নবিবা, মশু পোক্লবা, মতম শাংনা লৈমিন্নরক্লুবা মাগী মুপীনা মঙোন্দা নমথাক তৌরম্বা মীনম্নমবদা অঙকপা অমা ওইনা থোকপ্রে।

চীংলেন সনানা খল্লম্মী মহাক কৈম্নু তৌদে, শেনজা থুমজা কৈম্নু তৌদে চুম্না চৎলি। মাগী মুপী মচা মরি পোক্লুনা লৈমিন্নরি। মুপীসিনা তৌবমলিসি করিনো? কম হাপতোক হাপচিন, ট্রান্সফার তৌথোক তৌশীন ময়ামসিদা চীংলেন সনা খণ্ডহন্দনা শেল চারমনি। তম্ফাদা মানা তৌরমলিবা পুম্নমক মাগী রাখল্লা লাম্বা ফংদে।

লাঙোন্নদি মচেক ময়াদা য়েৎতুনা হায়বা কুইব্রবনি। মানা থাজরুদে মাদৌনা মী পুন্নমক তৌরমগনি খল্লি। লাঙোননা হায়বা মতম অত্তুদা য়েংশিল্লমলবদি খরগী মখৈদি ফরমগদবনি। মত্তুস্থ তৌহৌদ্রে। হৌজিক অহনথংদা করম্না খাইনরুনি। ইচা মরিনী অত্তুগা ইশুনা অনীনি। নোংমা চীংলেনগী অফিসতা তক্কা লাক্কুনা হায়রগা মহাক নীংশিংলকই—"পাবুং! পাবুংনা ঐবু অমুক হুন্না পোকপীরবনি। পাবুংগী লমনদি মপোকসিমগী শিংবা ওন্নরোই। নচানি খন্না পাবুংদা কায়খিবা করিগুম্বা লৈরবস্থ ঙাকপীয়ুকো পাবুং। ঐ চৎচরুখিগে" হায়না খুরুমমগা হীক হীক কপতুনা চৎখিবা। নমাসিদি ঊনরম্নবরা হায়না ঐনা হংবদা—ঊনরমদে। কোম্না ঊনরগে হায়রম্মগা হুন্না য়েংলমদনা চৎখিবা।

চীংলেন সনানা খল্লি—তক্কানা খুমলম্বদো ওম্ভোক্না অর্থ লৈদা। চীংলেন সনা শুসিতা মখওলি। খীন্না খওশ্রেদকো, নাকল অমা ইহো হেক হোইদা।

## (১৬)

শিঙ্গারৈগী য়ুমনি। ব্রাংজীং চেরাপুরদা লৈবা। মুমিদাংরাইগী তানজানি মতমদো। থবক ইনথাং পুন্নমক লোইরতুনা শিঙ্গারৈ তুলসিবোংদা ধুপ থাউমৈ কৎপা থোরকই। নোল্লুকপ' লৈশাবীনি। খ্বাইনস্থ তপ্পী মোং হাদে মুপীদা মুপীনি হায়নৈ। থাগৎনৈ মচেম মনেমশিংনা লৈকাইত্তুগী। তুলসিদা ধুপ থাউমৈ কৎলগা খুরুম্মী মরাইবক লৈমায় শোক্ন। মমায় হায়গৎলগা য়েংথোরকপদা চাউথ্রোক

চাউ লেপতুনা লৈরম্বদু উবদা মহাক খংপ্রেক খংই হায়—হাইমা !

লাঙোন— করিগী খংঙিনো ? করি বরনো নিবিতুনা ?

শিঙ্গারৈ— খংদদি । সুম হায়না লাকনি হায়দি থাদি থাজদনা ।

লাঙোন— লাক্লদি থাজরেদনা । নঙনা হৌজিক তুলসিদ নিরম্বদো করি বরনো ?

শিঙ্গারৈ— খঙভ্রাও ?

লাঙোন – খঙঙে খঙঙে । অদো ঐ সিদা লৈথোকপা য়াদ্রি । য়ুম য়ৌরুদ্রি । ইমা উনদ্রি ।

শিঙ্গারৈ— কবিনো হেক লাকপগা হোবে হোবে হেক্তা তৌববা ।

লাঙোন— ঐ থৌবাল এস, ডি, ওগী ওফিসতা ট্রানসফর তৌবক্লে । নঙদি থাজরম্মোই ঙসি জোইন তৌবনে । ছুটি হেক থাবগা সিদা লাকলিসিনি । নঙ হান্না উনরমগে হায় । য়ুম য়োকখিগে । সে সি লৌশিল্লু । নঙগীনি । ঐনা লৈরকপা । ঐ চৎলগে কোন্না তপ্না রারী শারসি ।

অসি হায়বল্লগা লাঙোন থুনা য়াঙনা চৎখ্রে মযুম তম ।

শিঙ্গারৈনা খলহৌই মসিদি ওন্থোকপা মুপানিদা । মানবু নীংথ্রবদি মতু কোনো উপায় তৌতুনা পাঙথোক্লবা হোৎনৈ । মানা নোংমা হায়রম্বদু—নীংশিংলকই – “ঐ শোয়দনা থৌবাল এস, ডি, ওগী অফিসতা থবক হল্লকখিনি । হল্লক্লিফাও নঙনা ঐবু ঙাইরল্লগা ঐখোয় অনী থুংনগনি লুহোংগনি । ঙাইরমদবা থোক্লগা নঙসু মীগী ওইখ্রে ঐসু মীগী ওইখ্রে । নঙনবু অতোপ্পা মুপা অমগা হেক লুহোংলম্লবা ঐসু অমা হেক্তা হোঙগনি ।”

অঙকপা মুপানি। মানা হায়রম্বা পূম্নমক মথং মথং তৌরকলি। ঐস্মু মাবু থাজবদে স্মুক কুইবসি ঙাইরকলিবনি। ময়ামনা কৈরোই লৈকাইনা ঙাওনবস্মু তা হৈ ঙমশিল্লক্রবনি - হাঃ লৈশাবী লাইগুরু, শাইরিতং, অসিনা পাথং শরী অহুগা রাশরুপ্রবনি হায়হুনা ঙাইরি ময়োল অমা। মবুংঙো অহুনা ইঙ্কালদগী শশক মতৌ ফজপ্রবী লৈশাবী অমা পুহুনা কোক হেক লাকলো। মহুদা মানা তৌদৌ করিনো? করি করিগুম্বদস্মু লৈকাইগী মচেম মনেম্না লাক মমাদা হায়রবদা শিঙ্গারৈ মশামক তাবস্মু য়াওরিবনি।

মুমিং অদো শিঙ্গারৈ হরাওজে। লাঙোন লাক্লবনিনা মীনোক মৈশাদি খর মফরনি খন। মমা ঙাইবা ওইনা চাখুমদা চাক মৈ থাগৎপা চঙখ্রে। মমা লাকপা মখোল তাবদে চেম্হোরকই। মাঙ্গোল দারিবান মচিন্দা য়াম্ন হরাওশ্না লেপতুনা লৈ। মমানা কৈথেল কুম্নকপগী পোং থাগদৌগী। মমানা শিঙ্গারৈদা হংঙি—

"লাঙোন অঙাওবা য়োং লরাই মচাদো লাকলম্বা?"

শিঙ্গারৈ খরা ঙকলপ ভৌই মমাগী রাঙাং রাতাহু তাবদা।

শিঙ্গারৈ—লাকলম্মী।

মমা— করীদি হায়রম্মী মানা?

শিঙ্গারৈ— কৈস্মু থোইদোকপা হায়রমদে। মা থৌবালদা এস, ডি, ওগী অফিসতা ট্রান্সফর তৌরকলে লাকলেৎমক হায়রম্মী। অহুগা কোম্হোংদে অহুম হনখ্রে।

মমা— নঙবু চাক থোঙ্গৎলবরাও? ইনশাংদি করি থোংগে তৌরি?

শিঙ্গারৈ— থোংবা হোৌগৎলে। চক্লু শোৌদোরে। ইনশাংদি থোংদ্রি ইমানা কৈথেলদগী লৈরক্লগা থোংনবা হায়রুনা।

মমা— লুথোং মনুংদা ঙা অচোৌবা মা য়াওরিনি সে মসি থোংঙো।

শিঙ্গারৈ— স্নুক চাউবা ঙাসিদি কদাইদগী?

মমা — হোঃ ইবুঙঙো লাঙোনরুনা হোবে হোবেরুনা হাথু হাথু কৈথেল পোৎলক্তা চঙলক্লগা সে ইনে হায়রুনা ঙজাওসিমা লংশিল্লম্মে। অন্থগা ইনে ঙসিদি ইনশাং হাওনা চাওকো হায়রম্মে। অতুদা মুনি মানি হায়বমদে হায়রুনা চৈবিবা।

(১৭)

ওজা নোংদোল সাইতোন খুলগী জুনিয়ার হায় স্কুলগী ওজা হেড মাস্টরনি। মপুক তপ্পী। রা লান মরম লৈতনা পঙঙাঙ ঙাঙ শকপা মীতা নত্তে। মী অয়াম্বনা মাবু কি হঙ্গোইনা লোয়নৈ। চীং লেম্মী। মশা এম, এনি। মহাক খুন্দুগী মহিলা মণ্ডলনা শেল খায়রুনা লাইরিক তমহল্লকপনি। মুপীশিংরুনা হায়খি —"ইবুংঙো! নঙনা এম, এ, তম্বা লোইরগা চহী ৩/৪ দি ঐখোয়গী স্কুল অসিদা ওজা ওইগদবনিকো। অতৈদা চৎপা য়াদে"। মুপীশিংনা মচেম ময়াম্না হায়খিবদো মহাক কাউবা লৈতে। মুপীশিংনা খুঙ্গং শেমগৎ শাগৎপদা থরায় য়াওবা হেল্লি হায়বসে মতম অতুদা নাগী থাজবনি। খুঙ্গং শেমগৎপদা অচোৌবা শরুক য়াগে হায়না কন্না নীংখি মতম অতুদ্রে হোৌনা।

মহাক স্কুল অতুদা ওজা ওইরকপা চহী ৭/৮ লোম শুরে। খুদোং চাবা কয়া ফংলবসু কলেজগী ওজা ওইগে, অফিসার ওইতুনা ফম অচৌবা তানগে খনখিদে। মহাক্না লাইরিক্ তমলকপা মতমদা মচেম মনেমশিংনা হায়খিবদো খক কাউদে। কাউথোক্কেসু খনদে কাউবসু ঙমদে। লাইরিক লাইশু হৈতবী নুপী, খুঙ্গংদসু পোক-লবী মপান ইপান থোক্লিবী চাওখৎপগী মঙাল ফংদ্রিবী মখোয়না খুঙ্গং মরৈবাক নুংশিবা ঙম্লগা ঐখোয়নদি করিগী ঙম্লোইদৌরিনো ? মসি মাগী অচেৎপা থাজবনি। থাজবা অসিগী মখা পোল্লদুনা মা স্কুলদু থাদোকে খন্দে খুদোং চাবা কয়া লাক্কুনসু।

মহাক্না ওজা ওইরিবা স্কুল অদু অহানবদদি লম্লাইগী স্কুল ওইরম্মী হৌজিক্তি সরকারগী ওইরে। মাবু স্কুল অদুগী হেড মাস্টর হাপলকলে। নোংদোলগী লমচৎ ব্যবহার ফজবা, অহল লমন লাইগুরু মশক খঙবা, মহে হৈবা অদুদা লৈকাইগী, খুনগী মরো মশীং চাজবা, ইনাক খুনবা মীওইশিংনা মচানুপী পীনীংঙি। মাগী মরুপ মপাংশিংনা হায়রে থেমলে লুহোংনবা। মাদি নুপী থিখিরোই, পাওথোক্কদবা থবক য়াম রাৎলি মসিনি মরুপ মপাংসিংদা পীবা পাউখুম। মরূপ মপাংশিংনা লংনৈ—নহা ওইরিঙৈ মতম চারিঙৈদা নুপী থিজহৌকো, চহী ৪০ হেনগ্রবদি লৈশাবী মচা অমতা ফংজ-রোইহে। লৈশাবী অমতা লৈয়ু হায়বা য়ারক্লোই। হনুবা পাখং শরীসিদবু লৈবা ঙমজরোই শোয়দনা হায়রক্কনি। মসি ময়ামগী মরূপ মপাংগী রানি। নোংদোলদি রাক্ষমসি থোইনা লুনা খন্দে।

হৌজিক নোংদোল মশাগী চহী ৩৮/৩৯ হায়রে। মহাক লুহোংত্রি। মুপী নহাগী ভাব কয়া লৈতবগুমস্থু উই। রাক্মসি ওজাশিংগী মরক্তগী কনামতা হৌদোকপা ভম্নদে। নোংদোলগী মতৌনা, মাগী লমচৎ, শাজৎ অমদি রাঙাংনা ভম্নদবনি। ফাগি জোগাইস্থু পঙনা তৌবা তাদে। মাবু ময়াম্ন তিনপু লাইগুবা হায়বম্নমক মাগা চান্নবা মিংথোলনি।

নোংদোল স্কুল অসিদা ওজা ওইরকপা চহী ২৭ শুরকপা অহুরাইদগীনি। হৌখিবা চহীদা মহাক এম, এ পাস তৌবনি। চহী অমরোম লৈরগনি মানা ওজা ওইখিবসি। চহী ২/৩ দি মহাক এসিস্টেন্ট টিচর ওইরম্মী। মথং মথং সুম কাখৎলক্তুনা হৌজিক হেড মাস্টর ওইরবনি।

হেড মাস্টরগী ফম পায়রবা মতুংদগীদি মানা স্কুলগীদমক পায়-খৎকে থল্লমবা থবক পুম্নমক পায়খৎপা হৌরক্লে। নোংমাইজীং খুদিংগী ছাত্র ময়াম সোস্যিল সার্ভিস তৌবা হৌহল্লে। স্কুলগী অকোয়বদা লৈরিবা অমোৎ অকায় শেংদোকহল্লি। স্কুলগী ফকলাং অকায়বা মেনশিনহল্লি রাই তয়শিলহল্লি। থোঙ থোঙনাও অকায় অতোই লৈরস্থু শেমজিনহল্লি। স্কুলগী অকোয়বদা লৈরিবা নালা খোংবাল লুকলাং শেংদোকহল্লি, ঈশিং তুংহন্দে ঈথৈ পী। কাং হয়িং চেন্দনবা হিদাক লাংথক চাইথোকহল্লি শান্নবুং ফজনা শেম্মী। ছাত্রশিংনা মনীং তৌনা শান্নবদা খুদোং চাহল্লি। মতু উবদা ছাত্রস্থু হরাও-জরে। মমা মপাস্থু মুংঙাইজরে। স্কুল অহুদা মচা মগু মহৈ তমলি হায়বদা চাউথোকচবা অমা পোকচৈ অহল লমনগী মপুক্লীংদা।

ওজা নোংদোল স্কুলগী চাকথুং ফংতুনা বি, এড ট্রেইনীং য়াওরুরে। পাস তৌরে। মহাক বি, এড ওইরে। মতীক চাবা ওজা লৈরবা অতুদা স্কুলস্তু প্রধাননা লুচিং খুনজাশিংনা হায়জবদগী অমদি স্কুলতুদৈ অফবা ছাত্র লাইরিক্তা, ডিবেৎতা মকোক থোংলকপা অমস্তুং শান্নরোই কয়া পুথোরকপা অতুদা শিক্ষা বিভাগনা হায় স্কুল ওম্ভোকপীরবনি।

( ১৮ )

অয়ুক্লি। তক্ষা ফমুংদগী তৃম হৌগৎলকপদা ঙাইরিবা মাল্লি। থোঙ হাংদোক মমিৎ নোইর নোইরতুনা মপাল থোরকই। ডারিবান্দা খুক খুদক কুন্দুনা খুকুম্মী। খুরুমলিবা অদো মুমিৎ কৌবা লাই অতু ওইরিত্রা খল্লি।

তক্ষাই মায়থোঙ ইয়ান য়ান্নে। হরাও মুংঙাইবগী মওংস্তু উই। মুংঙাইতবা নীংঙমদবা অমস্তুং মাগী মমায়তুদা ফেনজিল্লকপগুম মায়থোঙ লাংশিল্লি। চিন্তাগী পোৎলুম অমা পুবগুমস্তু তৌই। ফুইনা ফুইনা মুংশা স্বর হোনবস্তু তাদবা নত্তে। অস্তুম্না তক্ষা মাগী অয়ুক্কী তৌগদবা মথৌ লোইশিল্লকলে। মমা মচাদা পানজবা ইমুংনি। তরু তনান্না লৈ ইমুংতু। তৌবতবু মাস্তু লুপ্রানি মমাস্তু লুপ্রানি। কনা লৈজদবা পিদোন্না লৈবা অতুদা মা কয়া মুংঙাইজদে। মপুরা অমতং লৈবতুস্তু ওস্তানা লাইগী খুয়া তানপ্রে। পুম্নমকসি খন্ন খন্ন মাই কাদা ফম হোরেল স্কুলদা ক্লাস তৌরুনবৈ লাইরিক পাতুনা লৈ।

কোম্হোং হাংদোকখিবা মখোলদি তায়। কনা লাকপগে হায়বদি মশা খোক্তুনা য়েংলুদে। পারিবা লাইরিক্তা পুক্নীং থিংজিন-খিবনা। ওহাক লৈবগা মপান্দগী খোঞ্জেল অমা তায়—হো কনা কনা লৈবগে, য়ুম্বু লৈত্রাও? খোঞ্জেলহু তাহুনা তম্ফা হৌগৎতুনা মপান খোরকই।

তম্ফা— কনানো? মানপ্রেদা। মতম কুইনা তাখিদ্রবা খোঞ্জেলনিদা। ( ঙাঙল ঙাঙলহুনা খোরকই )

লাঙোন— মানে, মানে, ঐখোয়নে। তাখিদ্রবা খোঞ্জেলহু তাহনগে লাকপনে।

তম্ফা— হাইমা! তালাঙোন। ওম্হোক্লা থাজদনা।

লাঙোন— ঐদি পুন্সিসিদা থাজদবা ঙাক তৌদনা লাক্লবো। সে সিদা লেপ্লি স্থপীসে ননম্মা শিঙ্গারৈনে। মানা নঙ উন-নীংঙি শক খঙননীংঙি হায়বা। অহুদা পুহুনা লাক্লিনে।

তম্ফা— সুংঙাইরেদা। ইনম্মা লাকও ইমুং চঙসি।

শিঙ্গারৈ— নঙ তাদা লাঙোননা নঙগী রারী ঐঙোন্দা লোইনা লিয়ে। রারী ময়ামহু ভাবদৈ নঙবু উননীংবনা।

তম্ফা— ওসি উনরেদনা। তাদনস্থ ইনম্মগী রাবী য়াম লীয়ে।

শিঙ্গারৈ— লীরমনি অঙক অঙকপা ওইথোক্লরোইদবা ময়াম।

তম্ফা— ওসি ওইথোকলিসিদি। ইনম্মগা তাদগা লুহোংগনি। হোওলে। ইনম্মা পুহুনা ঐ উনবা ঐগী য়ুমদা লাক্কনি। লাকলে। ঐগা শক খঙনহনগনি। খঙনরে পুন্নমক ওইরিসিদি।

শিঙ্গারৈ— অচুবুদি নও তাদদি হায়দোকখ্রবা রা ঙাক্লা চৎপনে। রা ঙাঙবদস্থু বন্দ লৈত্তে হায়রবনিদা। ভাঙনীংলবদি পঙাঙদা ঙাঙবনে।

লাঙোন— অচুম্বা রা হায়বদবু করি বন্দ। য়েংঙোই নখোয় অনী রারী রাতাই শারম্মু। পঙনা উনবা ঙম্বা নত্তেকো। লমদয়া তারবনিনা হায়রবা। ঐ অসুরাই ফাও চৎথোক-লুখিগে।

তম্ফা— কৈদোবনো? চৎথোকখ্রনুদা। ইমাস্থু হল্লকলনিয়ে। ঙসাই অয়ুক ঙস্তা পোৎ তিকলুনি হায় চৎখিবনে। লাক্লনিয়ে চৎখ্রমু।

লাঙোন— কুইরোইদা। ঙহাক্তনি। অসুরাইফাওদা।

লাঙোননা থোকখ্রিবতু মোইরাং য়োৗগে মোইরাং কৈথেল কারুগে থন থোকখিবনি। মোইরাং কৈথেলদগী ঙা অংৌবা অমতং লৈরগা তম্ফাদা পীজরমগে খল্লি। খ্বাইরম্বন্দদগী লৈগে নীংবস্থু বস নংহৌররোই হায়তুনা কৈথেল চঙলক্তবনি। লাঙোন স্থুম থোরকলি। স্থুম লাকপনা সাইতোন লমখাই য়োৗবে। বস ঙাইবা ওইনা মহাক সোরোক মপান্দা লেপতুনা লৈবি। তুংলোমদগী মৌনহা চাজেনবী অমনা মনমদা মচা অপীকপা অমা পোরহনা বাবু বাবু রা অমতা হায়জগে।

লাঙোননা ঙক্লা "করি রানো?" হায়রনা মমায় ওস্থোক্তুনা হংঙি।

মৌনহা— বাবু ঐগী ঙাসিদা খর লৈবিখোবা, ঐখোয়গী মুপানা মাগী লুদা চঙহুনা ফারকপনি। মোইরাং কৈথেল য়োৗরবদি

হেক্তা শিংখিদৌনি। চেঙ চরা লৈহৌদতুনা তৌবনি।
বাবু ঐবু মুংশিবিয়ু খরা লৈবিখোনে।

লাঙোন ঙাতু মানা পামলম্বমক থোকলে। ওখাক চাউরে হিংলি মশাইগুপ অদো খপ খপ 'চোংলি। মৌনহা অতুনা লৌগে হায়বা মমলছু অতুম হুন্নদনা পীরে। মৌন্হা অতু হবাও হরাও মোমোন নোক্তুনা চংখি। লাঙোনসু ঈশৈ ঙংবোই লাকপোই তৌতুনা মখুৎতা ঙাতু য়ান্দুনা চংখি। তান চারুতুনা মোইরাং য়ৌদ্রে। লাইবক ফত্রেদা ঐসে হায়নসু শোল্লমই।

অসোমদদি কমদৌরি?

শিঙ্গারৈ- য়েংঙো তম্ফা! নঙগী ইনফি অমা ঐনা পুরকএ।

তম্ফা— পীফমদি ঐনা থোকপনি। অতুদা ইনম্মহোয়না ঐঙোন্দা পীরবা।

শিঙ্গারৈ— সে য়েংঙো। নঙনা পামগদ্রা পাম্মোইদরা হায়বতুদি খঙদেকো।

তম্ফা— কদায়?

শিঙ্গারৈ— নঙগী তাদনদি শোয়দনা পামগনি হায়।

তম্ফা অমসুং শিঙ্গারৈ অনীনা ইনফি অতু তিংথোক্তুনা য়েংনরি। তম্ফানা ইল্লি। মহুদা শিঙ্গারৈনা ওস্তোকনা পকচদ্রে হায়। তম্ফানা পকচব্রনে? হায়তুনা মশাতু উরুক লয়রি। ঐনা পাম্বমক থোকলে হায়না তম্ফানা খুম্মী। মখোয় অনী নোকমিননৈ। পূমলাও লাঙঙি পূমনিল নিল্লি ইমুংতু। ঙাহাক লৈবগা লাঙোন হল্লকলে। ঙা অচৌবা অমা মখুৎতা য়াল্লকই। তম্ফাগা ইনেগা পীজনীংতুনা লৈকবনি। মতু তাবদা তম্ফানা খুম্মী —

তম্ফা— তালাঙোন কৈদৌনা লৈরুরিনো? কদাইদগী লৈরুই? স্নুক চাউবা ঙাদি অমুক্তা উত্রি হায়রবা ঐদি। মমল য়াম পীরমনি।

লাঙোন— মমল য়াম্বা নত্তেদা ঐখোয় নোংমত্তা হরাও হরাও চামিন্নসি হায় তৌবনিদা। মোইরাং বাজারদগীনে।

তম্ফা— মোইরাং কৈথেল য়ৌকরগবু অস্নুক থুক হল্লকপা? থাজদে।

লাঙোন— অদুবুরাও এবোপ্লেন তোংদুনা চৎলিদনা

লাঙোননা তম্ফাগা শিঙ্গারৈগা অনীদা সাইতোন লমখাইদৈ ঙা লৈরকপগী রারী তৌই। রারী তৌনবিঙৈদা কুন্দালৈ য়ৌরক্লে। মচানুপী তম্ফাবু পোৎ থারো হায়না কৌবকই। তম্ফা ইমুংদৈ চেম্থোরকই। পোৎ থাই মমাগী।

তম্ফা – তাদা লাঙোনগা ইনম্মা শিঙ্গারৈগা লাকএ। মখোযনা এগী করি করি য়াম পুবিরকএ। অদুগা তালাঙোননা কদায়গীনো খঙদে ঙহাক্ত থোকউখিগে হায়দুনা থোকপ্রগা ঙাজাও অমস্নু পুদুনা লাক্লে।

কুন্দালৈ— নঙগী তাদা লাঙোন লাকএ হায়দি কদায়?

লাঙোন—ইনে ঐ সিদা লৈরে। ঐদা নত্তেযে শিঙ্গাবৈস্নু য়াওবকএ।

কুন্দালৈ— নহোয় লুহোংবদা ঐখোয় তাক্লক্ত্রি করিগীনো?

লাঙোন— লমদম্মা খব তান্নবনিনা ইনেগা তম্ফাগা রাগদবদে উদুনা তাক্লক্তবনিদা। ৫সি ঐখোয় অনী পুন্না লাক্রেদনা ইনেখোয় উনবে। সিনা ফত্রাও?

কুন্দালৈ— চাক চাবগা চৎলোদনা মুংথিল ওইনা।

লাঙোন—ইনেনা হায়দ্রবস্থু নমতুনা চারগে হায় লাক্লিনে।

কুন্দালৈ— ফবে ফরে অতুদি।

লাঙোন— ইনে ঙাইবা ওইনা সুম চৎথোকউবদা সাইতোন লম-খায়দা ঙা অমা যোল্লমতুনা লৈরকপনে। ঐখোয় লুহোংবগী ৫ নি চাকৌবস্থু ইনেহোয় অমত য়াওহৌবা ঙমদ্রেদো। অতুদা ইচন তম্ফা পীজগে হায়তুনা তৌবনে।

কুন্দালৈ—খঙদ্রেদা ইবুংঙো নঙনা নচনগীদমক তৌবসে পোকমিন্নবা মবুংনফাও তৌবিবোইনে। হায় তম্ফা ঙাসি খব শেম্মকউনে। ঐ ইকজবৰগে। চূপ লুপলল্লগা লোইবে। কুইবোই।

লাঙোন— ইনে! ঙাতু ঐ হেক্তা শেম্মকঅগে। মখোয় অনী:দি ল্লাবী তৌ লৈজরসন্নু। ইনেনা পুজারী ঐনা তুহোন। হা ইনে কব্বি হায়গে?

অনী নোকমিন্নে। মায়থোঙ মকা লামনা। শিঙ্গাবৈগা তম্ফাগদি ইমুংদা তম্ফাগী ফম্মাংদা ফমতুনা ল্লারী লীনরি। মুংঙাইবা নোক্লীংবা মতাংদা ফাক ফাক নোকপা তায়।

শিঙ্গারৈ— তম্ফা নঙসে নল্লাইবক্তি থিখবেদকো। নঙগী ল্লারী পুন্নমক নঙগী তাদনা লীতুনা ঐ লোইনা তাবে। সাহেবকী ইমুং অতুদা লৈবদস্থু নঙ য়াম ল্লানা লৈমাল্লে। সাহেবতুদি ফমাল্লেবো।

তম্ফা— ফৈ।

শিঙ্গারৈ— মেম সাহেবতুদি হিংচাবীনি হায়নে। মীন্নুংশি খঙদে মচাদমক মীনি হায় খল্লি। মীগী মচাবুনা শা শনদৌনা খন তাথী তাওইনা তৌবা।

তম্ফা - তৌরিনে। হায়রিবদো অচুম্বা ঙাক্তনে। ঐনা তলব চাবা সরকারগী থবক মচা অমতং ফংলবদি হায়ত্থনা রানা খাঙগ্রপোংনি। হৌজিক্তি হায়বা শেলবু পীজত্রবদি থবক ফংনদেদো। শেল লৈজদবা ঐখোয়দি মীগী মীনায় ওইবা তাবনে। ঐখোয়নবু কদায়দগী শেল পুথোক্নুনা ফম লৈবা ঙমগদগে ?

শিঙ্গারৈ— চুমগ্রবা রানি। অত্থদা নঙ লাইরিক খরা তমহৌত্থনা থবক মচা অমদি ফংলেদনা। ঐনা ইমাগী মতেং পাংত্থনা লৈহৌবা, শেল লৈজদবা, নংবা ময়ামত্থনা লাইরিক্তো মঙাশুফাও তম্লগা অত্থম তোকএ।

তম্ফা— ইনম্মা, নঙগীদি লাইরিক হৈত্রবস্থু ফরবনে। তাদা লাঙোনবু নঙনা ফংজরিসে মসিমুক লাইবক ফবা লৈত্রবনিনে। মপুরোইবা অফবা ফংজরবদি মুপীগীদি স্বর্গ খুৎনা লাম্বা ফংবগুম্বনে।

শিঙ্গারৈ—নঙগীস্থু লাইনা তম্বা অমা লৈরমখিনিদা। মীবু লাইবক থীদনা রাত্থনা ঙাক লৈগদরাও ? মুংঙাইবা মতম অমস্থু শোয়দনা লাক্কনি।

তম্ফা— অত্থদা ইনম্মা ঐগীদি মুংঙাইবা মতম অমা লাক্কনি হায়বা ঐ থাজদে। লাক্লয়োইদা অরাবা নত্তনা।

শিঙ্গারৈ— নপূকচেল অতুক হাকনা পীকথগনুদা তম্ফা! মীওইবা হায়বসে তম্বা ওম্বা নত্তে। ব্রহ্মানা ফংদ্রবা মপোকনি হায়নরিসিদি।

শিঙ্গাবৈনা তম্ফা মথরাই মুংঙাইত্রে হায়বদু খঙলদুনা ৱারী অমদা ওন্থোকলগা তম্ফাবু মুঙাইনবা হোৎনরকই।

শিঙ্গারৈ—ঙাইখো তম্ফা নঙনা ঐগী মিং অসে ইংলিসতা হন্দোক্নুনা য়াম ফজহল্লি হায়। ঐস্নু মতু অমুক্তা তাগেবা। নঙ তাদদি ইকাইদুনা ভাব তানবা হংলুবা ঙমদে। নঙ জোনে চঙনা অমুক্তা লীয়ুবা।

তম্ফা— অদুবুবাও নোংমা ইনম্মগী মরমদা ৱাবী মুম শাইয়ে। ঐনা ইনম্মগী মিং হংবদা শিঙ্গারৈ কৌই হায়রে। ঐনস্নু শিঙ্গারৈ হায়বা লৈশে মহৌশাদগী হৌনা য়াম পামজবা লৈনে। অদুদা ঐনা তাদদা ফাগি ওইনা লৈচুদু ইংরেজীদা পান-শিল্লগা ইনম্মনা তাদবু শোয়দনমক্কী ঙাইরমখিনি হায়বনিদা।

শিঙ্গারৈ— অদো ঐঙোন্দস্নু শন্দোক্লা লীদুনা খরা তাহল্লো।

তম্ফা— সিনিদা। শিঙ্গারৈ হায়বা লৈ অসে য়েংবদা মচু ঙৌনা উইদনা। মখোক ওইনা ময়াযদা লৈবিবা অদুনা ঙাঙ-ঙিদনা। য়াম্না নহা ওইনা শিখিবা কবি ইংরেজী কবিনিকো মানা হায়বম্মী "মুংশি কুচুদি ঙাঙশং ঙাঙি"। অঙৌবা মচুনা অশেঙবনি হায়না খ্বাইনা খঙনৈদনা। অদুদা ঐনা মুংশি মচুনা শিঙেল য়াইদ চন অঙৌবা মচুনা ইকোয় কোয় ভালাঙোনবু ইনম্মা শিঙ্গারৈনা মুংশিজবদি পূকচেল

অমকপা লৈতনা মুংশিজবনি। শোয়দনা তালাঙোনবু ঙাইতুনা লৈরমখিনি হায়বনিদা।

"ইবেম্মা তম্ফা নঙসে ওস্তোক্লা হৈখ্রেদকো কদায় কদায়দগী লৌকতুনা শজিল্লিবনো ?" হায়রগা মখোয় অনী ইম্নৈ। রাম্থ রাম্থ নোকমিম্নৈ। চাগনি থক্কনি হায়বা কাউমখৈ।

মুংথিল ওইরকলে। মখোয় চাক ঈশিং চাবা থকপা ওম্না লোইখ্রবনি। পোৎথাতুনা লৈরি।

লাঙোন— ইনে মতমস্থু থেঙজিলকলে। ঐখোয় হন্নবা তৌরগে।

কুন্দালৈ— ইবুংঙো! মতমসিনা ফত্তবনিনা খরা ওম্না য়োবনা কৈনে ফরে ফরে হন্নবা তৌরো। মরক মরক্তা তানজা চাবদা লাকউকো।

লাঙোন— লাক্কনিদা ইনে। তত্তনা লাক্কনি। অনা অয়েক য়াওরম্থু পাউ হেক চেল্লকউ। শিঙ্গারৈ লাকও চৎনবা তৌরসি।

মখোয় অনী তুংথা মাঙথ থোরকই। তম্ফানা মখোয় অনীবু থিন্দোরকই শোড়োক লমজাওফাও। ওহাক মখোয় অহুম রারী রাতাই শাতুনা বস লাকপা ঙাইরি। মিনিট ২০ মুক ঙাইরবা তুংদা বস লাক্লে। মহোয় অনীনা মথং মথং বস কাখৎখিবা, ফমিন্নখিবা তম্ফানা য়েংতুনা লৈহৌই। বস থোখ্রে। অম্মুম চৎখিবনা গাড়ীদো মশক উখিদ্রে। মতুফাও তম্ফা লেপতুনা য়েংলি। ওহাক য়েংলগা লুকথতুনা ময়ুমদা হনজিনখি। মপুক্লীংদ খনখি— ঐদি মখোয় অনীনা লোয়নখ্রিবা অম্মুম্না পুন্সীগী ফংলরোইদো। মপোক ধীনা তম্লকখ্রেদা ঐগী মপোক অসে। নোংদম্বা মানদি শোয়দনা খঙলমগনি

ঐগী পুন্সী পোলোই করম থোক্লগবা হায়বদো। তক্ষা নওসে পোকপগী মহৱ য়াল্লু তমলমদ্রবোইদকো। তোল্লীদা মুপীগী মপোক ।

(১৯)

নোংদোল মাগী কাদা কমলি চৌকীদা। মমাওদা লাইবিক অমা ফাক্তুনা লৈ। অহানবদা মা লাইবিক পাৱম্বনি। পাবা তোক্তুনা ৱাখল তৌবি। মাগী ৱাখলগী পবিংদা তক্ষা য়াওৱকই। তক্ষা মাগী খুলগী নিঙোলনি। তক্ষানা পিশক পীকলিঙৈদগী হৌনা মাগী পুন্সীবু মুন্না খঙবা মুপানি। মানা চাইৱেলদা ওংলুবা, নৌনা লুথ্রা ওইত্তুনা মপামদা হল্লকপা। অত্তুদগী মাগী মশক চহী ৭/৮ খুলত্তুদা উখিদবা। মহাক্না হেড মাস্টর ওইববা মতমদা মাগী স্কুলদা ওজা অমা ওইনা লাকপা অসিনচিংবা। তক্ষানা স্কুল অত্তুদা ওজা অমা ওইনা থবক তৌৱকপা চহী ৪/৫ বোম শুজিল্লক্লে। স্কুল অমত্তদা ওজা ওইমিন্নবনিনা ৱারী ৱতাই অত্তুম থৱ শানবা তাবনি। ৱারী শানৈ; মত্তুদগী মহাক খঙবা ঙমখি চহী ৮/৯ দি তক্ষা ৱানা লেল্লকই মীগী মযুমদা ; ওজা মচা অমা ওইবা ফংনবগীদমক। হৌজিকনা লৈকাইগী মীনোক মৈশা খাঙলি। তক্ষাগী মৱাইবক, দষা অসে ওজা নোংদোল খাঙবা ৱাই। খাঙবা ঙমদে খল্লুবদা।

তক্ষা লৈশু, হৈ-বা থাবা মা য়াম পামজে। মানা স্কুল অত্তুদা ওজা ওইনা লাকপদগী স্কুল কমপাউন্দদা থারিবা লৈ-শু অঙকপনি। হৈ-ৱা অৱাথবীনচিংবস্থ থাই। ফজনা থাই ফজনা হৌই। থাঙজগুম্বদা স্কুল

ছুটি থারবা মতুংদা ছাত্র থরাই য়াওবা থিরগা থামিল্লে হৈপাল লৈপালশিংছু। মছু উবদা ওজা নোংদোল হরাওজে মপূক্লীং পেনজে। তম্ফানা হেক ওজা ওইরকপদগী ঙসি ফাওবদা স্কুল কারকপা নোংমতা লেপ্পা লৈতে। মথৌ মশক খঙবীনি। মথৌ শোয়বগী তম্বীবা ফাওবগী রা অমতা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা মাগী মথক্তা হাযবা লৈতে। থাঙ্গৈশেংনমক মাদি ফিদমনফম ওইবী ওজা মুপী অমনি। ওজা মুপী মরক্তা মাব় কল্লক্তবসু য়াওদবা নত্তে। মনুং মনুংদা কল্লকচরবসু মপানথোংদদি হবাও হবাও অতুম মতিল্লে।

মুপী মুপা পুম্না তম্বা স্কুল ওইরবসু মীনা থীনা ঙাঙনহন্দে। মানা ফজ ফজববা পাউত্তাক কয়া ছাত্র ছাত্রীশিংদা পী। মসিগুম্বগী জ্ঞান ত্তানশিন্নবা লাইরিক ওজা নোংদোলদা হেক হেক হংঙি। লাইব্রেরীদা ফংলগা লাইব্রেরীদগী লৌত্তুনা পাই। ফংদ্রগনা মানা লৈবা ঙম্লগা লৈত্তুনা পাই। নোংদোলনসু মঙোন্দা লৈবা তম্ফানা পাবদা কাম্নগদবা মখৈ পাহল্লি। হোৎনবা কনবা মুপীমচানি।

তম্ফা থোং থাকপদসু থোইদোক্ল হৈবীনি।মানা নোংমা চাক ইনশাং থোংবগী ল্লাবী শাবদা হায়খি মানা লৈরুবা ইমুংগী পাবুং চীংলেন সনাগী ল্লা। নীংশিংলকই মতাংদো— পাবুং স্নাখ্বানা, ইচা তম্ফাগী ঙা থোংবগী থুৎতা য়েংনীংঙ্গেদা। মানসু পাবুংনবু হাবিনি হায়রবদি থোংজগে। ল্লাহৈছু তাবদা মন্দাকিনী সীঙনা—লরাই নীংঙোল্ লুপ্লাবিসিগী থুৎপু স্নাখ্বানা করম হায়বিগদোরিনো? খুমথি চীংলেন সনানা "তম্ফাসু মীনিনে মী, মানা থোংবা ইনশাং ঙসিদি ঐ

শোয়দনা চানি।" চাবস্থ চাখি। ইমাসিদি চাখিদে পৈথোক্তুনা চৎখি। মমিৎ ঈরা চেন্দুনা নোংদোলগী মফমদা তমখি।

তম্ফানা নোংমস্থ লীখি মাই তালাঙোনগী ৱারী। তম্ফাগা লাঙোনগা লৈমিন্নরকপা চান্নরকপৈ ৱারী। লাঙোন্ন করম্না পিয়ন ওইবকপগে হায়বতুগী ৱারী। পুন্নমক নীংশিংবৈ পবেংদা লাকলি মথং মথং। চীংলেন সনানা চহী অমগী থোক্লকপা কুমহৈ ফিয়োং খুদিংগী তম্ফাইদমক তমদুনা লৈরকপা মন্দাকিনী সীজনা তম্ফাদা পীদবা শেৎহন ইলহনদবা মসি পুন্নমক মহাক্না খাঙতুনা তলব চাবা সরকারগী থবক মচা অমতং ফংলবদি হায়তুনা লৈরকপা। অতুদা নত্তুনা সীজনা তম্ফাদি তলব চাবা থবকপু কয়া পামদে তৌনীংদে পাবুংহোয় ইমাসিহোয়গী নেবা তৌতুনা মতম খবস্থ লৈজখিগে হায়দা, হায়না চীংলেন সনাদা হায়জিল্লমবা। ওইদবা ময়ামতু খাঙলকপদা তমফা কয়াম ৱারমগবা?

তম্ফা নোংদোলগী মফমদা চঙলকই খোঙথাং তপ্না নাশোল পীকনা পুঙমদ্রবা মীন্নুংশিগী পোৎলুমা পুরক্তুনা। খজিক খজিক চঙশিল্লকপনা মীন্নুংশি অদো হৌজিক্তি ন্নুংশি শক্তম লৌখরে। নোংদোলগী থম্মোয়ন্নুং তম্ফাই তম্ফা ঙাক ঙায়খরে। অতুবু নোংদোল কনাই মফমদা হায়দোকপা লৈতে হায়দোক্তে। তম্ফাই মফমদস্থ ফোঙদোক্তে ঈঙ্গিৎনফাও ফোংদোক্তে। মশা মতোমতা কনা খওহনবা তৌদনা ওমচাকনা খাঙজবত্তনি।

তম্ফানা খাঙবদা ৱারগদবা মীনোক অমস্থ নৌনা থোরকলি। মীনোক অতুগী মৈশাদো তম্ফা ফংবা হোৌরবনি। খুলতুগী খুনজাশিংনা

ঙাঙন শক্করিবা নোংদোল তারক্লবনি। নোংদোল তারক্লদি তক্ষাদস্মু শোয়দনা য়ৌরম্ননি। মসিনী নোংদোলনা খাঙবদা খ্বাইদগী ব্লারিবসে। করিদি ত্তৌনি মীগী মচিন মেল্লুবদি য়াবা নত্তে। মরাইবক থীরবী ন্নুপীমচা তক্ষাইদমক নোংদোল ব্লাদবা ঙমদে। মৈতৈ সমাজনা ন্নুপীদাঙাক তাইনরিসিবু করিনো ? মথন্নতা মৈতৈ সমাজদা লৈরিবা নীতি নিয়মবু নিন্দা ত্তৌরকই।

খুলনা মখোয় অনীমকপু তাম্থোরক্লবদি কমদৌবা ? তক্ষানা কদায়দা ঐনা কদায়দা ? মসি থোক্লনবা উপায়দি খুনজাশিংবু ভাব তাহনবা। মত্তৌ করম্না ভাব তাহনগনি ? মতম খরদি চঙবা তাই। হাথু হাথু ত্তৌবদি সুপয়া য়ারোই। খল্লি মণ্ডল মণ্ডল নোংদোলদো।

অমুকস্মু খল্লি হনজিন হনজিন – চহী ১৮ তা ঙাইরিঙৈদা অহল লমম্না মাবু চাইরেল খুলদা থাজখি। মশা মশা য়ানুনা চেনখিবস্মু নত্তে। অহল লমন্না থাজবনি। মরাইবক থীরদে মপুরোইবা খুদোং থীবা থৌদোক অমদা লৈখিদে। লুহোংবা মতুং থা ৬ হায়রকপদনি খুদোং থীবা থৌদোক অত্থু থোকখিবা। তক্ষ লুখ্র ওইরে লুখ্রা শীংদা চল্লে। শিবু মীনা শিনবা ঙম্বা থবকলা ? তক্ষাই পুন্সী কনবা তাই, কনফম থোকই, কনগদবনি। সমাজগী মতমগা চূনদ্রবা চৎনবী খরদি হোংদোকপা তাই। হোংনবা ঙম্বমখৈ হোৎনগনি। চৎনবীঅফবা মখৈদি তেকত কায়দনা থমগদবনি।

মত্তোমত্তনদি থবকসি পাংথোকপা ওইথোক্তে। অহুদি কনাই মত্তেং লৌবা তাই ? খুলগী মহিলা মণ্ডলগী মতেংনা মাবু মহৈ

তমহল্লকপ। মহিলা মণ্ডলগী মেম্বর মচেম মনেমশিংন্থু নীংশিংলকই। মতম অন্থুগী ভাব তারবা মেম্বরশিংদো অহল ওইরক্লন্থুনা ঙম্না থবক্তগী পোৎথাখরে হৌজিক্তি মণ্ডল অদো ঐনা খঙবা মহেল্লে হায়বা নহারোল ঙাক্তা ঙাইখরে। মখোয় ঐনা হায়জবা তাবিগদরা? উপায় পুম্নমক পুখোক্তুনা হোৎনবা তাই, তাহনবা তাই।

( ২০ )

নোংদোল মাগী স্কুলগী কাদা মতোমতা তুমিন্না ফমন্থুনা লৈ। করিনো ৱাখল অরুবা অমদি খনবা মাল্লি। মতমদো স্কুল ছুটি থাগ্রবা মী পুম্নমক ময়ুমদা হন্নগ্রবা মতমনি। ওজাশিং ছাত্রশিং অমতা লৈত্রে। মতম অন্থুদা তম্ফা ওজা হেড মাস্টরগী কারোমদা চণ্ডশিল্লকই।

তম্ফা — ওজা। ঐ অমুক্তা চংজরক্কে য়াগদ্রা?

তম্ফাগী খোঞ্জেল তাবদা নোংদোল খংপ্রেক খংবগুম তৌই। করিনা হায়ববু চহী ৫/৬ অসি নোংমতম্সু মাগী কাদা মতোমতা থক চণ্ডঙক্তে। করিগুম্বা চণ্ডকপা থোকলবস্নু ওজা ময়াম চণ্ডলকপদা য়াওরকপা নক্তনা। মাগী মপুক্লীংগী অরাঙবা অথকপা অন্থু ফাজিল্লগা লৈ। খুম্মী তম্ফাই ৱাহংগী পাউথুম—

নোংদোল— য়ানি য়ানি। চণ্ডলকউ। চৌকিন্থুদা ফম্মু।

থারিবা চৌকী অন্থুদা চণ্ডন্থুনা তম্ফা ফম্মী। মমায় হায়গৎতে লুকথৈ। নোংদোলনদি তম্ফাদা য়েংঙিভ মুন্না। কনানা ৱা

হৌদোক্কনি? তম্ফাদি কপনীংবনা ইফুন ফুনগৎলকলে। খাঙকম খঙদ্রে মমায় মমিৎ ঙাংশং ঙাঙলে। ওইবিবা ফিভম অদুগী হায়কৃববদি নোংদোলনা ব্না হৌফম থোকই।

নোংদোল— কমদৌবি? খৱা মুংঙাইরিদনা?

তম্ফা— মুংঙাইতে।

নোং— কবিগী?

তম্ফ - খঙদে।

নোং— মুংঙাইত্রদি মুংঙাইনবা সোসিয়েল সার্ভিস মখল অমা তৌর-
সিদনা। মসি ঐ যাম্না থুনা তৌগে খল্লি।

তম্ফা — হৌজিক তৌরিসিদি?

নোং - মসিগী মথক্তা।

তম্ফা — তৌবিসিগী মথক্তা কবি অমা লৈরিবগে?

নোং— লৈবি। য়াম লৈবি। খোংবাল লুকলাং, পুখ্রী খব শেংলগা, লম্বী থোল্লগা লৈশু খৱা থাবগা, শাম্নবুং শেম্লগা সোসিয়েল সার্ভিস লোইবা নত্রি। অতৈ অতৈ কয়ামস্ু লৈবি। হৌজিকী সমাজদা লৈরিবা অমোৎপা কাম্নদ্রবা চৎনবী ময়'মসে মুৎথৎকদবনি। অফ অফবা চৎনবী মখৈ থমহৌবা। হৌজিক ঐখোয়গী খুন্নাই অসিদা লৈবিবা মাঙননবগী মশক ওইরবা চৎনবী খবদি মুথৎনবা হোৎনবা ফৈ। সোসিয়েল সার্ভিস অশেংবদি মসিনী।

তম্ফা— ওজা। মতু ওইথোকপা য়াবা থবক নত্তেদা। ভাব ভারবোইদবা ময়াম অসিবু করম্না?

নোং— ওইথোকলোই হায়বা রাহয় অসিমক ডিক্সনারীদা য়াওকম থোক্তে হায়ত্নুনা নেপোলিয়াননা হায়রম্বদো নীংশিংঙু। ওইথোকপা য়ারোই ওইথোকলোই হায়বত্নু ঐখোয়না ওইহল্লগা লোইরেদনা।

তম্ফা— মত্নুগী সোসিয়েল সর্ভিস অত্নু পাঙথোকপদা ঐদি য়াওজরোই ওজা।

নোং— কবিগী য়াওরোইদৌরিবা ?

তম্ফা— ঐ ট্রানসফর চৎনীংলে। খুল অসি থুনা থাদোকনীংলে।

নোং— করিগীনোনে।

তম্ফা— মরম কোন্না খঙবিরকনি।

নোং— নঙ স্কুলসে থাদোকনীংলে। স্কুলসিদা ওজা ওইনীংদ্রে ঐখোয় খ্বাই ময়াম্বুম্নু থাদোকনীংলে সীনীনে নঙনা হায়রিসে। নঙ লেপ্লবরা ?

তম্ফা— লেপলে।

নোং—নপুক্লীং চপ য়ুংনা লেপ্লবনিনে। তম্ফা নঙ স্কুলসিবু নুংশিদ্রবরা ?

তম্ফা— ঐ স্কুলসিবু য়াম নুংশিজে। ঐগী পুন্সীদা তলব চাবা থবক মচা অমতা ফংজরবদি হায়না মঙলম্বা মঙ স্কুলসিদা মঙফাওনখি। ঐগী অহানবা অনম্ভুং অরোইবা স্কুলসিনা ওইরগদবামাল্লে ওজা। ওজাখোয় ময়াম্বু ঐনা মীরাইজবা নৎচদে।

রাহয়শিং অসি হায়রগা তম্ফা মপি তানা হীক হীক কপ্পী। নোংদোলম্নু তম্ফাগী মতৌত্নুদা রা ঙাওথোকপা পাক হেক ঙমখিদে। ঙহাক তুমিন তুমিন লৈনরবগী তুংদা নোংদোন্না হায়রকই।

নোং — য়েংঙো তম্ফা! নঙ মীনোক মৈশা খরা লাংলে হায়বা ঐ খঙলে। ঐদি মীগী মীনোক্কী মৈরিনা রাইরবনিনে। ঐগী থম্মোই মৈচাক অনীগী মৈরীনা চূববনি। নঙদি খঙলমলোই। মীগী মীনোককিদুনা চেনগদবা মীশক্তি নত্তে ঐদি। মায়োক্লগনি। লান্থেংনগনি। নীংহন্নগদবা নত্তে। চঙশিনগদবনি। নঙনাকরিগী অতুক পিদোনন্না নশাবু খনজবিবনো? নপুকচেল চাউথোকউ তম্ফা!

তম্ফা— খাঙবা ঙমলক্কবা।

নোং— ঐ খাঙলিসিদি।

তম্ফা— অদুবুদি ওজানা নুপানি ঐনা নুপীনি।

নোং— খাঙবা কনগদবনি তম্ফা। খাঙবা কনগদবনি। নঙগী রাখলদু থাদোকউ। নযুম, নখুল থাদোক্তুনা চৎলগা নঙ করিস্থু মুংঙাইবা ফংলোই অমুক্তা মুন্না খস্থখো। নঙগী ট্রান্সফর অদো কৈস্থু লৈতবা রানি। ঐনস্থু ইরায় লায়না তৌবা ঙম্মী। অদুবু হন্না অমুক্তদি খস্থৌ।

তম্ফা— চাম্মরক হন্না খল্লবনিনে ওজা।

নোং— নঙনা চৎপ্রবদি ইমানা কনাগা লৈহৌবা?

তম্ফা— ইমা ইচা চৎমিন্নগদবনি। খুল অসিদা ইমাবুস্থু থম্বা পামদে। থনমনীংদে। নোংদম্বা মানা ইমা ইচাবু ওন্থোকনা থীনা তম্বীরমই। করি করিগুম্বদা ইমা ইচা পুন্না হু চাদুনা শিমিন্নরসিরা হায়না খল্লকপস্থু য়াওরকই।

"মদু হায়হৈদে" হায়রগা নোংদোল তুমিন্না লৈখি। তম্ফা য়োনা মথক্কাই মুংঙাইতরে হায়বা খঙডি। তম্ফাস্থু কপতুনা মপি

তৈথোক তৈথোক লৈরি। ওহাক অতুম্না তুমিন লৈরবা মতুংদা নোংদোলনা হায়বকই।

নোং— নঙ অমুক্তদি মুন্না খম্থখো। ইমাগসু রাফমসে তান্নৌ। অরেপ্পা অমা খঙলগা করি তৌসিগে হায়বদো খন্নসি। করিগুম্বা নঙ চৎখিবা থোক্লবদি "নোংমদোল অতিয়াসে পুমহাঙ হাঙহৌরনি থরানমিচাক অমতসু থোকলক্লবোই। নিংথৌ তুবেলসু মমগ্রগনি।"

নোংদোলগী অরোইবগী রাহৈশিংদো তাবদা তম্ফ তু চুংডি। খাঙবা ঙমদে। "ওজা ঐ চৎলগে" হায়বম্মগা তম্ফ কাদগী থোকখি। মশক উখিদে।

(২১)

খুল অতুগী কাঙজেবুংনি। নহারোলগী শান্নফম লমপাক। ওখাক চাউই লম্পাক্তো। ভোটকি মতমদা ইলেকশন লেপ্পা কাঙবু মখৈ মিতিংগী তোয়না মুন্নবা লমপাকনি। খোঙহাইফম ফবা ময়াই থোকপা মফমনি। ঙসি মিতিং অচৌবা মী য়াম্না তিনখিবা অমা লোইখিবগী মীনা রা রা হাইদোরকপা তানজানি। অহল অনী রাবী শা শাতুনা থোরকই।

অ ১— ঐদি ইতাও নহাল মখৈ খঙদে। হেড মাস্টর ওজা নোংদোলসিদি রা ঙাঙবা ওন্থোক্না ফরম্মিনা। মচা তানা খুনজাশিংন. খঙবা ঙম্নবা মাগী ভাষনদো পী হায়রানি।

অ ২— অদুনবু মানা হেড মাস্টর ওইবদগী স্কুল অসি ফর ফব হাইগৎলকইসিনিদনা। কুমসিস্সু মেট্রিক পরীক্ষাদা স্কুলসিগী ছাত্রনা করিনো অমা ওইবকই হায়ব্রা, তাবকই হায়ব্রা ছুটি থাখিদাইনে।

অ ১— খঙবু ওস্লোকনা খঙখ্রেনে। মানা ঙাঙলিবশিংদো লৌবা য়াবা ঙাকনি। ঐদি য়ানীংঙি লৌনীংঙি।

অ ২— অদুদা ইতাও, ইপানা ইপুনা চৎলম্বা নিয়ম নীতি পাক হোংদোকপা যাবোইনে। মতম খর চঙগনি হাযবা।

অ ১— অদুদি য়াম চুমগ্রবা রানি মতম চঙগনি। অদুদা অফবা হায়বসিদি থুনা ইন্নবকদ্রা হায়না খল্লিনে ঐদি।

অ ২— ঐদি নোংদোলসি ভোৎ অমুক্তং লেপহলনীংঙিযে। এমেলে কারগা মন্ত্রী ওইনবা। এমেলে কারিবা মন্ত্রী ওইবিবসিং অসিদগীদি নোংদোলনা পীবা ভাষননা ফজবা হেল্লি মবীক চুম্বা হেল্লি হায়রানি।

অ ১— অদুদা ইতাও মানা বাজনীতি য়াওগ্রবদি স্কুলদি মাংহৌব-নিনে। মদুসু খন্দবা য়াব্রাও? হৌজিক হৌজিক্কীদা খনবা য়াদে তুংগীসু খব যেংগদবনি। অণাং লাইৎকি তমফম অফবা স্কুল লৈতেনে। নহাবোলদি তুংগী যুগীরেল ওইরদৌরিনিদো।

অ ২— মানাকা মন্ত্রী ওইবক্রবদি ফগদবা মানবা। কৈঅ লাঈরগী খর খনগদবা মীঙানি মহাক্তি। অদুদা হায় রানিদা।

তৌবগীবুদি ওজা নোংদোলনা স্কুল অসিদা ওজা ওইবিবদগী ঐখোয়গী ইচা ইশু ময়াম অমা মমিং মমায় পাওলেদনা।

অ ১ - মানা ঙসাই ভাষন পীবদা হায়খিদাই ঐখোয়গী সমাজ অসিদা অহোংবা খরা পুরক্রুবদি চাউখৎপা থীল্লনি হায়খিবদো।

অ ২ — অদো অহোংবা অহু পুরক্লবা হোৎনবদা খরদি রাগনিয়ে। মতমস্তু চঙগনি। ইপা ইপুনা চৎনরম্বা তৌরম্বা থবক হায়বসে পাক হেক হোংদোকপা য়াবোইনে লুগনি হায় রানিনে।

অ ১ - লুগনিয়ে। মতম্না ওল্লকপগী মতুং ইন্না ঐখোয়স্তু ওনবা তাইনে। মতম অমদা ফৈজোম খোংদাই শেৎপা চৎনরম্মী চৎনদ্রে। খোংগ্রাও শেৎখরে। লৈশাবীনা মশম কোয়না ককলম্মী ককখিদ্রে। মসি খুদোংচাবা য়েংলগা পুরকইবনিনে মতম্না। মানা ঙসাই হায়খিবহু অহোংবহু পুরক্লবা ময়াম খুমাঙ চাওশিন্নবা হোৎনসি হায়বনিনে।

অ ২ — অহুদা ইত্তাও।

অ ১— অহু অদা খঙদে। নোংদোলনা হায়বা ইনসি মান' চৎপা লম্বীদা চৎসি। মাগীসি ভোত লেপ্পা মীনা ত্তে বগুম কন্না চৎথরক্কদৌরিয়ে। নোংমাইজীং খুদিংগী মিতিং তৌগনি হায়খিদাই ঙসাই। হুন্দক্কী লাকলিবা নোংমাইজীং অসিস্তু তারুসিনে। পংলাপ লাপ্পস্তু নত্তে।

অ ২ — হোয়দা। রামায়ন মহাভারতকী রারী তাবস্তু রারী তাবা। সমাজ সংস্কারগী মরমদা রারী তাবস্তু রারী তাবা। অম্মানি হায়বা করি হায়গে?

অ১ — হোয়নে।

নাকল অমরোমদা খর তুং ওইরপ্না মুপী কাওবু অমস্তু মিতিং য়াওরুবদৈ হল্লকলি। মখোয়স্তু রারী শাই। মুপীঙাক্তনি য়ৌ য়ৌ অমনা ঙাওই অমনা তাদে। অমত্তুনা তং তানা ঙাঙদে। মখোয় মশেন পংলাঙতা মরাঙই। কৈ ফত্তে হায়নবদি তায়। মুপী মীয়ায়দি খরা হেল্লপ তৌরবী অমানা মখোল হৌনা হায়বা তায়—করিনো লুখ্রাবী মচা অসিনা তৌরিসিবো? লৈবাকসে মাঙবা তারেইমি। মতৌ অমা ওইরেদনা। ফখ্রবা শাগৈ জাৎস্তু ফদৌ ফরিবা। মশকস্তু লম য়ৌনা ফজরিবা। চুং ফিবালস্তু ।খ্রবা মীওই মীতৌ শাবান মুংবান কৈমতা রাৎপা নত্তেসে। মহৈস্তু হৈদৌ হৈরিবা। ঐখোয় খুল অসিদা মায়কৈ অসোমদা মাগুম্না মী য়াওদে হায়মি। মায়কৈ অসোমগী রাতা নত্তেদা মণিপুর পূম্বদস্তু মাগুম্বা পংলৈ লৈরম্মোইনে। অস্তুক ফখ্রবা মশাসিদা অৱাৎপা হায়বা অমতা য়াওদ্রবা নীপা অসে মাঙবা তারেদনা। পোৎশেম যাত্নবু তৌশিনখ্রববা করিনো। মীমাঙ থোক্লা লুখ্রাবী মচাসিগীদমক মাইক পায়তুনা লাউরকলে হায়মি লোইরে হায়বা। থামায়খ্র জাৎলনে।

লুখ্রাবী মচাসে মীস্তু পীশক হেক পীক্লদনা। মশাস্তু লুখ্রাবীনি। মহা লাইকোশিনে। মপোক ময়িকাস্তু কল্লমনি। কনহুনবু মপা, মপুরোইবা, মপুরা মানা চাথোক্তুনা ঙম্না শিখ্রিসিনি। মী পীক্লদি লাইরুরম্নু নিংথৌ মনাই চাওব্রা পিকপ্রা য়েংঙু হায়তুনি। মমাদস্তু নোংমা চৎতুনা হায়বু হায়বিরুগেনে। লমজা সরা মচাসিনা তৌরিসে

লৈবাক মাঙ তারেইমি। মুপী ঐখোয় ময়াম চঙহুনা থিংহৌদবা য়াদে। থিংগদবনি ঐনা মকোক চিংগনি মহুগী।

লৈশং— ঙাইখো ইম্মান মিথুবীনা ভাষন পীবদা য়াওরিবা মুপী অহুবু কনানো? মমিং করি কৌবগে? কদায় লৈগে?

মিথু— মমিংবুরাও? লুথ্রাবী তম্ফা। লুথ্রাবী মচা লুথ্রাবী তম্ফা।

লৈশং— ঙসাইমখৈ ঐসু ইম্মান্না ঙাঙবা তাগে হায়না তাবনি। ইম্মান্না অহুক থরায় মুংঙাইবিদ্রবদি ঙসাইনা মিতিং মফমদা মাইকতা ঙাঙবিহৌবা য়াদ্রাও? লমজাও শোরোক্তা পেরে পেনা শৌমখৈ ঙাঙবিদ্রসু। তম্ফানা ইম্মানদা অকায়বা অমতঃ তৌরদ্রগদি কবিগী অহুক শাউবিবনো? মীগী মচা মরাল লৈজদ্রবী অহুদা মবাল শীবিরিবনা করিগীনো?

মিথু— হায়মা কিজরেদা কৈনো? হৌজিক কালগী নহাবোলশিংসে নঙবু তম্ফাগী মীবাও? হঃ?

লৈশং— ইম্মান! ঐ তম্ফাই মী ওইবা ওইদবৈ রা নত্তে। মী অমবু মরম ইখঙ খঙদনা হুন্দুনা ঙাঙবসে ঐ কয়া য়াজনীংদে। মহুগুম্বা রা ঙাঙবিমু। মী অতোপ্পগী মাঙবা য়াৰা রা শন্দোকপীমু।

মিথু— হবে ঙকচরেদকো। নঙগুম্বা অঙাংনসু ঐবু অহুম হায়বিমু অহুম তৌবিমু কা হায়হুনা। নঙন ঙসাইমখৈ ঐগী তুং ইল্লমলিসিদি ঐবু রাবকপীগে হায় তৌবিবোরে। ঐগী চিন পায়হুনা মেনবা নতীক নত্তে। ঙাঙনীংলাগা ঙাঙলি ঙাঙনীংদ্রগা তোকনি কেসে কৈদৌঙ্গরনি হাষগো। মমাদবু

নোংমা চৎলগা হায়বিরুগে। হৌজিক কালগী অঙাং নহারোলশিংসে মঙক ইহাই হেক হায়গৎলদনা মতাম্মা তৌরেনে।

লৈশং— ইন্দ্রান কৈকান্নদবদা পংশাউ শাউবিরগা। রাগী রা চুম্না চুম্না ঙাওনসিদা। মী অতোপ্পগী মচা মসুবু ময়ম খঙদনা পংহূন হুম্থনা ঙাঙবা ফত্তে হায়জবতনি। ইন্দ্রানসু মচা নংীঙোল লৈরিবা নত্রাও? ইন্দ্রানগী নচানুপীদা মীনা ইন্দ্রাননা হায়রিত্নুমহাইনা হায়রক্লবদি ইন্দ্রান খুংঙাইগদ্রাও? শাউ-নীংলোইদ্রাও? মতুগী হায়জবা রানিদা।

মিথু— কৈনোনহে মসিগী অঙাংসিনা ঙসি ঐঙোন্দা তৌরিসিবো। চিনফেনবু ওন্থোকনা ফত্রেনে। থারবদি হৌবু হৌনিনে। হেনজিল্লকনুকো নঙ।

লৈশং— ওজা নোংদোলনা ঙসি ঙাঙখিবহৃবু কৱিবু অকায়বা য়াও-খিবগে? তম্ফাগী মমিং পন্দুনা ঙাঙখিবসু লৌতে।

মিথু— কায়বা কায়দবা, পনবা পন্দবা কৱি থি। লুপ্রাবীসিনা নোংদোলদা ইনশিন্দুনা খুল খুদিংগী মাবু থাগৎ থাগৎতুনা মাইকতা ঙাঙলিসিবু মানা ইনশিনবা নত্তনা কনানা ইন্নসিগদগে?

লৈশং— ওজানোংদোলবু ইন্দ্রানদৌনা মীনা ইনশিল্লগা চৎপা মীরাও? জ্ঞান তাপ্রবা লাইরিক লাইগু হৈপ্রবা মী অসিবু তম্ফানা ইনশিনবা চৎকদ্রাও? নোংদোল মীনা হুম্বদা চৎপা মীশকসু নত্তে। হুমবসু ঙমলোই।

মিথু—খঙবিশ্রেদকো ইবেম্মসিদি পণ্ডিদনিদনা। নত্তে ঐনা হায়দি মাইগৈ অসোমদা মচীন তোঙবা মী হায়বু নোংদোল মতোমতনি। মাবু লুখ্রাবী লৌহ্নুনা মাঙহন্নীংদে হায়বগী রানি। তম্কাই মমাদা নচা রারকউ হায়ন্থুনা ঙসিমক চৎতুনবু হায়রুখিগেনে। নখোয়গুম্বনা পংঙাঙ ঙাঙব। য়াত্রাও? রারকউ য়াদ্রপা মমা মচা অনীমক খুল অসিদগী তাম্নোকনবা হোৎনগে। সত্য সত্যনা খঙগনি। মমা মচাবু খুল অসিদগী তাম্নোকপা ঙমদ্রবদি ঐ মিখুবী চাউবী নত্রেদনা।

লৈশং— ওজানোংদোলগীদমক ইস্কাননা অদুক য়াম রাবিরিদুব্ করিগীনো? নচা নীংঙোল অমা লৈবন্থু থাজরগা নয়া ওইগে নীংবরাও?

মিথু— অচা-চা অঙাংসে মচোমপাক ওম্নোক্লা নাইখিদ্রেদা। মনিসি উৎ রাই নোইহ্নুনা তোল্লরনি। মশমসি খুদাংয়েৎ হাইগে। ফুগে তপতানা ঈ ওমখৈ।

হায়রগা লৈশং তম্না মিথু হোৎনিখি। মুপী ময়াম্না খাম্বা হোৎচিন্নখি ময়াম্না লাউনরকপা "ফুনরে ফুনরে। খাম্মো খাম্মো" হায়হ্নুন। লাউনবগী লাঙনবৈ খোনজেলনা পুমনিল নিল্লি লমজাও শোড়োক্তু। মীন্নাম হোৎচিন্নবকই। লমজাওদু ঙহাক্কংদা মীনা ফুক ফুক ইম্নে। মীনা পুমথল থল্লি। চৎকম লৈতে মীনা ঙহাক লখী থিংঙি। মসিনি হৌজিক সাইতোন খুঙ্গংদা ওইরিবা ফিবম।

( ২২ )

লৈশং কনানো ? করি মরমদৈ লৈশংনা তম্ফাই মায়কৈদা লেপ ইনে মিথুৱীগা খংনরুৱিবা ? ৱাফমসি পুন্নমক্লা খঙনীংঙি ।

লৈশং তম্ফাই লেঙ্গানি । মহোয় অনী পিশক পীকলিঙৈ ফান অমতদা পংনন। ক্ষম লাইৱিক তম্মিন্নরকপনি ক্লাস্ মৱীশুবফাও । মহোয় অনী ইতাস্মু শান্নৈ । য়াম্নস্মু চান্নৈ । ক্লাস মৱীশুবা ল্যোইরদুনা ক্লাস মঙাশুবা কারকান্দদি তম্ফানা লৈশংবু উথিদ্রে । মতম অতুদদি মখোয় অনীমক অঙাং ওইবি । অমনা অমগী ৱা হংনখিদে । মখোয় অনী অতুম কায়নখ্রে উনখিদ্রে।

তম্ফানা সাইতোন থুন্দ লৈব। স্কুল অমদা ওজা ওইদুনা লাক্লবা মতুংদা লৈশংনা তম্ফাই ৱারী তাখি। তম্ফানস্মু লৈশংগী ৱারী তাখি। শক্কা শক্কদি উনখিদে ।

মতম কয়া হৌখ্রবা তুং নোংমা মখোয় অনী উনখি। তম্ফানা স্কুলদৈ হল্লকপা লৈশংনা কম্যুনিতি হোলদা চৎপা মতমদা। ইখঙ খঙহৌদনা মখোয় হেক উনবদা অমগা অমগা শংত্রিক য়েংনৈ মিং কুপতা। ৱাদি ঙাঙনদে মিৎঙা পিগী ঈৱা হৌনৈ।

“নংবু ইতা লৈশং নত্রাও ?” হায়না তম্ফানা ৱা হৌদোকই ।

লৈশংনস্মু খুম্মী “মান্নি । নঙনা ইতা তম্ফা ।”

মান্নি হায়নদুনা অনী ভেজেৎ কোনশিন্নৈ । কপমিন্নৈ । ঙহাক কপনরুৱবা মতুংদা ৱারী খরা শানৈ । ক্লাস ফোর তম্বা লোইরবা মতুংদৈ মহোয় অনী নোংমতা উনখিদবনি । মীনা তমদুনা মীগী মচিনদৈ মাগী মাগী ৱারী খরা থবা তানবা নঙনা। মখোয় অনীগী পুন্নীদি

তোঙান তোঙানবা লম্বীদা চৎনববনি। তম্ফানা লৈশংগী মপুবোইবা যাত্রাগা মহোয় অনীনা চালাইরিবা ফাম'গী মবমদা ভাবা কুইরবনি। তম্ফানা হায়—

তম্ফা— ইতা। নঙদি নবাইবক ফৈদকো। নপুবোইবা অফবা মতীক চাবা ফংখিনা ঐগী লাইবকতদি মহু তমলমদ্রে।

লৈশং— কদাইদগীনোদা ইতা। মথোঙ চাবা নত্তেদা। সবকাবগী তলব চাবা খবক অমতা তৌ হাযবস্ত য়াদে। হায়বরগা ঐদি মীগী মীনাই ওইনীংদে। ইশাবু ইশানা থবক পীজবা ফাম' তৌগনি হায়দুনা তৌবিসিনি। হায়ন-ভানবা অমতা য়াদ্দেদা। ম্নায়োং চাবা থবক নত্তেনে।

মতম কুইরবৈ মতুংদা মরূপ অনী উনবদা মুংঙাইবা অচু খম থেংনখি। অরা মুংঙাই কয়া ম্নাবী শানবে। অদৈ তম্ফানা হাযবকই—

তম্ফা— নোংমা ছুটি থোকপদা নহোযগী ফাম' য়েংবা লাকে। নোংমতা চৎথোবকে খনবা কুইববনি। অচুদা তান অমা ইচা চাদদুনা। মুমিৎ অদুদা নঙ ঐগী পুন্সীগী ম্নাবী লীনসিকো।

হায়নবগা অনীমক ম্নায়কৈ তে'ঙান তোঙান চৎনখি। মতম খরা হৌগ্রবৈ তুংদা নোংমা লৈশংহোয়গী ফাম'দা তম্ফা লাকই। মুমিৎ অদো ছুটিনি। তম্ফ' চাক চা'রগা লাকপনি। অমুক্কী পুং ১১ রোম ভারে মানা লৈশংগীদা লাকপদো। তম্ফা লাকপা উবদা লৈশং হরাওনা চেম্মোরকতুনা ওকই। হায় —

লৈশং— ভান ওন্থোক্না চারেদা ঙসিদি। ওজা য়াত্রাস্থু ইম্ফাল চংখিয়ে। খেঙলাকপা য়াই হায়রম্মী। খবক য়াম্মালে করি করিনো য়াম হায়রম্মী। অদুননে ঐখোয় অনী য়ারী শাংনা শাবা য়াররনি হায়রম্মনি।

তম্ফানা ফার্ম হাম্না য়েংলুখিসি হায়। মহোয় অনীনা ফার্মগী ইংখোল কোইহিন্না, ইনশাং নাপী থারিবা হৌখিবা মথং মথং চংতুনা য়েংলি। রেনগোল ঙায়োক পুখ্রীমচিংবা য়েংবা লোইরে। ঙায়োক পুখ্রী অচৌবদুই শিড়ীদা ফম য়ারী শাসি হায়না লৈশংনা হৌদোকই। তম্ফানসু য়াত্তুনা কম্মীন্নরে। য়ারী হৌরে।

তম্ফা— নঙনা মতৌ করম্না ওজা যাত্রাদা লৈরকলিবনো?

লৈশং— ইতা য়ারীদু য়াম শাংখরেবো। লীত্তুনা লোইবা ঙম্লোইনে। রামায়ন মহাভারতগী হেন্না শাংঙে হায়বা। ইতা। ঐদি লাইবক ওন্থোক্না থীগ্রব হায়দুনি?

তম্ফা— কবিগী? কবম্না থীরিবা?

লৈশং— ইমা ইপানা থাজত্তুনা ওজা যাত্রাদা ঙংলকপা নঙেনে।

তম্ফা— ও! অদুদি—

লৈশং— নঙসু খঙইদনা ইবুং অহমগী মমুংদা কুপী ইতোমতা য়াওবনি হায়বা।

তম্ফা— হোয়মে খঙজিনে। অদুদা কৈদৌরবা?

লৈশং— তাচৌসু, তায়াইসু, তাতোম্নসু ঐবু ইবেম্মা ইগ্রেম্মা হায়না লুনা তৌইদনা। নোংমত্তা মীং শন্দুনা কৌদে হায়বা। অমুক ইমেম্মা ইনম্মা অহমদু লাকপদৈদি ইবুংশিংগী লমচৎ

পুমহোং হোংখিবনিনে কন্নিনো। ইনম্মা অহস্তনদি ঐবু খন্না লুনা তৌবী। ঐ ক্লাস ফাইভ কাবদৈ অত্থুম স্কুল কারকখিদ্রেদন ।

তম্ফা— স্কুল তম্বা তৌপ্পিত্থবু কৈগীনো হায়বা?

লৈশং— হো ইবেম্মা ঐ তমথরকখিগে তাউ হায়বা। ইনম্মশিং অত্থুনা হা, স্থপীনা লাইরিক তম্লগা কৈকান্নবনো। ফিশা লোনশাবা, চাক ঈশিং থোং-থাকপা হৈরগা লোইরে। অত্থুভ নত্তনা কবি কন্নিনো নত্ত নত্তবা ওইদবাঙাক হায়জিন ঐবু লাইরিক তমহনখিদবনি। ইনম্মশিংদো লাইরিক হৈবা স্কুল তমলকপা অমতা য়াওদেয়ে।

তম্ফা— অত্থুননি ইবেম্মা। নঙনা লাইরিক হৈরগা মহোয়দৈ হেন-খিনি। হেন্না ফখিনি হায়ত্থুনা কল্লক্তুনা তৌরিনিনে ইবেম্মা খঙঙব্রাও?

লৈশং— অচুম্বনে ইতা মহোয়না কল্লক্তুনা তৌরিনে। ঐস্থু খঙঙে।

অদৈদি কমদৌরবা হায়না তম্ফানা লৈশংদা হংঙি। লৈশংনা মথং মথং চাউরকপা লৈশাবী ফারকপা, মনম্মশিংনা ওং-নৈবা, মাই মাই স্থপাদা নত্ত নত্তবা ওইদবা কয়া হায়জিনবত্থু মথংশিংনা লীথরকই। মানা খুলত্থগী মহিলা মণ্ডলদা মীং চন্দুনা লোন খোংপা ফি শাবা, ফুরিং ভুবনচিংবা তম্বা চংলি। মহাক্না ময়ুমদৈ চংথোকপা অত্থুদা মনম্মশিংনা য়েংশিনবা হৌরকখি। মমৈথংদদি মাগী মখুং মশা হৈবা, মরু ওইনা ফুরিং তুনবা কোম্দা ফনেক মপান নাইবা লোনবদা লৈশং খুং নাপ্লি হায়ত্থুনা খ্বাইনা ভাঙনরকই। মীগী খুংনেক

য়াম্না লাকখি। শেল য়াম্না কংখি। মাগী থবক কবহ্ উবদা মণ্ডলগী মচেম মনেম ময়ামত্থুনা মণ্ডলগী সেক্রেটারি হাপ্নীখি। সেক্রেটারি ওইবত নত্তুনা কনেক লোনবগী ওজাশু ওইহল্লি। মাগী মপূকচেল শেংবত্থু উবদা কম্যুনিটি হোলগী সে। ময়াম্না মতোন্দা শিন্নখি।

লৈশংনা লাইব্রিক হৈত্তবনিনা সেক্রেটারী ওইবা ব্রানা থোকই। খুন অত্থুদা যাত্রাসিং কৌবা নহা অমা লৈ। মহাক লৈবাক্কী খুনগী চাউখৎনবা থবক তৌবা পাম্বা মীতানি। শম্না হায়রবদা মহাক সমাজ সেবক অমনি। লৈশংগী হৈজদবা মওংত্থু উত্থুনা মহাক লাক লাক্কুনা লৈশংগী রেজিস্টার শুবা, হিসাব শুবা পাংবী। লৈশংগী খুডনীংবা হৈনীংবা অত্থু উবদৈ যাত্রাসিংনা লৈশংবু কন্দেন্স কোর্স ত। অমত্থুনা পরীক্ষা থানবা শীনবী। মুমিৎ খুদিংগী মণ্ডলগী থবক লোইরবা মতুংদা যাত্রাশিংনা লৈশংবু লাইব্রিক হেক হেক তম্বী।

নোংমদি ওজা যাত্রাসিংগা লৈশংগা অক্ক অমা হোৎমিন্নে। অক্ক ফল তাদবদৈ হোৎলিডৈদা মুমিৎ অদো মমথোকপ্রে। মবুং অতোম্বনা মাবু থিরকই। মবুংনা লৈশংগী মনাক্তা লেপলগা খংলাউ লাউরকই — "অমুক থেঙলবা অসিদা নওসিদা কৈদৌরি? লৈশাবীনা মল্লফাও মণ্ডলদা লৈনব্রাও?" মবুংগী য়াক্লবা কল্লবা খোল্লাওত্থু তাবদৈ লৈশং মিপাইখিবনা মশাত্থু থক থক নীকখি। থুনা য়াঙনা মুংশা থীবা অমগা লোয়ননা লৈশং মপোৎ মচৈত্থু মুপনম নমল্লিুনা লোইশিল্লমগা মবুংগী মাঙ থ্যানা চৎ ময়ুম হল্লকই।

মুমিৎ অত্থুদা মাই তাতোম্না মমলফাও পাখং অমগা চীকথনত্থুনা করিগী লৈরমলিবনো হায়না লৈশংবু শাখিনা ফুবিখি। মত্থুদা মনম্মশিং

অছুন্না পাংশিল্লকথি - লৈশাবী তৌওহীনি। যাত্রাসিং কনানো? মশাদু বি, এ, বি সরকারগী থবক অমা ভোধা য়াই। ওজা মচা অমম্মু ওইখা য়াই হায়রবা। মহু পুন্নমক তৌগে হায়দ্রহুনা সরকারগী তলব চাবা থবক তৌমীংদে। হাঃ সমাজ সেবক্তি, খুদং চাউথংনবা তৌরিমী, সোসিয়েল সার্ভিসনি কা হায়রকুমা। য়েন থম লোই, ঙা থরা য়োক, ইংখোল থরা কোইবসিনদি মী অমা ওইবা য়ারোই হায়রবা। সমাজ সেবক্তি নামাদা লৈশাবী অচাবা লোক্কে তৌবি নত্রাও? অসিনচিংবা হায়জিন্দুনা মনম্মশিং অছুনা পাংশিল্লিখনি।

হৌথিবা মতমদা মনম্মশিং অছুন্না ওংথিবা ময়ামছু মথং মথং ওইনা লৈশং তম্ফাদা তমথনকই :—

লৈশং— তম্ফা ইনম্মশিং অছুনা ঐবু ওৎপদি করিবু হায়রকনি মহানি। তৌহে তৌহৈদবা য়াম—য়াম তৌগ্রপোংনি। ইবু ইকায়নে মঙোম্দা তমথোকদবু।

তম্ফা— করিগী ইকায়রিনো? তমথরকও তারসে। ঐগীদু মীনা ওংলকপৈ রা য়াম লৈরিপোৎনি নঙোম্দা লীগদবা।

( লৈশংনা মকোক লরাই কোক্ মরাদা মশম হাইদোক্নুনা তম্ফাবু য়েংহল্লি )

লৈশং— ভো সিদগীসি য়েংঙু।

তম্ফা— হায়মা সিদি কৈদৌবদা লৈরিবা দাকফমনো?

লৈশং— হোঃ ইবেম্মা ইনম্মা য়াইমছুমা লুল্লবা চাইতেজোং অমনা ফোন ফেংবা শেংদে, চাম্বা শেংদে মমি তায় হায়দুনা কোক্তা ওন্নিবনিনে ওন্নিবা। মঙুদা লৈচৌরিবা

দাকফমনে। সিদা লন্তেনে ইনমা অতোম্বী অহুনা রাই তৈবদা মারাং মন্নাংগি রাইতে ফজদে চন্নোই কা হারুমস্নে। অদৈ হোৎচিন্নরগা মুন্না কদিশা মুন্না চকুদা লুপগা মায়দা তয়ন্নিবা। অতুগা মুরা চফু অতুস্তু লমন্নাইদা পোপ থাদতুনা থুগায়রিবা। ইমুংতু চেগায়না পূমচাই। ইকেম্মা অওকপনি। মুপীশিংদো মহা লাইকোসি ঙাক্তনি। অতুগনে ইবুংশিং অতুনা মতু উগ্রগা মুপী মুপীগী মীচং চঙতুনা ঐবু মুবিন্নবা য়াইকো হায়তুনা ঐনা কপ্প কপ্প খুন্দোকচৈদো।

তম্ফা— মতমতুদা নহোয় ইমা পাবহোয়, নবুংশিতু অমতা লৈত-বরাও ?

লৈশং— লৈতে। লৈন্নদবু মহোয়না অতুম হায়না কদায় তৌবা ঙমনি হায়গে।

তম্ফা— ঐস্তু নঙোন্দৈ তাবা নত্তেনে। ঐনা চহী ১০ মুক ইম্ফালদা পাবুংস্নাখ্বাগীদা লৈকইদনা। পাবুংস্নাখ্বাহুদি য়াম ফৈ। ঐগী কমস্তু মানা হাপ্লিন্নকপনি। পাবুং স্নাখ্বাগী মুপী নীজ অতুদি ওস্থোক্লা কৎখিদ্রে। লক্তাগী হিংচাবীফাও মাদৌনা তৌরম্লোই। মানা ঐবু ওৎপসি কম্নিমোনে হায় কান্নদে হায়রিসিনী। থবক মচা অমতং ফংলবদি হায়তুনা উগ্রাক্লা কুন্দুনা য়াম্না রানা খাঙলকগ্রপোৎনিদ্রা। কনবু মান্নখিয়ে মী কন্তবনা ওৎপসে। অদো নঙনা তাদা মাত্রাশিংদা লৌরকপে রাদো ভস্মো। মতু ঐ য়াম তানীংঙে।'

অদৈ লৈশংনা যাত্রাশিংদ চেল্লকপৈ লৈরকপৈ বা মথং মথং তমথরকই। মবুং অতোপ্পনা শাথীনা লৈশংবু ফুবিবা হুমিং অদৈ হৌরগা চয়োল অমরোম ওইগদবা অতুম্না মহাক মণ্ডলদা লাকখিদে। চয়োল অমম্মোমগী মতুংদা মহাক লাকখি। হুমিংতো নিংথৌকাবা হুমিংনি। মহাক লৈবগা যাত্রাসিংসু থুংলখি। যাত্রাসিংনা লৈশং মণ্ডলদা লাক্তবে মরম হংই। লৈশংনা থোকখিবা থৌদোক্তুগী মরম পুম্নমক শুগাইনা অমতা চিথদনা তম্মী। তম্বা লোইরবদা লৈশংনা হায়—

লৈশং— ওজ. ঐ য়ুমদা হন্নীংদ্রে ( হায়রগা লৈশং হীক হীক কপ্পী )

যাত্রা— করিগী

লৈশং— থোরী য়ান্দুনরা ঈশিংদা চোংথহুনরা ঐ শিগ্রগে খল্লে।

যাত্রা— শিদোরিসে য়ুমদা লৈবা হুংঙাইতবগীনিনে ?

লৈশং— অং ( হায়রগা ইক ইক তৌহুনা মখোল থোক্লা কপ্লে।)

যাত্রাশিংনা য়াম্না শম্না হায়রকই—

যাত্রা— নয়ুমদা লৈনীংদ্রগা ঐগীদা লৈরসিদনা ?

লৈশং— মহুবু ওইবা য়াবা রাকমলাও ? অসিবু রানি হায়হুনা।

যাত্রা— করিগী ওইবা য়াদনি। কোক হেক চেনগ্রগা লোইরে।

লৈশং— কদোঙৈ ?

যাত্রা— ঙসিমক।

লৈশং— ঙসিদি নিংথৌকাবনি। ঐগী ইপোক হুমিং। তৌহৈদে।

যাত্রা— নপোক হুমিং। ফগ্রবা হুমিংনি নপোক হুমিংতা অনৌবা মপোক অমা অমুক ফংগদৌরিনি। লাকও চৎলসি হায়হুনা

খুদাং তাপ হেক্তা পায়। ঐস্মু য়ুমদা লৈরা মুংঙাইমক্তবদগী লাইবক চাং অমা য়েংলুরগে হায়দুনা অতুম য়াদুনা চংলে। থম্মনবা মতম ফংখিদে।

ভুমিং অতুদৈ হৌরদুনা ওনি ফাওবা লৈশং অমস্তুং যাত্রাসিং অনী মুংশি চান্নবা লৈম্মিরি। লৈশংগী মুংঙাইতবা হায়ববু মমা 'মপানা ওসি ফাওবা লৌখৎপিদবা শাগৈগী লাই ভীল থাবিদবা অতুত্তনি।

তম্ফানা লৈশংগী ন্নারী ময়ামতু মুন্না তারগা হায় মুংঙাইতবা তৌকস্তু অহল লমন্না শাউজবা হায়বা অতুদি হৌনশানি। মরাইনা ফজখিনি হায়না থেমজিল্লি। তম্ফানা লৈশংগী পুন্সিবু কল্লক্তবা ঙমখিদে। যাত্রাসিংদা লৈশংনা ওংলবা মতুংদা যাত্রাশিংগী লমজীং মখাদা লৈশং মেট্রিক পরীক্ষা থাখি। কয়াদা পূকচেল চাউগ্রবা মপুরোইবনো। লৈশং মরাইবক ফগ্রবা মুপীনি থল্লি।

লৈশং তম্ফাই ন্নারী অয়াম্বদি তারবনি। তাখিদ্রিবা মখৈ তম্ফানা লৈশংদা লী। মাই খোয়দাজবী মতা লৈশংদদি লৌথুপ লৌকোই অমতা লৈত্তনা অমদি চিংনদনা ওজা নোংদোলগী ন্নাফমস্তু ঙন্না লীথোকই। নোংদোলগা তম্ফাগা লৈনরিবা মরী চিৎথবা লৈত্তনা লীখি।

অস্তুন্না মরূপ অনী মরক মরক্তা উনৈ। অরা মুংঙাইগী ন্নারী কন্না শানৈ। নোংমা ইকোন কোন্না মহোয় অনী উনবদা তম্ফানা হায়খি। খুল অতু থাদোক্লগা চৎনীংলে হায়না। মীগী মীয়োক

মৈশা শাগুখনা রাহে থাওবা শুমত্রে অহুম্না। তম্ফাশী রাহয়হু তাবদা লৈমায়না—

লৈশং— ইতা অহুম্না হায়গন্নু। নোংদম্বা লৈরি। মীবু রাদনাওাক লৈগদরা? নওশীন্নু মতম লাকখিনি। নও কনাই মকমদা লান্দে। অচুম্বনা তুংদা লাকচরকপা হায়বাসিমদি শোয়-ত্রবনি। মতম অহু লাকফাওরতদি নও ঙাইখো। নও খুলসি থাদোক্তনা চংকে থনগন্নু। নও চংখিন্নুকো।

( ২৩ )

কা অদো নাল্লি মচু তাই রাই চাইদে। কা অহুদা লৈরিবা পোং হায়বু ফমুং-কাংথোল অমা, উপু আলমারি অমা, ফিয়ান অমা মতুদা য়াল্লিবা ফিনা খোঙগ্রাও ১/২ গা ফুবিং ৩/৪ গা খুদৈ মতু পোনবী অমগা। উগী নাল্লবা টেবল অমা মথক্তা লাইরিক ৪,৫ লৈ। রাগী উতোং অমা খিল্লিবহুদা কলম পেনসিল খরা য়াওরি। কাহু য়াম চীকই। মপান্দা কৌজেং হারৌনা খর খোংবা তাবা নত্তনা। কা অহুদা নিল্লিবা হায়বু ফকলাংদা য়াল্লিবা ঘরী অহুত্তনি। পুংজা য়ৈবা ঘরীনি।

কা অসিদমি নোংদোলমা লৈরিবা। মুমিদাংনি তুমিন্না হিপতুনা রাখল তৌরি। তম্বীবদা হৈতবা, তাকপদা ভাব তাদবা মরাম্না পীক থল্লবা মৈতৈ লৈবাক অসিবু করয়া চুমথোক্তদগে থল্লি। মাগী শক্তি মহুংদা লৈবা মখৈ পাওথোক্তনা য়েংলে। হোৎনরা য়াবা মখৈহু হোৎনরে। মীয়ামগী খুনজাশিংগী রাজল থরগী মখৈদি হোংলকপা

উই। "অদুগী খুনজা-থাম্নগী চংনবীমা লায়চূত্রবা-মুপী অহল লমনদি অঁছোংবা অমা পুরকপদা 'খয়া লুমা থোক্কদৌরি। রাকায় রারেম শুত্নুনা লৈবা কাওবুম্না রাওদবা মস্তে। মখোয়বু কবম তৌরগা ভাব তাইনবা ঊমংদগী মসিনী নোংদোলনা খল্লিবা।

মুপাদি মহৌশানা রাকায় রারেম কয়া তাগদে। তাস্ম থক তাদে। অদুবু মহাকফাও রৌরক্লসিনদি তম্ফাস্মু শোয়দমক্কী তারম্মনি। সিনী নোংদোলগী রাখল। তম্ফাগী মরমদা হনজিল হনজিল খল্লি খনগ্রবা রাফমস্মু। চহী ১৮ তা ভাইরিভৈ মহাক লুপ্রা ওইথি। অদুদে মরম্নাই হোংমজদুনা মেট্রিক পরীক্ষা থারে। ঊমলে। শোল পীজদুনা ফমদি লৈবা ঊমদে। নংবমা মরমনি। মীগী মযুমদা মীনাই ওই, থবক নোমজনা শাইদাং চহী ৮/৯ লেপ্পুরে। শুংশিবিদুনা অফিসার অদুনা থবক মচা অমা হাপ্পীরক্লে তম্ফা-মাগী স্কুলদা ওজা ওইদুনা লাকলে। ফিদম্নফম ওইবা স্কুল অমা' ওইরে মাগী মতেংনা। অফবা শাম্নবোই পুথোকপা ঊমলে। য়িসিতেসন্দা, দিবেতিং কমপিতিসন্দা মকোক মথং তারকলে। মসি পুন্নমক্তা মাগী মতেং। স্কুলগী অখোয়বদা লৈগু নীংথিম। যাদুনা স্কুল ফজহল্লিবা অসিনচিংবা অসিদা মাম্না য়াবিবা থৌদাং মীয়াম পুন্নমক থগুলিধল্লি উৎরিবনি। অদুগা ময়াম্না অস্তুক তাথী তারোইনা স্তৌবিসিনা কবিনী? মাহং কয়ানি মানা মস্তোগতা হংজরিবা।

নোংদোল তুম্বা য়াদে।। 'মমায়দু অম্নাং অমুক ওল্লি মখা অমুক ওল্লি লোংনা অমুক হিপ-তৌদুনা রাখল তৌরি। ইমুদাং অদুমা মা চাক চাক্লে চরা হেল্লেং অমী ফল্লাংদা থেংলিবা যবীদা পুংজা

য়ৈবীনি। মরক মরক্তা পুংজা য়ৈরতুনা পুংশিঙ খঙহল্লি। চংনবী। সমাজদা লৈরিবা চংনবী। ইপানা ইপুনা চংলম্বা হোংবা য়াদবা চংনবী। ময়াম অসিনা ঐখোয়গী ইরৈবাকী চাউখৎ থৌরমদা য়ৈখায়বা কয়ামা পীরিবা। খর হেল্লা থাজরিবা ওস্তোকপদা লুনা থোকলিবদি মুপীনি। মুপী মরক্তসু খুঙংদা লৈরিবী মুপীশিংসিনা খরা খিৎ মহেল্লি। মখোয়না হায়রি—চংনবীনি। থায়না ইপা ইপুগী হাক্তক্তগী চংনতুনা লাক্লবনি। হৌজিকসু চংনরি—লুহোঙদনা লৌবা মুপী, লুহোংলবসু অহানবা পোকপা মচানা মুপা নত্রবদি যাত্রাপুবা য়াদে। পুনদে। লুহোং খোংদোংতুনা লৌবা মুপী, অহানবা পোকপা মচানা মুপা ওইরবদি যাত্রা পুবা য়াবে। মসিনা কনানা শেমলমলিবা চংনবী? মচা মুপী পোক্লগনা কাংখথাং ওইতুনা লৈবা। লুখ্রাবীনা য়ুমগী মৌ ওইতুনা লাক্লবদি মাবু হৈ লৈ লাইদা কৎহন্দে, হৈরক শেমহন্দে লাইনা লৌবিদে হায়। লাই করম্বনা হায়রিবা? উহৌবা তাহৌবা কনামতসু য়াওদে। মসিগুম্বা চংনবী অসিবু যৌনা থাজরিবনা মুপীশিংনা খরখিৎ মহেল্লি।

মখোয় কনা চংতুনা তম্মাগী মমাদা "নচা রারকউ। মুপা তান চাবা অমা য়েংলগা কম্মা থোক হেক কৎথোকখো। মতুম তৌরবদি নঙ খর রাই শংজরনি। করিনোনে নঙগী নচামুপী লুখ্রাবী-সিনা মহে মশিংদসু য়ৌনা হৈপ্রবা শাগৈ জাংসু কদৌ করিবা, অশকসু কজপ্রবা মাগী মশাদা অরাৎপা অমতা লৈতেসে। মুপা অসে মাঙবা তারেইমি। মানা হেক হেক কাইহৌবিদনা, ইনশিনবিতুনা মাইক পায়তুনা মপাল থোক্লা লাউমে হায়বা। তৌসু শুমদ্রে নঙ

মচা মুপীসে। হায়দে হায়নি হায়বিরিসিনী। সিদগী হেনজিন্নক-লবদিনে নম্মা মচা খুলসিদগী তাম্নোকনি হায়বনি খুনগী অহল লমন্না” অম্মুমা করিগী হায়রুরিবা ?

“মসি তাবদা তঙ্কাগী থম্মোই শোক্লমগদবদো ঐ খাঙবা ঙমদে। মাদি মুপীগা ওইরে মপাল ইপাল পংথোক থোকপা মীতাম্মু নত্তে কয়া ৱানা খাঙলমগবা? মা ঐ করিম্মু মরী লৈনদে। ঐনা মঙোন্দা মুংশি হায়না নোংমত্তম্মু হায়খিদে। মানম্মু ঐবু মুংশি হায়রক্তে। ঐ মাবু মুংশি। মুংশিবা মমুংশিদি মীমুংশিদগী পোক্লকপা মুংশিবনি। মরক মরক্তম তানজা ফংবদা মাগী পুন্সীদা থোকখিবা থৌদোক কুয়া ৱারী ওইনা লীখিবনি। ৱারীশিংছু ঐনা থরাই তানা তাখি। মপোক থীনা পোক্লকলবা তঙ্কাগী মপোকপু ঐনা কন্নীংঙি সমাজ অসিদা লৈরিবা চৎনবী নীতি নিয়ম ময়াম্না মাগী পুন্সীবু ওৎপিরি নৈবিরী। তঙ্কানা খাঙবা কনবী লৈপাকলৈগুম খাঙলি।”

তঙ্কা লাইরিক য়াম্না হৈজত্রবগু লাইগু য়াম্না থঙবীনি। মানা ঔথোরকপা খুদিং তমজন্নীংঙাইনি। স্কুল অসি ম্মা লাকপদে খুৎলম অমা চানক্লনা মাগী ঙেংবাংগা লোয়ননা হোৎক্লনা কয়াম চাউ-থৎলবা? মসি খঙবা কনামত্তা য়াগদে লৈত্তে অমা অনী নত্তনা।

মুপীবু হুম্বনা খনবা, তাথী তাওইনা তৌবিরিবা, তোম্না লৈহল্লিবা পুম্নমক মুপীশিংনা য়াজে। মখোয়না থল্লি—মুপীদি মপোক ৭ লক্তী পাপনা হৈজিন্দুনা শারকলবনি হায়বা অসিগুম্বা ৱাখল-লোন কয়ানা মশানা মশাবু তোম্বনা থম্বা য়াজরিবনি। সমাজ অসিদা

মুপী মোমুনা খন্নী তোমবা নৈ হায়বগী খুদমদি—অমুবী মংদাংগী থবক্তা মোংসি, ইংসব মেনা চাকচা নৈজানবক মুপীশিংনা হায়রে— মুপী মখৈনা শুমাংদা মখাদা ফম্নসি, মুপামখৈনা মথক্তী সগোইদ্রা ফম্মসনু। বকৌয়াগা, ক্ষেরগদি মুপাবু থুংলবদি, য়ারেদা মুপী মখৈদি থুংদ্রবস্নু। রাইয়শিং অসে মুপানা হায়বা নত্তে। মুপীনা হায়রিবনি। মুপীত্না মুপীবু অরৈবা অরোইবা য়ুমগী শাগুম খনজে।

অতুদগী হেন্দোক্লহনা হায়নৈ—মুপাদি তরাগী মপুনি। মুপাদি ৫/১০ রক লুহোংলবস্নু অকায়বা করিস্নু নৈতে। সমাজনা য়াই। মুপীদি অমুক্তগী হেন্না লুহোংবা য়াহনদে। সমাজনা য়াহন্দে। মুপীশিংনা য়াহন্দে। অমুকপু হোওলুরবদি তূমন তারে। তূমম্মি হায়ত্না সমাজনা পাউথোকপী। মুপাদি পাগ্রা ওইরবস্নু লুহোংবা য়াহল্লি সমাজনা চৎনবীনা। পাউথোক্লদে কনানস্নু।

সমাজগী চৎনবী ময়াম্না তম্ফাবু লাজোই চনগ্রে। ঐবুদি খুনজাশিংনা করিস্নু হায়বিদে ইরাল অমতা শীবিদে। অতুগা পুম্নমক্না মঙোন্দা দাইহী নৈথবিক্রা। সমাজগী অসিগুম্বা চৎনবীনা মরাল নৈজত্রবী মুপীজাশিংবু রাহনবা ময়ামসে খল্লুবদা ঐহাক পাম্ভ্রা ময়রকই। খাওবা ওমশিলক্তরে। করিগুম্বা মতামদস্নু খঙকপা য়াউরকই—ঐবু তম্ফাগীদা চৎক্নগা মাবু হেক্তা কৌথোকলুরসিক্রা? হায়বগী হায়নব্রা ঐনা মাবু লোক্লদা করিদি কায়? অতুদা ঐনা নোংমতস্নু মাবু মুংশি হায়খিদে। মানস্নু ঐবু মুংশি হায়রক্তে। ঐনা হায়রদা মানা য়ারক্তরবদি?

মওল মওল খল্লি নোংদ্রোলদ্রো। পোৎখাফম নৈতে পম্লেপফম

খঙ্গুদে। লোংদোগ্র হৌজিক করি তৌগনি? করিনো নঙনা তোগদোরিবা ?

মুপানা মরাল্ল কয়া লঙজরবসু খাইসু কাউথোকই। মুপীনসু লাঁয়ন্না কাউথোকপা ঙম্মী। লানজদবী মুপীনা মপুরোইবা অরানবা চৎলিবা মুপাদুদা খুরুম্মী লাল্লে ঙাকপীয়ু হায়তুনা। মসি হৌজিকী সমাজদা চৎনবী ওইতুনা লৈরি। অসিগুম্বা তুকচনীংঙাই ওইবা সমাজগী চৎনবী ময়াম অসিগী মায়োক্তনি ঐনা লেপলিবা অমসুং লেপকদোরিবা। মসিগী মরমদা তক্ষাদা কনানা খঙহনগনি? কনাদা হায়রগা মহাক য়ৌগনি?

সমাজদা মাঙ তাক্লবৈ মশক ওইররা চৎনবী মখৈ মুথৎনবা অফবা মখৈনা থাকুনা থম্বা। ফরে মসিনা ঐগী খৌদাং ওইবগে পুন্সীগী।

( ২৪ )

য়ুমদোল্লপোক ওইনা লৈবা তক্ষাগী য়ুমনি। য়ুম অদো মখা শঙ্গোয়নি। কা অহুম লৈ। মনীংথংবা কানা চাকথুমনি। ময়ায় থংবা ক্যনা মমাগীনি। মমাঙ থংব কাচুনা তক্ষাগী কানি। মতমদো অহীং অথেঙবনি। মীচিক মীরাওখোন তাদবা মতম। মী পোং তুম্না হিপ্পখিরা মতম। অহীংদো থাবল কবা অহীংনি। তক্ষা কমুংদা হিপ্পতুনা রাখল তৌরমবদে হৌগৎতুনা মাগী কাদা অমথক্তং ফাৎপা থোংনাও অতু তপ্পা ন্যাশোল পীক্লা হাংদোক্লগা থাবলগী কজবা মহোশাগী কজবা য়েংলি মিং কুপতনা। রাখল তৌরি মাগী তুংগী ফিরেপ অমগী। ফিরেপ অদো করম্না করি উপায় তৌতুনা লৌগনি। করিগুম্বা লৌহৌদবা থোক্লগদি মাগী পুন্সী লৈখা

তানা মাঙগদৌরিবনি। মাগী পুন্সী, ভাব তারয়োইদবা, তাক্লুনমু খঙলয়োইদৌবা খুনজা মুপাশিংগী কল্লক মীহৌগী মৈরিলক্তা তাদুনা তম্ফাগী মমল য়াম্লবা মপুন্সী চাকথেকহন্দুনা তাদোই ওইহন্নীংদে। নীংবা থুংদ্রগা, মীনা লাকচখিরগা, মুংশিনবা থুংনদ্রগা, অত্মাঘাত তৌবা-হু চাদুনা শিবা, থৌরি য়ান্দুনশিবা তম্ফাগী ফিদম নত্তে। মদু পাঙদবগী খুদমনি। তম্ফা মদু য়ানীংদে অদুগা ফিরেপ অমা লৌবা তাবনি।

তম্ফা করম্বা করি ফিরেপ লৌগদৌরি? ফমুংদা তুমদুনা লৈজরিবী মমা হৌদোকলুই—"ইমা। ইমা! তুমলিবরা ইমা!"

কুন্দালৈ— করিনোনে? কৈদৌরগে?

তম্ফা— কৈস্মু তৌদে।

কুন্দালৈ— কৈস্মু তৌদ্রগা ঐবু করিগী হৌদোকলিবা? মীনা খোঙ-কা নমলক লাকলকপা য়াওব্রা হায়রমি।

তম্ফা— য়াওদে। ঙা অমতা ভানসি হায়দুনা।

কুন্দালৈ— অহীং অথেঙবা অসিদা নত্রবদি অযুক মুংথিলদাকা তান্নবদি য়াদ্রা?

তম্ফা— ইমা! খুল অসিগী ইচেম ইনেম্শিংনা অথী অথীবা ঙা ঙাওদুনা ইমা ইচাবু কনা লৈজদে হায়বা মতাঙম ওৎ নৈরি-বসি অস্মুম তাদুনা খাঙদুনা লৈথিসি হায়রিব্রাও? নহাল নোংমা ইমা ইচা মুদাং ১ নহারোল লৈকায়গী পাখংনা ইমাগী পোৎ হৈদোকপীবা হৈদোকপদা চেঙ খজিক্কং ইমানা ঙাল্লকপা হৈদোক্লুনা চরা হেনবদো নীংশিংঙ্ ইমা।

কুন্দালৈ— করি উপায়দি ভৌনি ?

তম্ফা – উপায় লৈ। ইমানা য়ারগা লোইয়ে।

কুন্দালৈ— করি উপায়নোনে ?

তম্ফা— উপায় হায়বু ঐ হায়গে ইমা। মুল্লা তাউকো। ঐ হয়েংমক চৎতুনা মামহনসু তানরুনি। মামহনগী অয়াবা অমসু লৌদবা য়াদে।

কুন্দালৈ— থবক অমা তৌবা তারবদি নঙ মামহন তানগদবনি। নঙ মামহনগা নঙগা নহোয় অনীনা কৈ.হায়বদো ইমাসু য়াদবা তৌরোই। ঐখোয়গীদি নঙ মামহন নত্তনা কনাদি লৈরিগেদো। মা মঙায়রে ঐখোয়গীদমক থনবিরিসি।

তম্ফা— ঐ হুমিৎ ৪/৫ নি ছুটি লৌরগা থবক অসি পাঙথোক্কবা য়াদ্রি। ঐখোয় পাজিদো খুল অসিদা লৈখিদে। ঐগী খোয়রী নাওফম তাখিবা লমনি ঐগী পোক্লফম লমদমনি হায়রতুনা খুল অসিবু ঐ থাদোকনীংদবনি। অতুবু হুংশিরসু হুংশিনা মতম থরদি থাদোকলম্বা তারে।

কুন্দালৈ— নঙনা হায়রিসিবু করিনোনে তম্ফা।

তম্ফা – ইমা ! ঐখোয় খুল অসি মতম থরগী ওইনা থাদোক্কবা ইয়ামক য়াদ্রবনি। নত্রবদি ইমা ইচা খুদোং কয়া চারোইদৌরি। লৈরুগদবা মফম, ইমানা তৌগদবা থবক লোইনা ঐনা য়াৎথোক্কুনা লোইরবনি। অহানবদা মামহন উনরগা পাঙথোকদৌরিবা থবক অতুই মরমদা নৈনরুখিনি। য়াম্না মুল্লা নৈনরুখিগদবনি। মামহন্না য়ারবদি পাবুং চীংলেন সনা

উনরক্নগনি। ঐবু ইন্ফালদা লৈবা স্কুল অমদা ট্রান্সফর তৌবিয়ু হায়রদুনা মখোঙ পায়না থুকমদুনা হায়রজগনি। পাবুং ম্নাখ্বানা ঐবুদি মচাগুম নুংশিনা খনবিবনি। শোয়দনা ম্নীরকনি।

কুন্দালৈ— ঙুপীমচা নত্তে হায়রিসিনু ওইবা য়াগলক্ষে।

তম্ফা— য়ানি ইমা। য়ানি। ইমা নঙ নচা ঙুপা পোক্কে। পোক্লসু শিগ্রবদি শোক্তবগা চপ খাম্নে। অতুগী মথক্তা লুপ্রাবীনি। নচাঙুপী ঐ অমা লৈরিসিন্থু লাইবক থীবদে নৌনা লুপ্রা ওইদুনা হল্লক্লে। লুপ্রাবী মমা মচানি হায়দুনা নীনা উশিং-ত্রিনৈ ভুইংপাম্লিসে মশিংখ্রী লমন নচাঙুপী লুখাকলা ওইরবী ঐনা মৈতৈ সমাজদা লমন খুমদৌরিনি। ঐসু ঙুপীগ্রে ঙুপী। মমা মীংবী অহল লমন লাইগুক মীশক খঙবী, মরৈবাক সিংবী মজাতিবু ঙুংশিজবী অমনি হায়দু উৎলম-দৌরিবনি খ্বাই খিবিকী মফমদা। ইমাগী ম্নাখং ফংলবদি হয়েংদগী থবক হৌজরগে।

কুন্দালৈ— নঙনা হায়রিরা ম্নাকমল্লে ওইগনি হায়রবা ইমা কন্নী থাজদে। অরুবু নঙনা মায়াদ্রবদি যেংঙো ইমা য়ারুর। নঙনা সুম ফগনি হায়রা তৌরা থরক্তা ইমা কল্লিমতা হায়বোই কল্লিমতা য়েৎলোই।

। মমা মচা খারী শানদুনা য়ানরবা মভুং নোংতানবদা অয়ুক ওম্না হৌগৎতুনা চাক ঈশিং চাবা থবকপা লোইবরে। ইফাজগীদমক তম্ফা

খোঙশানখ্রে। মাগী মুমিৎ ৫ মিনুতটি নিবগী চে অমত্তু লৈকাই অমত্তুদা লৈকা-ছাত্র অমদা খর্না পীবিয়ু হায় শিনরম্মী।

তম্ফা ইহান হানবদা মাই মামহন ওজা তোম্বুগীদা চঙভি। ওজা তোম্বু মাই মমৌ মুপী তম্ফানা কলেজ অথখিগে হায়বত্তু তাবদা মা হৱাওই; মুংঙাই। মমাম্নবা মরক্তা মহৈ মশিংদা মামা খর হুম্ববা অমত্তুদা মুংঙাইজদত্তুনা তৌরিবনি। মপুকনীংদা খাক্ত তমজসম্নু হায়না। মানা মহৌশাগুম্বা ওইরবদি ইমৌগী মতেং খরতা ওইরস্নু পাঙগদবনি। অমত্তু ঙমদ্রে হায়না মথরাই কয় মুংঙাইতে খল্লুবদা। মহাক মশামক ওজা ওইরম্বনিনা অঙাংশিংনা লাইরিক মখা অথিগে হায়বা তাবদা তোম্বু হৱাওজে মুংঙাইজে। তম্ফাদা মাগী অয়াবা পীরকই।

তম্ফা মাই মামহনদা খুরুমজত্তুনা বর নিজে—"মামহন, মামহনগী থৌজানগা লোয়ননা মঙ্গল ওইজগেকো।"

তোম্বুনা "ইবেম্মা মঙ্গল ওইম্মু। লাইগুরুগী লেখা তৌরকউকো। নঙনা নীংজবা পুম্নমক শুংজৌকো। নঙদি নরাইখক খরা থীরে ঙসিদাও অরাবত্তা নশরুক ওইত্তুনা লাক্লিনে।" হায়রগা তম্ফাগী মকোক্তা নানবী। মশি তৈথোকই। তম্ফাম্নু হীক হীক কপ্পী।

"মামহন ঐ চৎলুখিগে" হায়রগা তম্ফা থোকখি। মাই মামহননা য়েংহৌই তম্ফানা থোকখিবত্তু। ফমফম ফক্তা ফমত্তুনা য়েংনা য়েংনা শোলহৌই—"ঐগী ইমৌ মুপীসে ওম্মোকনা মরাইখক থীগ্রেদকো"।

( ৪৬ )

চৎখিবা মতুং মুমিৎ ৫ নি কোনবদা তম্ফা হল্লকই। মহাকনা হংজি—

কুন্দালৈ— অস্নুক কুইবসে নঙবু কনাইদা লৈরুবগেনে ?

তম্ফা— অতুবুরাও মামহনখোয়দা।

কুন্দালৈ— নঙ মামহনদো মশা খর কলহৌরিবরা ?

তম্ফা— শোল্লে। কা হেন্না শোনবদি নত্তে। ইমা মামহনহোয় ইমুংদো হান্নদে য়াম হাইথবমাল্লেবো। রানা লৈনে।

কুন্দালৈ— খঙল্লেদা।

তম্ফা— ইমা পাউ মরাম অন্নগে লাকও ইমুংদা। হন্দক্তি যাত্রা ফমাল্লে। ভৌগে নীংবা থবক মথৈ শৎ শৎ পাঙথোকপা ওমলকই। মঙ্গলসু লোইনা ওইরকই। ঐগী অন্নাবা শরুক লোইহনা মুংঙাইবা লাক্লদমাল্লে ইমা।

কুন্দালৈ— নঙ চঙল্লো। ঐদি য়ুমসি শঙবিনবা লৈতবনিনা নঙ লৈত্রিভৈদা কৈমতা চংথোকত্রে। য়ুম শো লোল্লমগা চৎপদি য়াই হায়বু চংথোকখ্রিভৈদা ইংখোলগী ইনশাং নাপি অসে শল চঙহনা লোইরমদৌরিবা। ইনশাংসিদা পুখ্রিদা চামথোরকখিগে অতুগা লাকঅগে।

ইমুংদা তম্ফাগী ফমাঙদা মমা মচা কন্মিন্নহনা তম্ফানা মমাদা মানা ইম্ফালদা ভৌরুবা থবক পুন্নমক্তু অমতা চিংথদনা তমলি।

তম্ফা— ইমা ঐথোয় অনী মতম খরা য়ুমসি থাদোক্তুনা চৎপা তারে।

কুন্দালৈ – কৰিনোনে মুপীমচা নঙনা হায়রিসিবো ? অওইবরনে ?

তম্বা— কৰিনোনে নত্তে, অওইবনে অওইবা। ঐখোয় গোয়দমক্তী চৎলগদবনি।

রা পুন্নমক লোইনহনা ঐ হল্লকলসিনি। মামহননসু করে হায়হনা য়াহৌরবনি। মামহনগী অয়াবগা লোয়ননা তৌরকপা ঙাক্তনি। খুল অসিদা ইমা ইচা অপুন্না হিংবসে ঐ কয়া মুংঙাইতে। খুল অসিগী প্রজাশিংদা লমন অমুক্তং খুমগে হায়বসে নচাই মতম কুইনা লাইনীং ওইহনা লাক্ল-বনি। অহনা ইমা ইচা মতম খর খুল অসি থাদোক্লনা চৎপা তাই।

কুন্দালৈ— কদায়দা চৎকদৌরিবনোনে ?

তম্বা— আ ইম্ফালদা। চৎনবীনি হায়হনবু মীবু অয়োকপা শা ঙাদোনা খনবা। ঐবু উরগা থৈদোক্লনা চৎপ, ভিন শিংপা। মসি পুন্নমকসে ইনে মিথুবীনা খর খিৎ হেল্লিসে ময়ামদে। মাগী মচা মুপী ইরোই থরোবী মানবী অমা লৈবদাই মহ্ ওজা নোংদোলদা থাজনীংবদৈ খোকলিবা ঙাকনি। শন্দোকপসু মানা শন্দোকপা ঙাকনি। ওজা নোংদোলগা ঐগা মরী করিমতা লৈনদে। স্কুল অমদা ওজা ওইমিন্নবতনি। শিনফম ভিন্নবনিনা পুন্না স্কুল অমতদা ওজা ওইমিন্নবনিনা খরা অহক তাথোক তাশিন তৌমিন্নবা, ঙহাক চা থকমিন্নবদি মশানা তাবনি। অহগবু ময়ান্না ওইদবা পংহায়তা হায়জিল্লি।

কুন্দালৈ— হায়জসন্নুদা। ওইদববু কয়া কুইনা ঙাঙনগনি হায়গে। মরাইনা তোকচখিনিদা।

তম্ফা— তোকলোই ইমা। তোকলোই। ঐসে মহৈ মশিং হৈবী মতীক চপ্পী অমা ওইরম্লন্তুনা ইনে শিংবীগী মমাক্তা ওজা নোংদোলদা নমতুনা লৈগে কন্না থল্লি। সংত্য সত্যন শাক্তি ওইসমু মতু ঙমত্রগদি ঐ তম্ফা নত্রেদনা।

কুল্কালৈ— কবিনোনে সুপীমচা নঙনা লোয়ল্লিরা চোইরোল হৃবো ?

তম্ফা— চোইরোল নত্তে ইমা অওইবনি অওইবা। মতুগীদমক্তা ঐ ইম্ফাল চংলুরিবনি। তাও ইমা মামহন্না য়াম্না ঐ পাবুং স্নাখ্বাগী অফিসতা চংল্লি। মমুমদদি ইমাসি ঊননীংদতুনা চংতে। পাবুং স্নাখ্বাদা ঐনা খুবমতুনা হঙ্গংচৈ পাবুং ঐবু ইম্ফালদা লৈবা স্কুল অমদা ট্রান্সফব খর তৌবিয়ু। ঐ লাইরিক মথা তমথর্জখিগে। মতু পুম্নমক ইম্ফালদা লৈরদি খুদোং চাগনি হায়জবদা পাবুংনা য়াৎখিতুনা তৌবিরক্লে। হুকুম চেতু পাবুংনা পীরক্লুনা পুতুনা লাক্লবনে তো সে সিনিসে য়েংঙো।

অদৈ পাবুংনা ইম্ফালদা লাক্লবদি নমাদি কমদৌবা হায়না হংঙে। অতুদা ঐনা ইমাগা লোয়ননা লাকদবনে খুম্মে। লৈবদি কদায়দা লৈগনি হায়না হংবদা লৈফম লৈত্রি থিরুখিনি হায়বদগীদি পাবুংনা লোইনা শিনবিরবনে। পাবুংগী মশেন মুপা অমা লৈয়ে। শম ডাক্তবনে। মা চীংদা ট্রান্সফাব তৌরে। চহী ৩/৪ দি নমা নচা মাগী য়ুমতু শঙতুনা লৈরো হায়রে পাবুংনা। ড্রাক্তরগী য়ুমদো চেকনা শাবনে

বিজুলি থাউমৈকা থানবা জাৎনি। লৈরকপা ওন্থোক্না মুংঙাইগদবা। তোত্তি ঈশিংকা মা মা তারমলা।

কুম্নালৈ — মুগীমচা তম্পা নঙনদি ইম্ফাল 'চৎলনি হায়হায়াওরি। ঐগি হয়াওদেনে। নঙ পাজিম্থু সিদা থুপখিবনিদো। মুক কুইনা লৈরক্কবা মুম ইংথোলসিবু থাদোতুনা কয়মা থোঙ থাঙদোকসিগেমে?

তম্পা— ইমা! চান্নমা থাদোকদবা নত্তেয়ে। মতম থরজনে। ঐথোয় অমুক হল্লকখিনিয়ে ইংথোল সিদা পোকপানি ইংথোল সিদা শিগনি। ইংথোলগা মুমগসিদ্দি ইমাথোক্না তাচৌগদা শিম্নবম্মসি। তাচৌনা ইংথোল শম্বল মরাইমা কোইজনি। মহোয়দি হয়াওবনা মহা ওইরদোনি। ইমথোক্না মগু ১/২ পুবরুগ' লৈজনি। মহোয়নীদি তুমকম চম্মহুনা মুদাং থুদিং থৎনহুনতা লৈবনি।

কুম্নালৈ ঐবু মঙলা তাইবংলা থঙদ্রেনে নঙনা তৌরিসে।

তম্পা— ইমা মঙ নত্তেয়ে। তাইবংনে তাইবং। মঙশুম থল্লসু তাইবং মঙকাঙদোরিনে। ইমা নঙবু থুয়োম হাওবা য়াইথিং কোম্নুহোয়নী রারী তাবা থঙবা নত্রাঙ?

কুম্নালৈ — তায়রয়ে থঙাঙ। অদো কৈদোরগে?

তম্পা— থুয়োন হাওরা নিংথৌগী অঙম্বা কম্মাইবা ওইরকাও মুপী থিদে। নিংথৌগী কম্মাইবা ওইরবদি লৈমা অয়া লৈতবা য়াদ্রে হায়রহুনা অপাম্বা মুপী, মোইরাংদা লৈবা কোমুংগী লৈমা য়াঙনা ময়াম মরক্তী অপাম্বা ১ থম্বু মায়াথং

সিংথৌন। তাকপীরবদা খুয়োলনা খুমখিদনা—মোইরাংদা লৈবা মুপী অমত্তা পামদে। খুননদা ওংগ্লবী য়াইথিং কোম্নুতমক মাগী তালোই ওইনীংঙি খুমখিদনা। অদুগা নমত্তুনা য়াইথিংকোম্বুবু খুমন কাওবদগী মুন্দুনা খুয়োন ছাওবন মাগী তালোইশিঙদা চনখি লৌখি। অদুগুম্না নোংমদি ওজা নোংদোলদা শোয়দনা ঐ লৈগনি!

কুন্দাবৈ— করিনোনে, মুপীমচা তম্ফা! ওইবা য়াবা য়া অমতা হেক ঙাংদেদকো নঙসে। নঙনা নোংদোলদা কবয়া লৈগদৌ-রিনো? থীকনেম্বনা থা লাম্বনি ওইবোইনে।

তম্ফা— ওইথোকনিয়ে ইমা! ওজা নোংদোলনা নোংমা চা থকমিন্নবদা ছায়খিয়ে। মমানা মাগী কুঠি য়েংলুবদা লুহোং-ফাল লৈত্তে হায়না। য়াদো ঐঙোন্দা য়েংলগা হায়নে ছাত্র ময়াম উখিনি হায়তুনা নাশোন্দা। সোসিয়েল সার্ভিস তৌরিঙৈ ওহাক পোৎথাদুনা চা থকপদনে। অদুনা তাকপদি ওজা নোংদোল ঐবু নীংবা য়াৎনি। মহাক মুপী খিখিরোই হায়তুনা ঐবু ঙাইরমদ্রা খল্লি। ঐনা ওজা নোংদোলদগী মহৈদা ফমদা হেনদ্রগনু মাগা মান্নত্রি কাওবদি তমথখিবা তারিবনি। ঐনা থাজৈ মতুদি হন্দক ঐনা নীংলিবসি শোয়দনা থুংগনি ছায়না মবমদি থবকসি পাং-থোকপদা অপনবা অমত্তা পীখিবা লৈত্তে।

ঐনা ইহৈ মতীক চানা হৈরগা অচোবা কম অমা পায়তুনা সাইতোন্দা হল্লক্লবদি মতম অদুদা সাইতোনগী প্রজানা

শোয়দনমকী ঐবু ইকায় খুম্নগনি, তন্নান্না ওকনি। মতুনি হৌজিক ঐনা তৌগে পাওথোক্কে খল্লিসি।

ঐনা তৌরিবা আশা অসে মপুং ফানা থুংনবগীদমক ইস্কালদা লৈত্তবা য়াদবনিনে ইমা। আশাতুনা মপুং ফানা থুংলবা কালদা ঐখোয় সাইতোন্দা হল্লকনি। অতুগা ইমানা অফবা নয়া অমা ফংগদৌরিনে। ইমা মুংঙাইহন-দৌরিবা।

কুন্দালৈ — নঙবু ঙাওরবরাও ? ইকাইবা মচেৎ অমতা পক্রুসিবো।

( ২৭ )

নোংদোলনা খল্লি ওসি তম্ফানা মায়থোঙ মকা লামনা উরিসি করিননো ? কৈনোমা তৌরমতাই। মুংশুক মুংজাননা থা ৩/৪ অসি মহাক মথরাই ইমুং মুংঙাইতনা লৈবনি। মা মুমিৎ ৫ নি স্কুল কারক্কে। ছুটি লৌরগা কদাইদনো চৎলুই। স্কুল কারক্কবগী মরম শেংনা হায়দে মানস্নু হংলুদে। মুমিৎতো নিংথৌকাবনি।

মথংগী মুমিৎ লৈপাকপোকপা মুমিৎ অতুস্নু তম্ফা মায়থোঙ মকা লামনা উই ছুটি থারমদাইদা ওজা নোংদোলগী কাদা চংওকই। হায়রৈ "ওজা হয়েংসি ওজাগী থবক অচিনবা করি লৈবিবগে ?"

নোংদোল— করিগীনো ?

তম্ফা— থোইনা থবক অরুবা লৈখিত্রগদি হয়েং য়ুমশাকৈশনিদনা। হয়েংসি খর ওন্না স্কুল কাবিরকউ য়ারবদি পুং ৯ গী অতুরাইদা।

নোংদোল-নী-ওজা! তম্ফানী হায়বু য়াদা য়াই হায়রাও? ওন্তানা
পুং ৮-দু কারককেনে।

তম্ফা — ওজা চৎচরগে। য়াম সুংঙাইজরে ওজানা হরাও হরাও
য়াবিবসি।

তম্ফা থোকখরে। অহানবদদি নোংদোল করিসু থোইনা খল্লমদে। অতুদৈ কদোমদগীনো! খওদে। নীংশিংলকখি তম্ফানা মাগী পুন্সী ইতিহাস নোংমা নোংমগী মতেক মতেক লীখিবছু। করিদগী নীংশিংলকপনো মহাক ভাব তাদে। অতুগা ঙরাং অহীং মাগী মমণ্ডদা তম্ফাগী মবেমপোক্কি হায়না উরম্বা অতুনা করিনো কদোমদগীনো? নীংশিংলকই তম্ফানা নোংমা লীখিবা মঙোন্দা মবেমপোকনা শিল্পরম্মা কংলবা সন্নারৈ ময়োমগী ৱারী। ফরে অমবু ওইরবসু অমবু ওইররসু। হায়েং ওন্তা স্কুল কারগা তম্ফানা ঙাইরম্মু হায়বছু ঙাইবা আরে। অতুমঙাইরে। অসুম্না ওহ্যাক লেপলম্লগা নোংদোল থোকখ্রে। ময়ুম মায়কৈ পাংখরে।

( ১৮ )

অহীং ম্যাথেঙবনি। নীচিক নীবাওখোল তাখিদরে। তম্ফাই মচা তুমখ্রে। মরমসদ্রাইদা হায়রমী, "অদুমা তুম্মুরো চৎলো। কমুং চঙলগাদে। চুয়েংনিনে ঐখোয়না চৎকদৌরিসে। তুমদ্রবদিনে লমশাং চৎপদা কোক ঙাওনিকো।"

অচকা মিং উইরমিনরা মায়রে। মমুংদা হিপলি হায়দুমঙাই তুপ্পদি মাদে। ৱাখলনা তুমহৈ-মশাত্থু। চেক পোকপদগী লৈজরক্লবা য়ুম অমদি খুলতু থাদোকুনা চৎপা তারে খনবদা মমিৎতগী অরেম্বা

লৈত্না পি শিন্থরি। খুল থাদোক্তুনা মহাক চংকদৌরে হায়বসে নোংদোলদি খঙজি। নোংদোল অমশুং মশাগী মরমশীদমক থাদোককদৌরিনি। খল্লি—"থম্মোই থম্মোইগী মখী লৈনরম্‌ মপান-থোংদদি মাস্‌ ঐস্‌ কৌঙদোক্লদে। ফুংগী মরীনি। কোঙদোকপা ফুংশিনবনি। ঐনা নোংদোলবু ফংবদি ফুংগীনি। পানগীদি ফংবা ওইথোক্লবনি। থীকনেমবমা থা লাম্বনি। সমুদ্রাগা লাংথোংগঙম্বনি। নোংদোলদি নোংদোল থক্লা থোকপা থাজমি। ঐদি লুখাকলানি চানরবা লা অমুক হন্না শীজিন্নবা য়াত্রবা। ঐনা মালেম লৈপাক্লা ওল্লিবা অমোৎপা তৈরবা তীলগুম্বনি। ঐনা ফুংশিবগীদমক থল্লাই থাদোকপস্‌ পামদে। অদুনা চংথরকদৌরিবা লম্বী অসি মতমা উপায় অতে অমা লৈত্তে। লম্বী অসিদা চংঙবা যাদবনি। ইমাদা ঐনা ঙাঙখিবা ময়ামতুদা কদি? শাউমীংবদগী থরায় ফুংঙাইতবদগী, য়ারৌবদগী পংঙাঙ ঙাঙপস্‌ ঙাঙখিবা ময়ামদো থবক্লা ওন্থোকপা ওন্নবা হোৎনবা তাই। অদু নত্রবদি ঐ তম্ফা নত্রেদনা। মীবু য়াদুনা ঙাক পুল্লী লোইফম থোক্লে। পুন্সীগী ফুংঙাইবা তাংকক লাকফম থোককই লাকখিনি। নোংদোলস্‌ ঐনা চংথরকলিবা অসিগী অচুম্বা মরম খঙলবা মতমদা মা ঐবু শাউরোই, হন্নাওগনি, পেনজগনি।"

( ২৯ )

নোং ঙাল্লে। য়ুমশকৈশ ফুমিংনি। পুং নিপাল মথায়রোম তারে। বস ঙাইফমদা তম্ফা মমা মচা মপোৎ মচৈ পুবা য়াবমথে পুত্না থোকথ্রে বস ঙাইবা। মমানা থস ঙাইহৌই। তম্ফামা

হায়নখিবা মতুং ইম্না নোংদোল উনবা লাকই। ওজা নোংদোলদি ঙসাইনা লাক্লবনি। তম্ফা য়ৌরক্কবা অত্বদা স্কুলগী অকোয়বদা চংতুনা করিনো খন্না য়েংহনা লৈ। তম্ফানা থাবা স্কুলগী থোঙ্গাল ময়াদা হৌরিবা লৈহাউ পাম্বীহনা ইহান হান্না য়েংঙি। হুম হুম চাউনা মপুং মরৈ ফানা ফজনা হৌই। উবদা নোংদোল হল্লাওই। তম্ফা খন্না লাপলপনা লাকপা উরে। উবদগী নোংদোল চঙশিল্লকই। তম্ফা থুনা য়াঙনা লাক্লুনা হেড মাস্টরগী কাদা চঙখি। নোংদোল্লা খল্লি মা থিবা চঙলিবনি হায়না। নোংদোলনা য়ৌরম য়ৌফাং-ত্রিঙৈ তম্ফা কাদগী, থোরকই। নোংদোল উবদা।

তম্ফা – ওজা! কয়া কুইরে লেঙবিরকপা?

নোংদোল– পুং ৯ তাবদা লাকউ হায়বা নত্রাও? নঙনা হায়রম্বদো। শোয়খি লাকখিনি হায়হনা পুং ৮দগী ঙাইহনা লৈজরিবনে।

তম্ফা— ওজা। খর থেংদোকখরে। হারৌবা য়াদেকো।

নোংদোল— করিগী হারৌদোরিনো?

তম্ফা— ঐ কৈনোমা কাউরমলে। অমুক্তা লৌরুখিগে। মিনিট ৪/৫ তনি। থুনা হনজরক্কে। ওজা কা মন্নুংদা লেঙশিল্লগা ঙহাক্তা ঙাইবিরম্মু।

হাহয় খরসি হায়রমলগা তম্ফা থুনা য়াঙনা থোকখি। নোংদোল তম্ফাবু ঙাইরি হল্লকখিনি হায়হনা। মপান্দা লেপ্তুনা ঙাইরম্বদৈ লাকমনত্রবা অত্বদা মাগী কাদা চঙখি। টেবল মথক্তা ময়োম মচা অমনা চিঠি অমা নন্দুনা লৈরম্মী।

নোংদোল পূক্লীং তয়াং তশোইবা অমগা লোয়ননা ময়োম অদো লৌথোক্লগা চিঠি অহু পাই। অসুন্না ইরম্মী—

ওজা!

ওজাদি নোংদোল থক্তা থোকপা
থাজনি থানিলনি।
ঐনা লুপ্লাবীনি লুখাকলানি চন্নদ্রবা
ঐগী ইবেমপোক্লা পীবিরম্বা ময়োম
"কংলবা সনাবৈ ময়োম" সিমতং
ওজাগী খুত্তা শিন্নজরমগে।
কংলবা সনাবৈ মবক্তা
তম্ফাই থরায় য়াওবিবনিকো।
লৎনবা তৌদনা লৌশিনবিয়ু।
হয়াও হয়াও মোমোন নোক্লা।

তম্ফা—

নোংদোল জ্ঞান তাদনা চিঠিহুগা ময়োমতুগা পায় কনা উথিনি খল্লুদা তম্ফানা চৎখিবা মায়কৈরোমদা য়েংলি স্কুলগী দারিবান্দা লেপ। স্কুলগী থোঙ্গাল ময়াদা হৌরিবা তম্ফানা থাবম্বা লৈহাউ পাম্বীদা মুন্না মুনা য়েংলি। তম্ফানা লৈপাল অহু থাবা মতমদা হায়খি "লৈহাউ পাম্বী অসে তম্ফানি। লৈহাউ পাম্বীনা মশা মউ কনা শৌবিনখৈ তম্ফা হিংখিনি। কংখিবা থোক্লবদি তম্ফা তা ইবংপান্দা লৈত্রবনি।"

নোংদোল মথাদা চিঠি মচাহুগা ময়োমহুগা চেৎনা কোল মী

উখিগি থাজা লেপলি কুলগী সাত্রিবান্দা। খোজি মথমমা মুকম মুকম মী তাখিনি থনো—লৈহাউ পাখীবা হৌরিখে তম্ফা হিংলি। কংশিবা থোক্লদি তম্ফা লৈত্রে। কংলবা সনারৈ মরক্তা তম্ফাই য়াওবনিকো, কংলবা সনাবৈ মরক্তা তম্ফাই থরাই য়াওবনিকো, কংলবা সনারৈ মরক্তা তম্ফাই থরাই য়াওবনিকো।

নোংদোল! থম্মোই কললবা নোংদোল! ঙসিদি করি তৌরে? করিগী কপলি? মুপা থোক্লেম্বা। মুপানবু কপা হৌনব্রাও? নঙগী মুংশিবা, নঙগী থম্মোইগী মুংশিব, ফোঙদোকহৌদবা মুংশিবা, থম্মোইমুংদা ফোঙদোক্তা থমলুবনা হৌজিক্তি লৈরী থোক্লা চাক-লেদো। নগুংলাংগী তম্ফা সাইতোন থাদোকখ্রে। করিগী পি শিম্থরি? লেম্না লৈতা নঙগী মিংলুদে তপ মুপ তারকপা পিনা চোৎলেদো কংলবা সনারৈ ময়োম। কংলবা সনারৈ তেকখৎহনগে থনবরা? তম্ফাগী থম্মোইদা মুংশি লাইক থীক তম্ফাগী কংলবা থম্মোই তেকখৎহনগে নীংবরা? তম্ফাসু চৎখিবনি নঙগী মুংশি মুত্তি থম্মোইদা চেনা কোন। তম্ফা হল্লকখিমি নঙগী নশাইগোম্বা। ঙাল্লখিনি মণি-মুক্তাগুম। নঙদি শঙলম্লোই। নোংদোল নঙদি থংলম্লোই। নঙদি শঙলম্লোই।

নোংদোল! নঙ হৌজিক করি তৌগদৌরি? করি তৌগে খল্লি?

অলোমদনা তম্ফা মমা মচা বস গাড়ীদা মপোৎ মচৈ হাপ্পা লোইখরে। গাড়ী তোংগদৌরী বস কাখৎখরে। মমানা মাঙ থাই মচানা তুং থং কাখৎলি। মমানা হংঙি "তম্ফা। নঙ ওজা হেড মাস্টারদা চৎলগে হায়না ত্যাকঅলেক্কো?" "হৌজিক ঐনা ঙাহাক্তং

লাঙলুবদো ইমা গুজা নোংদ্রোঙ্গদা ঐ চৎলগে তাকল্লুবনে” হায়না তম্ফানা মমাদা পাউখুম্ন পী।

আশা অমগী মরক্মদা অচেৎপা ব্লাশক অমা লৌরগা খোঙথাঙ অসি লৌখৎলকপনি তম্ফানা। সাইতোন, স্কুল, নোংদোল অহুমসিবু তম্ফানা থরাই য়াওনা মুংশিজবনি। অতুবু অহুম্মক থাদোক্লম্বা ভাখরে। ফম্না ফম্না বস মস্কুংদা তম্ফানা মপুক্লীংদা সাইতোন খুনব্ কোল্লিবী লাইরেম্বীবু খুরুমজে—“ইমা ইবেম্মা! নচানা ইমাবু মীরায়বা নত্রেকো। ফিবমনা য়াদহুনা মতম খরইদমক ইমাবু থাদোকপা তাবনি। ব্লারৌগন্নুকো পলেম। ইমাগী নশাইগোন্দা চাউজরকপী নমোমনি, ইমাগী নশাইগোন্দা শিজগকো ইমা। নচাবু থৌজানবিয়ুবো ইমা।”

তম্ফানা তোংবা বস গাড়ী সাইতোন থাদোকখ্রে। বস মস্কুংদা ফম্না ফম্না তম্ফা মখিং শিম্মুরি লেপ্লা লৈতা। মনৌবা পুক্সী, মনৌবা মপোক অমা ভাল্লুনি হায়বগী আশাদা অচেৎপা ব্লাশক অমা লৌরগা চৎলিবনি তম্ফা। তম্ফানা তোংবা গাড়ী থোক্লে ইম্ফাল তম। চৎখ্রে মশক উখিদ্রে। থাদোক্লমলে সাইতোন, থাদোক্লমলে স্কুল, থাদোক্লমলে নোংদোল। চৎখ্রে তম্ফা ইম্ফাল তম। -

তম্ফা বসকি থোংনাওদা সাইতোন খুল যেং য়েংহুনা চৎপনি। বসনা লেপতনা চেনবনা সাইতোন মশক উবা ফংখিদ্রে। মায়োন চুম্না ফম্নে। বস গাড়ী ইম্ফাল তম থৌরি। নীংশিংলকই মাগী তাদ লাঙোন। নীংশিংলকই মাগী চান্নজরবী মতা লৈশং। মাগী

তাদা লাঙোন মনম্মা তখেলৈ অনীগী চন্নবা পুন্সী। লৈশং অমসুং যাত্রাসিংগী ফার্ম। মনীং মথা তম্বা পুন্সী, মীনোক মৈশা লাংদবা পুন্সী, মিপাইবা লৈতবা পুন্সী কনাইস্নু মীথা পেন্দবা পুন্সী মবেন। য়ুম্বান অনীত্থুবু তম্ফা কল্লক্কবা ঙমখিদে।

সাইতোন থাদোক্লমদাই মতমদা মতা লৈশংদা চংলগে হায়না তাকলম্বা নংখিদে। মতমনা খুযেনখিবনা। মপৃকনীংদা খনবনি অত্তৈদা তাকলমদ্রস্নু মতা লৈশংতদি তাক্লমগে বিদায় তৌনবমগে অস্নুম্না। মত্থু থোকখিদ্রে। খল্লুবদা তম্ফা ওম্থোকনা মথরাই মুংঙাইখিদে নীংঙমখিদে।

হৌজিক তম্ফা পুন্সী তংখায় চনশিল্লক্লে। তম্ফাই লেমহৌবিবা পুন্সী তাংকক অসি কবম থোক্লগবা? মবাইবক থীববী মুংঙাইবা শর্কক থুংলক্রবী, পোকপদৈ অরাবা খুদোংথীবত শক্কক ওইজবক্লবী তম্ফাই পুন্সী পোলোই নোংদম্বা মানদি উবমগনি। নোংদম্বা মহাক্কুতদি ময়েক শেংনা উবমগনি তম্ফাই পুন্সী পোলোই।

